# কপালে কুণ্ডলা

হন্দোকচবা—

শ্যামসুন্দর সিংহ

ফোংজবা:- এস. কৃষ্ণমহন সিংহ

নম্থম :—দি স্বরসতি প্রিন্টিং ৱাক্স, ইম্ফাল



# কপাল কুণ্ডলা

---

অহানবা পন্দুপ

১বা মতাং

## সাগর সঙ্গমদা।

"Floating straight obedient to the Stream."

—*Comedy of Errors.*

চহি চনি য়াংখৈরোমগী মমাংদা নোংমা ৱাকচিং থাগী থেঙ্কলবা অহিংদা যাত্রীশিং তোংবা হি অমখক গঙ্গাসাগরদগী হল্লকই। পর্ত্তুগিজ অমসুং অতৈ অতোপ্পা ঈশিংগী ডাকুশিংবু কিবনা যাত্রীগী হিশিংডু খোঙবু খোঙবু ওইনা চথোক চশিন তৌমিন্নবসি মতম অদুগী চৎনবি ওইনা তৌই; অদুবু হিসিদা তোংলিবা কাঙবুসিগীদি খোঙলোই অমতা য়াওদ্রে। মরমদি, অহিং অথেঙবদা মাইকৈ শীঙ্খুংনা কুণ্ডলবা লৈচিন থাখি, অদুনা হিহোনবশিংনা মাইকৈ লেপ্পা ঙমদদুনা হিয়ামদগী থাপ্পা তোঙান্না তাখিবনি। হৌজিক্তি মাইকৈ কদোমদা, কদাইদা চৎলিবনো হায়বা অরেপ্পা করিমত্তা খংদ্রে। হিদা তোংলিবা মী অয়াম্বা তুমথনখ্রে। অহল অমগা পাখং অমতগদদি মিকপ থোক্তুনা লৈ। অহলদু পাখংদুগা ৱারি শারি।

শারিবা রারিদু মরক খতুনা অহলদুনা হিহোনবশিংদা হংঙকই, "হিহোনবা, ঙসিসি কয়ামুক থাপ্না চৎপা ঙমখিগনি ?" হিহোনবদু হাইকেং ইঙা ইঙা তৌনা খুম্নকই, "খংদ্রে, হায়বা ঙমদ্রে।"

অহল অদু শাওরদুনা হিহোনবদুদা চৈবা হৌরক্লে। পাখংদুনা হায়রকই, "মহাশয়, ঈশ্বরগী খৌশিন্দি পণ্ডিতনফাও হায়বা ঙমদে-- অপঙবসিনদি করম্না খংগনি ? খোইনা পংলাং-লাংতক্নবা তৌবিগনু।"

অহলদু য়াম্না শাওনা হায়রকই, "করিগী লাংতক্নরোই ? য়েংউ অদুক খন্দুনা, ফত্তবশিংদুনা বিঘা কুনমরি কুনমঙাগী লৌ খাওদুনা পুত্রে, মুপী অঙাংশিং কুমসি কদাইদগীনো চাগদবা ?"

পাও অসি মহাক্না সাগর য়োরবা মতমদা তুংদা লাকপা যাত্রী অমগী মচিন্দগী তাবনি। পাখংদুনা হায়রকই, "ঐদি নহাক্না হায়জখিবদুনি, মহাশয়গী য়ুমদা ঙাকপি শেনবিনিঙাইনি হায়বা কনাস্ মৈতে, মহাশয়না লাকপসিদি মুকচুম চুমদবনি।"

অহল অদু হাম্নগুম শাওনা হায়রকই, "করিগী চুমদনি ? ইমং ইখোঙনা লাম্বা ফংজিল্লক্লে। হৌজিকপু হয়েংমুক্কী মপোক্কী খরা য়েংহৌদনা করম্বা মতমদা য়েংগনি ?"

পাখংদুনা হায়রকই, "শাস্ত্রবু নিংথিনা মুম্না খংলবদি তীর্থ চৎপদা ফংবা মহৈদু য়ুমদা ফম্না ফম্না অদুম্মক ফংবসু য়াই।"

অহলদুনা হায়রকই, "অদুদি নংদি কৈদৌদনা লাক্লিবনো ?"

পাখংদুনা খুম্নকই, "ঐদি হায়জখিবদুনিদনা, সমুদ্র য়াম্না য়েংনিংই, অদুনা লাকপনি।" অদুদগী খোঞ্জেল তপথরপ তৌনা হায়রকই," অঙকপনি ! শক্তমদো ! মপোক খুদিংগী কাওবা লৈখ্ররোই।

"দূরাদয়শ্চক্রনিভস্য তন্বী
তমালতালীবনরাজিনীলা ।
আভাতি বেলা লবণাম্বুরাশে-
র্দ্ধারানিবদ্ধেব কলঙ্করেখা ॥"

অহলত্থু শ্রুতিগী কবিতা অদোমদদি থোইনা খোইজংলুবা লৈতে, হিহোনবশিংনা মখোয় মশেল রারি শানরিবা অদোমদা মপুক্লিং চংনা তাত্থনা লৈরে ।

হিহোনবা অমনা অতোপ্পা অমদা হায়রি, "ভাই—তৌরিবা মতৌসি শাথীরবা মওংদা তারে--হৌজিকপু সমুদ্র ইচাওদা তারবরা —করম্বা লমদা লাক্লিবনো, করিমতা থংবা ঙমদ্রে ।" রা ঙাংলিবা নিপাসিগী খোনফমত্থু য়োনা অকিবা ফংলবগী মতৌনি । অহল অত্থু, করিগুম্বা অরাবা খুদোংথিবা অমা থোক্লমাল্লে হায়বসি ভাব তারে । চিংনবগা লোয়ননা হংঙকই, "হিহোনবা, করি তৌরবগে ?" হিহোনবত্থু খুল্লক্তে । অত্থবু পাখংত্থু পাওখুম অমুক ঙাইবা তৌদনা মপাল থোক্লক্লে । মপাল য়োরক্লগা উরে, নোংঙাল্লমদাই য়োরে । মাইকৈ মরিমক কুণ্ডলবা লৈদ্রিন্না ইকুপ কুপশিনখ্রে ; অতিয়া, থরানমিচাক, থা, তোর্ব্বান মফম কৈদস্থু উবা ফংখিদ্রে । মহাক্না খংলে, হিহোনবশিং লম্মুক্লরে । হৌজিক কদোম পাংনা চৎলিবা অরেপ্পা খংবা ঙমদ্রে--করিগুম্বা সমুদ্র ইয়াইরোমদা পাংলমত্থনা মফম মরাং খংদনা থরাই মাঙলগদ্রা হায়বগী চিংনবনা অকিবা পোক্লে ।

উন ঙাকথোক্লবা থক্তা ঘুমটি অমা কুপ্লি, মরম অত্থনা হিত্থুংদা তোংলিবা মীয়ামত্থু হায়রিবা রাক্ষমশিং অসি করিমত্তা খংলমদে ।

অতুবু যাত্রী পাথং অত্থদি ফীভমসি মুন্না ভাব তারতুনা অহলতুদা শুগাইনা তাক্লকই; মতুদদি হিন্নুংত্থ মতা অমা ওইনা পুমলাং লাঙবা হৌরক্লে।—মুপী থন্না তোংলিবশিংত্থগী মরক্তা থরা অমদি লাঙ-লকপা অতুদা মিকপ থোক্লক্লে, রাতু তাবদা মিপাইবনা হৌনা কপ্পা হৌরক্লে। অহল অতুনা হায়রকই, "তোর্ব্বাল্লোমদা হোঞ্জিল্লু! তোর্ব্বাল্লোমদা হোঞ্জিল্লু! তোর্ব্বাল্লোমদা হোঞ্জিল্লু!

পাথংতুনা হাইফেৎ নোক্লতুনা হায়রকই "তোর্ব্বানদি কদাই? মতুবু থংলবদি কদাইদগী অস্নুক রাগদগে?"

মতু তাবদা হি তোংলিবা কাংবুতু লাঙবা অমুকা হেনগৎলক্লে। পাথংতুনা ঙমজবা মখৈ হোৎনতুনা ময়ামতুবু নেমথহল্লগা হিহোনব-শিংতুদা হায়রকই, "কিফম থোইনা লৈতে, নোংঙাল্লক্লে। দণ্ড মরি মঙা লৈরগা শোয়দনা মুমিৎ থোক্লক্লগনি। দণ্ড মরি মঙাসিগী মত্নুংদা হিসি কৈদৌন্নুংদস্নু লুপ্লোই। নখোয় হৌজিক হিহোনবা তোক্লো, ইচেলগী মতুংইন্না মানা চৎনিংবা মফমদা চৎলসনু; মুংশা শান্নক্লগা ঐখোয় অমুক থন্নসি।"

হিহোনবশিং অতু হায়রিবা রাফমসি য়ারতুনা অহায়বা মতুং ইন্না তোরে।

মতম ফনা শাংনা হিহোনবশিংত্থ তুমিন্না লৈথোক্লে। যাত্রী-শিংতুদি কিবনা মিহুন চেঙ্গুম চেঙ্গানগ্রে। মুংশিৎ পংকন কন্না শিত্তে অতুনা মখোয় ইথক্কী ইপোমশিং অতু থোইনা পংফাও ফাওদে। অতুমকপু ময়াম্মক শিবদা নম্রে হায়বসিদি কন্না থন্নগ্রে। নিপাশিংনা লোন্না তুর্গা শোন্নরক্লে। মুপীশিংনা খোম্মাং কয়া হাপ্তুনা কপ্পবা

হৌরক্লে। মুশী অমথক্তি মচা গঙ্গাসাগরদা কৎথোক্লম্মে, মচাহু ঈশিংদা পুথরুরগা পুখৎলকপা ঙমহৌদ্রে—মহাক্তদি কপ্পা য়াওদে।

অসুম ঙাইরকপনা মুংথিলগী য়ুথক অমম্বোম মহায়জিল্লক্লে। তাঞ্জাসিদা থংহৌদনা হিহোনবশিংহু ইচাওগী পাচঁপীম্বগী মমিং শোপ্রহু-না য়াম্না নিন খোংবা হৌরক্লে। মতুদা যাত্রীশিংনা পুল্লপ হংনরক্লে, "কৈদৌরে! কৈদৌরে! হিহোনবা, কৈদৌরে!" হিহোনবশিংহুস্ থোল্লাও অমতা ওইনা নিল্লহুনা হায়রক্লে, "মুংশা থোরক্লে! মুংশা থোরক্লে! য়েংউ অসে কংকাল! যাত্রীশিংহু লোইনমক লাংতক্লবগা লোয়ননা হিমুংদগী থোক্লক্তুনা, কদাইদা লাক্লবা, করি করম তোরবা হায়বহু য়েংনরক্লে। ময়াম্মক উনরক্লে, মুমিৎ থোক্লক্লে, কুণ্ডলবা লৈচিন-নোংফাইলক্তগী মাইকৈ পুম্বা তশেং-তশেংলক্লে। মুংথিল য়ুথক অমা হৌজিল্লক্লে। হিনা য়োরম্লিবা মফমহুদি থাঙ্গৈ হেক শেংবা মহা সমুদ্র নত্তে, তুরেলগী ইচিলনি, অহুবু মফমহুদা পাক্রিবা তুরেলগী মপাক্তুদি মফম কৈদস্ু লৈতে। তোর্ব্বান নামদি হিগা ফন নক্লরে—খুহুপ য়াম্ব্রমুক্কী মহুংদা মরৈরে; অহুবু নামগীদি মশেল মরাং ফাওবা উবা ফংদ্রে। অসুম য়েংথোকখিবদা, মপাল নাইত্রবা ঈশিংগী মপৈনা তনিক তনিক মুমিৎকী মশেক্লা ইরং লংহন্দুনা, অতিয়াগী ঙমথৈদা অতিয়াগা তিল্লখিত্রে। নাক্তগী ঈশিংদি মহৌশাগী লৈমাং ঙাক্তা ওইবা তুরেলগী ঈশিং মচুনি; অহুগা অথাপ্পগী ঈশিং মচুহুনা শংবান্নৈ। হিদা তোংলিবা মী পুম্নমক থাঙ্গৈ-হেকশেংনা মখোয় মহা সমুদ্রদা য়োরক্লে হায়নসি খল্লরে। অহুবু লাইবক ফবা অমদি, তোর্ব্বান নকই, থোইনা কিফম লৈতে, অসিনি।

ফুমিংলোমদা য়েংহুনা মাইকৈ লেপ্লে। মাংদা উরিবা তোর্ব্বান্দু ইরাই লাইনা সমুদ্রগী নোংচুপ থংবা তোর্ব্বান্নি হায়না লৌরে। তোর্ব্বান্দুদা হিদগী থোইনা থাপ্তুনা তুরেল অমথকী ইচিলনা ইচেল তপ্লবা লুপা মহিগুম চেঙ্গরক্লি। ইতিন্নকমগী য়েৎথংবা নাকন্দা পাক্লবা লৈঙোইগী লমদমদা মথল মথা কয়াগী উচেক্লা মশিং লাকগুমদনা শান্নরি। তুরেল অসি হৌজিক্তি "রসলপুরগী তুরেল" হায়না কৌগে।

---

অনিশুবা মতাং
# তোর্ব্বান্দা।

"Ingratitude! Thou marbel-hearted fiend!"

—King Lear

হি তোংলিবা মীশিং অহুগী মথরাই হরাওবা রাঙাংশিং অতু ঙাংনবা লোইরক্লবদা হিহোনবশিং অহুনা রা অমা হৌদোক্লকই মহুদি, জোয়ার কারকদবা মতম রাংলি, চৈরকসিদা ময়াম্মক মাংদা লৈরিবা লৈঙোই লমসিদা চাক ইনশাং থোংহুনা চাথোক্লবা তৌবিয়ু, জোয়ার হেক লাকপগা যুমলোমদা খোংশান্নবা তৌসি। হায়রিবা রাকমসি ময়াম্মক্ত যারে। অহুনা হিহোন্নশিংনা হিহু তোর্ব্বান নক্লা হোজিল্লবদা ময়ামহু কুমথরহুনা ইরু মাইথজবনচিংবা প্রাতঃ কর্ম্ম পুম্বা তৌনরে।

ইরুজবা লোইরগা চাক থোংনবা লাংথংনরকপদা অরুবা হিরম অমদি পুমহো-হোন্নুনা লৈরম্লে হিহুদা চাক থোংনবা শীং লৈত্রে।

ৎ কিবনা তোর্ব্বান মথক্তগী শীং থিরুবা হায়বসি কনানসু

য়ানব্রে। মমৈথংদা ময়াম্মক চরা হেনবা তারে হায়বসি ট্রুক্লনা অহল অত্থনা মথক্তা পনখিবা পাথং অত্থবু কৌরহ্ণনা হায়রকই, "ইবুঙো নবকুমার! নংনা মসিগী উপায় অমত্তং তৌব্রবদি ঐখোয় ময়াম্মক চরা হেন্দুনা শিবা ওাই।"

নবকুমারনা ওহাক রাথল তৌরগা হায়রকই "ফরে চৎলগে, শীংজং অমা পিয়ু, অত্থগা থাংজৌ পুহ্ননা মী অমা ঐগী ইতুং ইল্লকউ।"

কনামত্তা নবকুমারগী তুং ইল্লু হায়বা য়াব্রে। "চারমদাইদা থংগনি" অসি হায়রগা নবকুমারহ্ন কৈক্তোম তাথত্তুনা মথন্তা শীংজং পায়হ্ননা শীং থিবা চৎখ্রে।

তোর্ব্বানথক্তা কাখৎলক্লগা নবকুমারনা উরক্লে. মিৎনা তাম্না হেক উঙ্খ্রিবা লমত্থগী মন্থুংদা, মী তাবগী খুদম মচেৎ অমা ফাওবা উদে। উমংতমক শন্না লৈ। অত্থবু উমং অত্থ উ পরেংনা লৈতেংলবা অমদি অস্থকপা নত্তে;—মচি মচি থরদা পিক্ল পিক্লবা পাম্নীশিংনা ইকোয় কোয়না লমদম থরা থরা কল্লহ্ননা হৌরি। নবকুমারনা ময়ামহ্ণগী মরক্তা চনবা য়াবা শীং অমতা থেংনব্রে। মরম অহ্ননা মতিক চাবা উ থিননবগীদমক তোর্ব্বান অত্থদগী য়াম্না থাপতোক্লা চৎপা তারে। কাইনথংদা থায়বা য়াবা উ-অমা থেংনরহ্ননা মত্থদগী চংগদবা শীং মখৈ শেম শাহ্ননা চনশিল্লে। শীং অত্থ পুরক্কদোবহ্ননা অমুক্তা হেন্নাশাখিনা খুদোং থীবা অমা ওইরে। নবকুমারদি লাইরনা নং-না হৌরকপা মচা নত্তে, অসিগুম্বা থবকশিংসি মহাক্কী মশিঞ্জাং ওইরক্তে, থোইনা পংথন থম্বরুবা তৌদনা শীং চনবনি হায়হ্ননা হেক্তা লাকপনি; অত্থবু হৌজিক্তি শীং মপুন পুবহ্ন খঙোন্দা য়াম্না অরাবা

অমা ওইনা থোক্লে। অদুমকপু, চংউরবা থবক্তা কোক হেক নীংহন্নবা পোকপা হায়বসি নবকুমার হৈনদে। অদুনা মহাক অণ্ডম্বা পাম্বৈ হোৎনদুনা শীং মপুন্দু পুবা গুম্নবা লাক্লরক্লে। থরা-পুই, অমুক ঙহাক পোথাই, অমুক পুই, অসুম্না পোথা পোথা লাকপা হৌরক্লে। মরম অসিদগী নবকুমারনা হল্লকপদা থীল্লে। অসোমদদি মাগা লোয়নরক্লিবা কাণ্ডবুদু মহাক্না ইয়ৌ-ময়ৌরক্ত্রবদুদা মপুক্লিং লাংতক্ল-ম্লে; মথোয়না নবকুমারবু কৈনা চাগ্রমাল্লে হায়না চিংনরক্লে। হল্লকপা য়াবা মতম হেন্দোরক্লবদা হায়রিবা য়াসি মথোয় পুমম্ক্কী মপুক্লিংদা শোয়ত্রবনি হায়না লৌনখ্রে। অদুবু কনামতম্সু তোর্ব্বান্দা কাথৎলগা থরদং কোইচৎ চত্তুনা মাবু থিরুনবা মথৌনা ফোংদোক্লরক্তে।

হিদা তোংলিবা কাণ্ডবুদুনা অসুম্না থন্নরিভৈদা ইশিং-ইচাও-লক্তা হৌরবা ইরাওথোল অমা তাররক্লে। হিহোনবশিংদু থংলে জোয়ার কাররক্লে। অসিগুম্বা মফমশিংদদি জোয়ার কারকপা মতমদা তোর্ব্ব শদা অসুক্কী মতিক শাথীনা কন্না ইথক্লা য়ৈ—হিনচিংবা তোর্ব্বান নক্লা থমুরবদি খুদক্তুমক্তদা মচেৎ মচেৎ থোক্লা হেক্তা কায় হায়বসি হিহোনবশিং অদুনা নিংথিনা থংই। মরম অসিনা মথোয়না য়ম্না তকিং তফিংনা হি পুল্লিবা অদু থাদোক্লগা তুরেল মন্নাইরোমদা লৈনবা থৌরাং তৌরক্লে। হি থাদোকপা লোইরম লোইফাত্রিভৈনা মাংদা লৈরিবা লৈতোইগী লমদু ঈশিংদা পুমথুম থুমখ্রে, যাত্রীশিং অদু মিপাইবগা লোয়ননা হিথক য়োহৌবত্তা মনংই, চেং-চাক্লচিংবা তোর্ব্বান্দা থনম্বা পুম্নমক্তুদি ঙম্না তাওথোকখ্রে। লাইবক থীবদগী হিহোনবশিং অদুসু য়াম্না হৈবা নৎলমত্রে: হিদু নিংথিনা লেংদনা

থম্বা ঙমদ্রে ; কল্লবা ঈশিং ইপোমগী শাফুনা হিত্থ রস্থুলপুর তুরেলগী খোংহুংলোমদা পুশিনখ্রে। তোংলিবা ময়ামগী মরক্তগী অমনা হায়রকই, "নবকুমারদি লৈহৌরেদনা—সিদে ?"

হিহোনবা অমনা খুম্নকই, "নখোয়গী নবকুমার হায়বত্থ হিংলি-বরনে ? মাবুদি কৈশালনা চাথ্রবত্থবো।"

খোঙলৈ কন্না হিত্থ রস্থুলপুর তুরেলগী খোংহুংলোমদা তাও-শিনখ্রে, হন্দোক্লকপদা য়াম্না রাবা তারে, মরুম অসিনা হিহোনবশিং অত্থনা মথরাই খুবাক্তা হাপ্তুনা মপান্দা পুথোক্লরবা কন্না হোৎনরক্লে। করি অমুক হায়গনি, রাকচিং থাত্থদা মখোয়গী মরাইবক্তু হুমাংনা পুংলুপ লুপখ্রে। অস্থুম্না রানা হোৎনত্থনা রস্থুলপুর তুরেলগী খোং-হুংদগী হোন্দে রক্লেদি হায়ববু হিত্থ ইচিন হেক য়োরকপগা মফমত্থগী অকনবা ইচেন থেংনহনা অরাং পাংনা তেঙ্কৈমুক য়াংনা পাইরক্লে, হি হোম্বশিংত্থ শম্না মফৈ অমা ফাওবা থাম্বা ঙমদ্রে। হিত্থ অমুক হল্লক্তে।

মত্থংত্থদা ঈশিংগী ইচেল তপ্পকলবা, হি থাম্বা ঙম্নরবা মতমদদি, মাত্রীশিংত্থ রস্থুলপুরগী ইচিন্দগী ওস্থোক্লা য়াম্না থাপ্পা চৎথোক্লক্লে। হৌজিক্তি নবকুমারগীদমক অমুক হনখিগদ্রা হল্লরোইদ্রা হায়বসি খন্নরকপদা তারে। তাঞ্জা অসিরাইদা হায়হৌবনা চুম্মি, নবকুমারগা খোঙলোই ওইমিন্নরিবশিং অত্থ মাগী মরৈকাইগী মী ঙাক্তনি, কনামতা মাগী মী হায়বত্থ য়াওদে। মখোয়না অস্থুম খন্নরকপদা, মফমত্থদগী হনবদা তারবদি জোয়ার অমুক হন্থখিবা ঙাইবা তাই। মত্থম তৌর-বদি অহিং ওইশিল্লক্লগনি, হিহোনবা অমুক য়াররোই, অত্থনদি নোং-ঙাল্লকপগী জোয়ার অমুক ঙাইবদা তারে মতম অত্থকাওবা মীয়ামসি

চরা হেনবদা তাই। সুমিৎ নিনি চরা হেল্লক্লবদি মীপুম্বা থরাই লাম্নরক্লগনি। মরু ওইনা হিহোনবশিংত্থু হনসি হায়বা য়াদ্রে, হায়বা ইনবা মীস্তাস্থু অমত্তা নত্তে। মখোয়না হায়, নবকুমারদি কৈনা চাথ্রবনি। হায়রিবসি চুম্বদা তাই। অত্থুদি অমুক রানা হোৎনরুবগী করি কাম্নগদগে ?

অসুম্না খম্নরত্থনা যাত্রীশিংত্থু নবকুমার য়াওদনা মরৈবাক্তা হনবনা চুম্মে হায়না লেপ্পরে। নবকুমারত্থু অকিবগী মশক ফংলবা সমুদ্র মপান্দুদা লমলক্তা হুন্দোকলম্লে।

রাফমসি তাবদা কনাগুম্বনা, মীগী চরা হেন্দনবগীদমক কৈদৌসুংদা শীং চনবা চৎলোই হায়না রাশক্লবদি, মহাক মীগী নোক্লফম ওইগনি। মাগী কান্নবা তৌবা মীবু লমশক্তা হুন্দোকপা ওম্বা মীশিংত্থুদি মতম চুম্বদা মাগী কান্নবা তৌবা মীবু লমলক্তা হুন্দোক্লগদবনি-- অত্থুগা হন্না হন্না লমলক্তা হুদোকপীরবমক্তদসু, মীগী শীং চনবা পাম্বা মীশিংত্থুদি, মত্থুম্মক অমুক হন্না শীংচনবা মচৎকনি। নং নপুকচেল পিকই হায়ত্থনা ঐনা চাওরোইদবগী মরম করিনো ?

---

ওগুবা মতাং

## লমহাংদা

Lilke a veil

Which if withdrawn, would but disclose the frown
Of one who hates us, so the night was shown
And grimly darkened o' er their faces pale
And hopeless eyes." Don Juan.

নবকুমারবু হন্দোক্লম্লগা যাত্রীশিংহুনা চৎখিবা মফমতুদগী থোইনা থাপ্তনা দৌলতপুর অমসুং দরিয়াপুর কৌবা পিকল্লবা খুল অনিথক হৌজিক্তি উরে অতুবু ঐখোয়না হায়রিব্বসিগী মতমতুদদি মফম অতুরাইদা মী তাবগী খুদম অমতা লৈতে ; উমং রামং ওইনদমক তৌই। অতুগা বাঙ্গালা দেশকী অতৈ লমদা মহৌশানা লৈকুৎ-লৈরাই ওইনা তৌবগুম, লমদমসিদদি তৌদে। রসুলপুরগী মচিন্দগী সুবর্ণরেখা ফাওবা লেপ্পা লৈতনা য়ুথক কয়াগী লম লৈঙোইগী লৈপুং পরেং শন্দোক্তুনা লৈ। থক্তিক্তুংদগা ম্লাংলম্লবদি লৈঙোইগী লৈপুং পরেংসি—লৈঙোইগী চিংতুম পরেং হায়না কৌরম্বসু ময়াগদবনি। হৌজিক্তি মীনা মতুবু বালিয়াড়ি হায়না কৌনরে। বালিয়াড়িসিগী ঙৌরবা মতোল পরেংহু হুমিৎ-য়ুংবগীমশেক্লা য়ৈরকপদা অথাপ্পদগী ঙক্লা ফজরবা মঙাল অমা ওইনা উই। মতুগী মথক্তা অরাংবা উ হৌদে। লৈ খোঙদা পিক্লিবা বন-খরতমক লৈ, ময়াই অমসুং মতোনগী শরুক্তি উরুম লাংদবা অঙৌবা নিংথিবনা লৈতেংই। খা-থংবা শরুক্তা মংলিবা উশিংগী মহুংদা য়াঙ্গেন, ঝাউ অমসুং লমলক্কী লৈপাম্বীনা অয়াম্বনি।

অসুম্না হুংঙাইফম লৈত্রবা লমদমসিদা নবকুমারবু মাগী খোঙলোইশিংনা হন্দোকপিরম্লে। মহাক্না অহানবদা শীংকোকথোংহু পুরহুনা তুরেল মপাল য়োৗরকপদা হি উবা ফংদ্রে। খুদক্তুদা মহাক শ্বাই লাওবা অমা হেক পোকইদি হায়ববু মাগী খোঙলোইশিংনা মাবু পুমহন হন্দোকলম্লগা পাক চৎখিগনি হায়বসিদি থাজদে। মহাক্না থল্লকই, জোয়ার কারকপদা লৈঙোইগী লমহু থুমখিবনা মখোয়না

হিন্থ অনকপা করিগুম্বা মফমদা থৈদোক্তুনা থনমগনি, খিন্দনমক মাবু খিরকখিগনি ; অসুম্না খল্লহুনা মতম খরা মফমহুদা কমহুন ঙাইরক্লে ; অহুবু হিদি লাক্লে, অতোংবা মী অমা ফাওবা মশক উখিদ্রে। নবকুমারদো চাক লাম্বনা মখিৎ তম্দন পাইরক্লে। অমুক ঙাইবা ঙম্লক্তুহুনা হি খিবা তুরেল খোংবানগী তুংইন্না কোইচৎ চৎপা হৌরক্লে। মফম কৈদস্থ হি থেংনদ্রে। অমুক হল্লক্তুনা হান্নগী মফমদা লাক্লে। অহু ফাওবদা হি উত্রহুনা মহাক্লা খল্লকই; জোয়ারগী কল্লবা ইপোন্না হি তাওথোকখিরম্বদা তারে ; হৌজিক্তি ইচেল হঙ্গৎনা হোল্লকপদা মাগী খোঙলোইশিংহু থিম্ববা ওইরিগনি। অহুবু জোয়ারস্থ লোইগ্রে। মতমহুদা খল্লকই ইচেল হঙ্গৎনা কন্না চেনমনবনা জোয়ারদা হি হল্লকপা ঙম্মুদবনি হৌজিক্তি জোয়ারস্থ ফনা য়ান্না হম্বগ্রে—অঙানবা শরুক লোইশিল্লক্লে ; হুমিং তারে ; হি হল্লকে হায়বদি ঙসাইনা য়োরকপা য়ারে।

মতমসিদদি নবকুমারগী মপুক্লিংদা, জোয়ারগী চাওরবা ইথত্তা হি লুপখিরম্বা তারে নত্রগা মাগী থোঙলোইশিংনা মাবু মী তাত্রবা লমহাংসিদা মথন্তা হুন্দোক্লম্বা তারে হায়বসি কন্না থাজবা পোক্লক্লে।

নবকুমারনা উরে, খুল লৈতে, চংফম লৈতে, মী লাদে, চানবা লৈতে, থক্লবা লৈতে। তুরেল ঈশিংস্থ থুমহী মপংনি ; অহ্গা মহাক অরাম-খোরাংবনা মথল্লাইদি লানগদৌরে। তমথীরবা অইংবহু কোক্লবা চংজফম লৈতে, ইন্নবা ফী অমা ফাওবা য়াওদে। অসিগুম্লবা উন মহি শিংলবা তোর্ব্বানদা, উন থিকথরবা অভিয়াগী মখাদা, চংফম

লৈতনা ইমিঙাই য়াওদনা য়াহিপ্লদা ত্যরি। অহিংদা শওম-কৈ মাইয়োক্লবা য়ানসু লৈ। হিংফম করিমতা লৈতে।

মপুক্লিং লাংতক্লবনা নবকুমারহু মফম অমতদা কুইনা লৈতানা লৈবা ঙমদ্রে। তোর্ব্বান্দগী মথকলোমদা কাখৎলক্লে। কোয়চৎ চৎপা হৌরক্লে। পুম্মম মমশিল্লক্লে। লিক্লা থাংলবা অতিয়াদা থরানমিচাক মপৈনা চিক্লা হন্দোরক্লে,—নবকুমারগী মপাম লমদমদা থোকপগুম মফমসিদসু থোক্লি। অমম্বা মরক্তুদা মফম কৈদসু তাইবঙ মীগী নাশোল ফংদে; —অতিয়া, লমহাং পুম্মক ইচিক হুল্লি, তারিবা হায়বমক্তবু লেপ্পা নাইদ্রবা সমুদ্রগী ইরাওথোল অহুগা মরক মরক্তা লমলক্কী শাগী খাঞ্জেল। অহুম ওইনমক নবকুমারনা মল্লবা উন খিকথরবা অতিয়াগী মথাদা লৈঙোইগী লৈপুংহুগী মাইকৈ মরিমক্তা কোইচৎ চৎপা হৌরক্লে। করিগুম্বদা লৈতেম মান্নবদা, করিগুম্বদা হাইফেৎ রাংবদা, করিগুম্বদা লৈপুং মথোংদা, করিগুম্বদনা লৈপুং মতোন্দা, অসুম্না কোয়চৎ চৎলকলে। অসুম চৎপদা খোংথাং খুদিং শা কৈন শোক্কদ্রা হায়না চিংনৈ, অহুগা মফম লেংদনা ফমহুনা লৈরবসু অহুম্মক মচিংনৈ।

লেপ্তুনা কোয়চৎ চৎলকপনা নবকুমারহু মশা চোকথরক্লে। হুমিৎ চুপ্পাহুমা চরা হেল্লকপনা মশা অহু অমুক্কা হেন্না শোঞ্জিল্লক্লে। মফম অমদা বলিয়াড়িদা ঙাথরহুনা ফমথরে। ময়ুমগী ফোং ফোং শাবা হুংঙাইরবা ফমুং নিংশিংলক্লে। থরাই হকচাং পুন্না রামিন্নহুনা রাখল পোক্লকপা মতমদদি মরক মরক্তা তুম্নিংবা পোক্তুনা হেক হেক পঙথরকই। নবকুমারসু রাখল তৌনা তৌনা উইথরক্লে। অসিগুম্বা

হৌনশা অসি লৈরমত্রবদি সংসারগী থিংঙমত্রবা অরাবগী চৈনাখোল কনানস্ু মতম অয়াম্বদা থাঙবা ঙম্নরম্মোই হায়না নিংই।

---

## ৪শুবা মতাং

# লৈপুং মতোন্দা।

"—সবিস্ময়ে দেখিলা অদূরে
ভীষণ দর্শন মূর্ত্তি।"

—মেঘনাদবধ।

নবকুমারনা মিকপ থোক্লকপা মতমদদি থেঙলবা অহিং ওইরম্মে। হৌজিক ফাওবা মাবু কৈনা চারমদ্রিবসি মহাক অঙকপা হায়বদু ওইরে। কৈ লাকপ্রা হায়দুনা মাইকৈ শীন্না কোইরৈ লৈঙ্গনা য়েংঙকই। থংহৌদনা মাংদা য়াম্না থাপ্না মঙাল অমা উরক্লে। অরানবা রাখল ওইরমগদ্রা হায়দুনা নবকুমারনা মপুক্লিং চংনা মাইকৈ অদোমদা মুন্না য়েংলক্লে। মঙালগী ঙমখৈ অদু মথং মথং অস্ুম শন্দোক্লক্লে অমসুং লংখৎলক্লে মৈগী মঙাল ওইবা তাই হায়বসি মপুক্লিংদা কন্না থাজবা পোক্লে। থাজবতদা নবকুমারদু হিংবা য়াবগী রাখল নৌহৌনা পোক্লক্লে। মী লৈতনা মৈঙাল অসি থোক্লকফম থোক্তে। মরমদি হৌজিক লম্মৈ চাকপা মতম নত্তে। নবকুমার হৌগৎলক্লে; মৈঙাল উরিবা মফম অদোমদা চল্লক্লে। মহাক্না অস্ুম খল্লকই, "মঙাল অসিবু তম্নবরা? ওইবস্ু য়াই; অদুবু নিংজিং-মাংজিংনদুনা লৈথোক্লবদি করম্না থরাই হিংগনি?" অসি খল্লদুনা অকিবা লৈতনা মৈঙাল অদু তম্না চৎলক্লে। উ পাম্বী, উরি,

লৈপুং কয়া কয়ানা মাগী খোংথাং খুদিংদা খুয়ৌ চেনবা হৌরক্লে। উ-উরি পুম্বা নেংথত্তুনা লৈপুং কাম্নোক্তুনা নবকুমার চংলক্লে। মৈঙাল অতুগী মনাক য়ৌশিল্লক্লগা মহাক্না উরক্লে, য়াম্না য়াংলবা লৈপুং অমগী মতোন্দা মৈ চাকলি; মতুগী মঙান্না মতোন্দা ফল্লিবা মীতু অতিযা মপাক্তা য়েকপা লাইগুম্না উরি। নবকুমারনা মতোন্দা লৈরিবা মীতুগী মনাক য়ৌরগে হায়না মপুক্লিংদা চপ য়ুংনা নিংলতুনা খোঙথাং শোন্থবা তৌদনা চংশিল্লক্লে। মমৈথংদা লৈপুংতু কাখৎলক্লে। মতমতুদা হাইক্কেৎ চিংনবা অমদি পোক্লকই—অতুমকপু অকিবা লৈতনা মহাক লৈপুংতু কাখৎলক্লে। লৈরম্লিবা নিপাতুগী মমাং য়ৌরক্লবদা, লৈরম্লিবা পোৎচৈশিংতু উবদা মহাক কোকচাওবী কাখ্রে। লৈখির্সিরা নত্রগা হল্লসিরা হায়বা মহাক লেপ্পা ঙমদ্রে।

মতোন্দা লৈরম্বা নিপাতু মমিৎ উইশিল্লতুনা ধ্যান তৌরম্মি—নবকুমারবু অহানবদা উদে। নবকুমারনা উরে, মশাক চহি য়াঙ্খেমুক শুরবা মীনি। শেৎলি-ইল্লিবতু লশিংগী ফি য়াওব্রা য়াওদ্রবা উবা ফংদে; খ্বাংদগীনা খুকউ ফাওবা কৈ মউম্না কুপ্লি। ঙক্তা শুগ্রেক পরেং; পাক্লবা মমাইতুদনা জটাগা কোইগনা পুমথন থল্লি। মমাংদা উতুপ খরা মৈ চাক্লি—মৈ অসিগী মৈঙাল য়েংতুনা নবকুমারনা মক্কমসি তান্না লাকপা ঙম্বনি। নবকুমারনা য়াম্না শাথীনা নমথিরবা মনম অমা নম্লকই; নিপাদনা ফল্লিবা ফমক্কমতু হেক উরকপদা মতুগী মরমতু খংলক্লে। জটা পুবা নিপাতু মঙক য়াওদ্রবা অপুম্বা মী অশিবা অমগী মথক্তা ফল্লি। অমুক্তা হেন্না অকিবা ফংলিবাদ, মমাংদা মী মকোক লৈরি; মতুদা ঙাংশং ঙাংবা মহি লাঙবা পোৎ

য়াওরি। মাইকৈ মরিমক্তা মচি মচিদা শরু তারি—করিমুক হায়গনি, যোগাসন ফম্লিবা অহুগী ঙক্তা শিম্লিবা শুগ্রিক পরেংলক্তা পিক্ল পিক্লবা শরু মচেৎ খেৎলি। নবকুমারহু মন্ত্রনা শুমহৎলবা মী ওইগ্রে। চংশিনগদ্রা নক্রগা চৎথোক্তদ্রা হায়বা খঙবা ঙমগ্রে। মহাক কাপালিকশিংগী মরমদা ম্না কয়া তারে। মহাক খঙলে, নিপাসি কাপালিক্লি।

নবকুমারনা য়োরকপা মতুংদা কাপালিক অহু মন্ত্র সাধন্দা অমদি ধ্যান্দা লুপ্তুনা লৈরম্মি, নবকুমার লাকপহু মিৎচিনফাও য়েংলমদে। মতুং কাইনথংদা হংলকই, "কস্ত্বং" ? নবকুমারনা হায়রকই, "ব্রহ্মণ।"

কাপালিক্না হায়রকই "তিষ্ঠ"। অসি হায়রগা মাগী হাম্নগী থবক্তুদা মপুক্লিং চংগ্রে। নবকুমার লেপ্তুনা লৈরে।

অসুম্না য়ুথক তংখাইমুক হৌগ্রে। মতুংদা কাপালিক অহু হৌগৎলক্লগা নবকুমারদা হান্নগুম সংস্কৃত লোন্না হায়রকই, "মামনুসর।"

মসি থাঙ্গৈশেংবনি হায়বা য়াই, করিগুম্বা মতমদা ওইরম্লবদি নবকুমারনা কৈদৌম্লুংদা মহাক্কা লোয়ননা চৎলম্মোই। অহুবু হৌজিক্তি অরাম খোরাংবনা মথরাইহু লানগদৌরে; অদুনা হায়রকই, "প্রভুগী নয়াথং ইনজগনি। অহুবু ঐহাক অরাম খোরাংবনা ওম্মোক্লা ল্লারে, কদাইদা চৎলগা চানবা খরদং ফংজগদগে তাকপিয়ু"

কাপালিক্না হায়রকই, "ভৈরবী প্রেরিতোহসি ; মামনুসর ; পরিতোষস্তে ভবিষ্যতি।"

নবকুমারদু কাপালিককী মতুং ইল্লক্লে। মবানি কনা শাংনা চৎমিন্নরকলে—লম্বীদা মখোয় রা মচেৎ অমা কাওবা ভাংনদে। মমৈথংদা উনাগী খাংপোক অমা থেংনরে। কাপালিকনা হায়রা মমুংথদা চংগ্রগা নবকুমারবু চংঙকউ হায়না য়াথং পিরকই অমসুং নবকুমারনা থংদবা করিগুম্বা পাপৈ অমনা উতুপ অমদা মৈ থাগৎলে। নবকুমারনা মৈঙাল অদুদা উরে, খাংপোক অদুগী অয়াম্বা শরুক কেওয়া মনানা কুপ্লি। মমুংথদা কৈগী মউন থরা লৈ—ঈশিং চকু অমগা উহৈ রাহৈ থরগসু লৈ।

কাপালিকনা মৈ থাগৎলগা হায়রকই, "উহৈ রাহৈ থরা লৈরি-বদু চাবা য়াগনি। উনানা দোনা শারগ চফুদগী ঈশিংদু থকউ। কৈ মউল লৈবনি হিপনিংলগ হিপপু। চিংনদনা লৈয়ু—শা কৈগী দমক করিমত্তা কিরুনু। মতম থরা লৈরগ ঐগা অমুক উনগনি। ঐগা উনত্রিবকাওব খাংপোক অসিদগী চৎথোকনু।"

অসি হায়রম্লগা কাপালিক চৎল্রে। নবকুমারনা উহৈ রাহৈ থরদং লৈবদু চারগা হাইফেৎ য় কপা ঈশিংদু থক্তুনা মথরাই ওস্থোক্লা পেঙ্কবগা লোয়ননা লৈরে। অদুদগী কৈ মউলদু থাদুনা হিপ্লে, হুমিং চুপ্পা অমা রারুবনা খিন্দনমক মুংঙাইনা তুমথুন তানব্রে।

---

৫ঙবা মতাং

# সমুদ্র মপান্দা।

যোগপ্রভাবো ন চ লক্ষ্যতে।
"বিভর্ষি চাকারমনির্বৃতানাং মৃণালিনী হৈমমিবোপরাগম॥"

—রঘুবংশ

অয়ুক ওয়া হৌগংলগা নবকুমারনা ইকোম কোয়া য়ুম য়োননবা পাম্বে থিবা লাক্লয়ক্লে; অওইবমক্তি কপালিক অসিগী মনাক্তা লৈবসি কৈদৌঙ্গুংদা অকবা থোকনি হায়বা মহাক নিংদে। অদুবু হৌজিক লম্বী লৈত্রবা ডমং অসিদগী করম্না লাম্থোক্কনি? করম তৌরগা লম্বী থিদুনা য়ুমদা হনগনি? কাপালিক্কী শোয়দনমক লম্বী থংগমগনি; হংলূবদা তাকথোক্লক্লোইত্রা? অওইবমক্তি হৌজিক ফাওবদা কাপালিক্কা মাগী মফমদা করিগুম্বা চিংনবা য়াবা শাক্তং অমত্তা চংলক্ত্রি—অদুদি করিগী মহাক কিফম থোকই? অদুগা অমনা কাপালিক্কা মাবু অমুক উনরক্ত্রিকাওবা থাংপোক থাদোকহু হায়রম্মি, মানা হায়বসি ইন্দ্রবদি হেন্নদুম শাওরবা য়াই। নবকুমারনা তাথি, কাপালিকশিংদি ওমদবা থবক অমুক লৈত্তে। অদুনদি মহাক্না হায়বা ইন্দবসি চুমদে। অসিনচিংবা রাকম কয়া থল্লুদুনা নবকুমারহু লেংদনা থাংপোকশঙদা লৈরগে হায়বসি লেপ্লে।

অদুবু অসুম অসুম হুমিত্তি তাশিল্লকদোয়ে, অদু ফাওবদা কাপালিক হল্লক্ত্রে। ওয়াং চয়া হেনখিবনে, ওসিনা হৌজিক ফাওবা চাদ-থক্তনা লৈবনে, লাম্বনা লৈফম থংলক্ত্রে। থাংপোক অম্মুংগুদা উচৈ থজিক্কমক মরৈরম্মী; মদুসু ওয়াং অহিং চাথোকপ্রে—হৌজিক থাংপোক্কগী চংথোক্তুনা উচৈ রাহৈ থরদং থিরুত্রবদি লাম্বনা থরাই থাবদা তাই। অদুনা থরদং ওাম্লিডৈদা নবকুমারহু চাক লাম্নবদগী উচৈ-থিবা চংথোক্লক্লে।

নবকুমারনা উচৈ থিবা মনাক্তা লৈরিবা লৈপুংশিংহু কোয়না কোয়না চংপা হৌরকলে। লৈঙোই মরক্তা হৌরিবা পাম্বী মচা

অক্তা অনিচুগী উইহ চাচুনা য়েংলে, অমথকী মহাওদি যদামদৌনা য়াম্না ওইনম্মি ; মচু চাচুনা অয়াম্বা থন্নদং কোক্লে।

হায়রিবা লৈঙোইগী লৈপুং পরেং অসি খোইনা পংথোক পাক্লে অচুনা নবকুমারনা ঙাইহাক্তংদা লায়োক্লে। অচুদগী লৈঙোই লৈত্রবা শুক্রবা উচুং তারক্লে। মমাংদা অমুক্তা চংলুক্লিবা উচুংদা মতম থন্নদংগীদমক চংলুবা মীশিংচুতনা থংই, লম্বী লৈত্রবা উগ্রুংদদি ঙাইহাক্তংগী মচুংদা লম্মাংনৈ। নবকুমারস্নু মচুমক খোক্লে। থন্নদং চংশিল্লক্লগা কদোমদা আশ্রম লৈহোৎরবা হায়বচু থংবা ঙম্লে। ঙংলবা ঈশিং ইরাওখোল মনাকোংদা তারক্লে। মহাক্না থংলে, সমুদ্রগী ইরাওখোলনি। ঙহাক লৈরগা ইথং থংহোদনা উগ্রুংচুদগী খোক্লকপদা উরে, মমাংমক্তদা সমুদ্র। মপাল নাইদনা শন্দোক্লবা অশংবা ঈশিংগী মপৈচু উবদা হায়কম থংজরবা মুঙাইবনা মাগী থম্মো- ইচু থুনথ্রে। লৈঙোই লম ওইনা তৌবা তোর্ব্বান্দ চংচুনা ফমথরে। কোঙ্গোল হোৎরবা, ঈশংশংনা মপাল নাইজ্রবা সমুদ্র। নাকল অনিদা হেক উথ্রিবমখৈ, ইথক চাইথাইরকপগী কোঙ্গোল পরেং; চবুন চবুন লেংবা ঙৌরবা লৈরাং পরেংগী মতৌশুম অঙৌবা কোঙ্গোল পরেংচুনা সনা মচু মাল্লবা লৈঙোই থক্তা পৈররি ; উমংনা শমলাং ওইবী মালেম লৈমগী মতিক চাবা খোই-খোইবা শমজী চবুন ওইরিবা অশংবা ঈশিং মপৈরক্তদা মকম লিশিং কয়াখোক্লা কোঙ্গোল ইরোয়- নবা ইথক চাইথাইরি। করিগুম্বদা অসিগুম্বা অকনবা মুংশিং অমা শিংলবা, মচুনা য়ৈবদা থল্লান মপৈ গ্লিশিং লিশিং কেন্দুনা অশংবা নোংথক্তা ইচাই চাইনা কোইহাই হাইচুনা লৈরবা, মচুতদা সমুদ্র

ইথকী কোইওাওনবগা চপ চায়বা শক্তম ওইবা য়াই। মতম অসিদা চায়থরক্লবা কোরৌগী মেংলবা মশেক্লা অশংবা লাইজগী শরুক অমা সোদোক্লবা স্নাগুম ইরং লংহল্লি। লাপ্লপ্পা ইউরোপকী লপোনবা কাংবু অমগী হিজাউনা অওৌবা মশা কন্দোক্তুনা অচৌবা উচেকুম ঈশিং পক্লা পাইল্লি।

মতম কয়া শাংনা নবকুমারদু তোর্ব্বান্দা কয়্নদুনা রাখল লেপ্কেননা ঈশিং মপৈগী কজবদু য়েংলিবা, মহাক খোইনা অমুক থল্লুবা লৈতে। মতুংদুদা খংহৌদনা য়াচংলকপগী অমম্বনা অশংবা লাইজথক্তা খোংদাররে। মতমদুদতা নবকুমার জ্ঞান তাররে—আশ্রম থিবা তারি হায়বসি। স্বরমপী হোল্লগা হৌগৎলক্লে। করিগী স্বরমপী হোল্লিবা, মদুদি খংদ্রে অদুবু মতমদুদা মাগী খম্নোইদা মমাংঙৈগী করিগুম্বা সুংঙাইবা অমা নিংশিংলকপ্রা, কনানা খংগনি? হৌগৎলগা সমুদ্রবু ভুংওইনরক্লে। মমাই খংলৈ লৈথোরকপদা উরে, অঙকপগী শক্তম! হৌনা ওংলবা সমুদ্রগী তোর্ব্বান্দুদা, লৈঙোইথক্তা য়াচংবগী মশেল-মশাংবা মঙাল্লক্ত লেপ্পুনা লৈরি অঙকপা কংলবী সুপীগী শক্তমা শল্লাং চবুন থোমজিন কাজিন্দে, খোই-খোই তৌই, চবুন চবুম তাই, নিংদু য়ৈনা শাংই; মদুগী মাংদনা নিংথিরবা হকচাং; কজনা ৎৎ-খোৎ-লবা লামাইথক্তা য়েকপা লাইগুম্মি। শমলাংশিংদু চোইজাইনথিবনা মাইথোংদু মপুং ফানা উবা কংদে—অদুমকপু নোংগী মরক্তা হন্দোরকপা থাজগী মঙালগুম লংলি। কোইয়াওনবা মিৎস্লানা হাই-কেৎ য়েংলকপা মিৎয়েংদু য়াম্না ইংই, য়াম্না মেংই, য়াম্না চিং-লেম্মি, অদুবু মঙাল চেম্না মিৎয়েংদু সমুদ্রগী ইয়াইদা শাম্নরিবা থাজ মঙালগুম

মেংনা লংলবা মঙাল কাওরি। শমলাং মপৈনা লেংজুম চোন্না পান্থোম অনিমক কুপশিল্লি। লেংজুমদি শুকউ ঊখিদ্রে; পান্থোম অনিগী মক্তুবা ফজবত্তুদি হাইফেৎ হাইফেৎ মউই। মুপী ওইবীগী শক্তমত্থু কীজোন অমত্তা পক্তে। শক্তমত্থুদা শুমহৎয়াই অমা য়াওরি, মত্ত কৈদৌম্ভুংদা শিংথাবা ওম্বা পোৎ নত্তে। থাথাই চনশিল্লক গী থাবল মচুনি—; শুক্লা মুরবা শমলাং মপৈনি; অনি অত্থু তাইনবদা করম্বা কুচু করম্বা শমলাং ওইত্থুনা মবানিনা ফজবা ফোংদোকপগে হায়বত্ত, অত্থুগুম্বা ঙংলবা ইরাওখোলগী সমুদ্র মপান্দা য়াচংবা মতমদা উরুবা নত্তনদি হায়রিবা শুমহৎয়াই অত্থু থম্মোইদা পালহনবা ঙম্মোই।

নবকুমারত্থু থংহৌদন অসিগুম্বা থুদোং থিরবা মরক্তা দেবী মুর্ত্তিত্থু উবদা ঊতিংবগুম লেপ্তুনা লৈরে। মহাক রা ঙাংবা থোকখিদ্রে, মুংবংননা য়েংত্থুনা লৈরে। মুপীত্থুসু কৃম্বংননা মমিৎ কুপ্তনা কোইরাওনবা মিত্তুগী তপ্লবা মিৎয়েংত্থু নবকুমার তম্না য়েংত্থুনা লৈরে। খেন্নবা হায়ববু, নবকুমারগী মিৎয়েংদি পাখৎলবা মীগী মিৎয়েংগুম্মি, মুপীত্থুগী মিৎয়েংত্থুদি অত্থুগুম্বা মতৌ য়াওদে, অত্থুবু য়াম্না লাংতরুবা অমদি ফোংদোক্লি। মতুংদ্বদা সমুদ্রগী মী তাদ্রবা তোর্বান্দা অস্থুম্না কনা কুইনা মখোয় অনিমক য়েংনত্থুনা লৈ। কাইনথংদা মথোক কারক্লিবী অত্থুগী খোঞ্জেল তারক্লে। মহাক্না য়াম্না তপ্লবা খোংম্বাংদা হায়রকই, "লংকৈ চৎপা, নহাক লম্মাংনরবরা ?"

খোঞ্জেল অসিগা ইরোয়ননা নবকুমারগী থম্মোইগী বীণা খোংগৎলক্লে। শুক্লবা থম্মোই বীণাগী মরীশিং অসি করি করিগুম্বা মতমদা

লয় অসুকী মতিক ভিন্নরক্তে মহুদি, কনা কন্না হোৎনহুনসু অমগা অমগা চানৌ হায়বা শুকয়া য়াদে, অহুবু খোঞ্জেল অমতদা, হুপীসী খৌনাওদগী থোক্লকপা খোম্বোক অমতদা ইরাই লায়না হেকমক শেমদোকখি। পূম্নমক লয় চপ চানরকই, তেংবানগী খোংচৎ অসি মতমহুদগী হৌনা হুংশিরবা ইশৈগী ইচেল অমনি হায়না খল্লকই। নবকুমারগী মনাকোংদসু অহুন্না খোঞ্জেল অসি থোক্লরে

"লংফৈ চৎপা, নহাক লম্মাংনরবরা?" খোঞ্জেল অসি নবকুমারগী মনাকোংদা চংল্লে। করি হায়রিবনো, করি খুমগদবনো হায়বা মহাক করিমতা খংখিদ্রে। খোঞ্জেল অহু হুংঙাইবা ইথক্কা তনিক তনিক কোইতাও তাওহুনা লৈরে, হুংশিংনা খোঞ্জেলহু কোইহুম হুমহুনা পুবগুমল্লে, উনারক্তা মুরুম মুরুম শোনবগুমল্লে, সমুদ্রগী ইরাওখোলসু নেমথহনবগুমল্লে। সমুদ্র কীজেৎনবী তেংবানসু ফজৈ, হুপীহুসু ফজৈ, খোঞ্জেলহুসু ফজৈ; থম্মোই যন্ত্রগী মরীলক্তসু ফজবগী লয় চপ চানা তিন্নল্লে।

হুপীহুনা করিগুম্বা পাওখুম অমতা ফংদ্রহুনা হায়রকই, "লাকও!" অসি হায়রগা মথোক কারকপীহু চৎপা হৌল্লে, খাংলিবা খোঙথাংহুদি উদে! বসন্তগী মতমদা লিরিবা-নামিবনা হোইহুনা পুবা অঙৌবা নোংগী মতৌগুম তপ্না তপ্না, উদবা খোঙথাংগা লোয়ননা চৎলক্লে। নবকুমারহু হংগী লাইফদিবীগুম মতুং ইন্নরক্লে। লম্বীদা পিক্লবা উমং অমা কোয়না চৎপদা তাই; উমং অহুগী রাংম য়োরকপা মতমদদি নিংখিবী অহুবু উবা ফংখিদ্রে। উমংহু কোয়রুরবতুংদা উরে, মাংদা থাংপোকশঙ।

---

ওজুমা মতাং

# কপালিক্কা লোয়নবা।

"কথং নিগূঢ়সংযতাসি—। দ্রুতম্ নয়ামি ভবতীমিতঃ

রত্নাবলী।

নবকুমারনা খাংপোক মহুংদা চংলগা থোঙ লোনশিন্দুনা মথুরাক্কা মকোক্তু শোরহনা কম্লে। কোক অদু পাক হেক হাইগৎ-লকপা তৌখিদ্রে।

"মতুবু লাইরেম্বীরা--তাইবংমীরা--নত্রগা কাপালিকী মায়াতরা!" নবকুমার অদু চঙক মাইঙল্লনা মপুক্কিংদা রাফমসিতা মওল মওল খনবা হোরক্লে। করিগুম্বা অমতা ভাব তাবা ঙমদ্রে।

রাখল লফৈনখিবনা নবকুমারহ থৌরম অমদি ইউ উরুদ্রে। খাংপোকশঙ মহুংহুদা মহাক্কা চংঙক্তি্রৈঙদগী হোনা উতুপ অমথক মৈ থাহুনা লৈরম্মি, অহিং য়াম্না থেংজিল্লক্লবদা, মহাক সন্ধ্যা আহ্নিকনচিংবা তৌগদবা রাৎলি হায়বা নিংশিংলক্তুনা ঈশিং খিনবা হোৎনরকপদগী, খল্লম্বা রাখলহু তোকথোক্তুনা ওইথোক্তবনি হায়বরোমদা খম্বা ঙম্লক্লে। মৈতম্মু নত্তে, চেংনচিংবা থোং থাকপা য়াবা পোৎচৈম্মু খরা খরা লৈ। মতুদা নবকুমার থোইনা ঙকলুবা তৌদে—মহাক্কা খল্লকই, মসিম্মু কাপালিক্কা তৌরিবনি—মসিদা করি ঙকফম লৈবগে?

নবকুমাম্ননা সন্ধ্যা অহ্নিকনচিংবা তৌবা লোইরগা অরৈবা চেং অহু খাংপোক মহুংদা লৈরম্বা চফু অমদা থোংহুনা চারে।

মথংগী নোংঙাল্লকপদা শউনগী ফমুংদগী হৌগৎলহুনা সমুদ্র

মপাললোমদা খোংশাল্লক্লে। ঙরাং চৎখোক চৎশিন তৌখিবনা ঙসিদি থোইনা পংল্লা ৱাদনা লম্বী থিবা ঙল্লে। মফমত্থদা অয়ুক্কী তৌগদবা থবক লোইখোক্লগা ঙাইহনা লৈরক্লে। কনাবুনো মহাক্লা ঙাইরিবা ? ঙরাং উথিবা মায়াবিনী অদু অমুক হন্না মফমত্থদা লাকখিনি হায়বা ৱাখলসি নবকুমারগী মপুক্লিংদা কয়া কন্না পোকখ্রবা, মত্থদি হায়বা ঙমদ্রে—অদুবু মফমত্থদগী মহাক চৎখোকপদি শুকঙম ঙমদ্রে। মুংখিল কনা থেংজিল্লক্লবদসু মফমত্থদা কনামতা লাক্তে। অদুদদি নবকুমারদু মফমত্থগী মাইকৈ মরিদা কোইচৎ চৎপা হৌরক্লে। অরেম্ব দা থিবা হায়বত্থনি। মী লাকপগী খুদম মচেৎ অমা ফাউবা থেংনদে। অমুক হজিল্লক্কুনা হান্নগী ফমফমত্থদা ফম্লরে। হুমিৎ তারক্লে; মমশিল্লক্লে, নবকুমার নিংবা কায়রত্থনা খাঙপোকশঙদা অমুক হল্লক্লে। য়াচংলকপা মতমদা দ্রমুদ্র তোর্ব্বান্দগী হল্লকপদা নবকুমার-না উরে, কাপালিক অদু খাংপোক মনুংদা লৈমাইৎক্তা তুমিন্না ফমত্থনা লৈরি। নবকুমারনা অহানবদা মঙ্গলগী পাও হংই; অদুবু কাপালিক্না করিমতা খুম্লক্তে।

নবকুমার হায়রকই, "অস্নুপ কুইনা প্রভুবু দর্শন ফংজদবসি করি মরমদগীনো ?" কাপালিকনা হায়রকই, "ইশাগী ব্রত ঙাকপা হোৎনরুই।"

নবকুমারনা ময়ুম চৎনিংবগী ৱাফম হৌদোক্লে। হায়রকই, "লম্বীসু থঙজদে—চেংজেলসু লৈজদে; মসিগী মরম পুন্নমকসি প্রভুগা উনজরগা নিংথিনা শীনবিগনি হায়না থগত্থনা ঙাইজরিবনি।"

কাপালিক্না ৱাহৈসিতমক হায়রকই, "ঐগা লোয়ননা চৎসি,

চৎলু।" অসি হায়রগা তাইবং-রাখল-পক্তুবত্ত হৌগৎলক্লে। য়ুমদা চৎনবা করিগুম্বা অফবা পাম্বে ফংজগদ্রা হায়বগী রাখন্দা নবকুমারসু মাগী মতুং ইল্লক্লে।

মতমত্থ সন্ধ্যাগী মমলি মল্লিবা কোক্ত্রি—কাপালিকনা মাঙ থানা থানা নবকুমারনা তুংদা অসুম ইল্লহুনা চৎপা হৌরক্লে। খংহৌদনা নবকুমারগী মনমগন্দা কনানো অমগী থোৎলবা খুৎনা হেক শোক্লকই। লৈহুনা য়েংলকপদা মহাক্না উরুবহু, মিহুন গুখিদ্রে মুরবা শন্নাং মপৈ চোগজাইননা নিংহু য়ৈরবী উমংগী লাইরেম্বীগুনি। মমাংঙৈগুম তুমিন্না লৈ, মিৎকম হোংদে। কদোমদগী মুত্তি অসি খংহৌদনা শাক্তুনা মাগী মতুং লোমদা লেপ্লরিবা। নবকুমারনা উরক্লে, হুপীহু মচিনবান্দ খুদোনবী থম্লহুনা লৈরি।

নবকুমার ভাব তারে, হুপীহুনা মাবু রা ঙাংদনবা থিংলি। থিংলুবগী থোইনা কান্নফম্বু লৈতে। নবকুমারনা করি রা ঙাংগনি? মহাক চংঙক্লরহুনা লেপ্তুনা লৈরে কাপালিকতি পূন্নমকসি করিমতা উদে, মাঙথানা অহুম্মক চৎথ্রে। মখোয়না কাপালিক অহু তার-রোইদবা মফমদা লৈহৌরবা মতমহুদা হুপীহুনা লোল্লপ্না রা খরা হায়রকই। নবকুমারগী মনাকোংদা রাহৈশিং অসি তাখি, "কদাইদা চৎলিবনো? চৎলুহু হল্লো--চেনখ্রো।" রা অসি হায়রম্লগা ঙাংলিবী অহু চৎথোকখ্রে, খুম্মকপা অমুক তাননবা ঙাইদ্রে। নবকুমারহু ঙহাক চংঙক মাইঙক্লনা লেপ্তুনা লৈরে, মতুং ইন্নিংবা অমা কন্না পোক্লক্লে, অহুবু হুপীহু কদোমদা চৎখ্রবগে হায়বা অরেপ্পা করিমতা খংহৌদে। মপুক্লিংদা খল্লকই,—"মসিবু কনাগী মায়ানো? নত্রগা

ঐনা তায়োন্নরব্রা ? তাথ্রিবা রাশিং অহুদি চিংনিনিংঙাই উৎপনি, অহুবু করিনো, চিংনগদৌরিবসে ? তান্ত্রিকশিংদি তৌঙমলবা থবক অমুক লৈতে। অহুদি চেল্লসিরা ? করিগী চেনগনি ? নহান নোংমহুসু হিংগ্রবনিনা, ঙসিসু হিংগনি। কাপালিকসু মীনি, ঐসু মীনি”

নবকুমারনা অসুম্না খল্লিডৈগী তাঞ্জাসিদা উরক্লে, কাপালিকতু মানা মতুং ইল্লক্তবহু উরহুনা অমুক হল্লক্লে। কাপালিকনা হায়রকই, “তপথরিবা—করিগীনো ?”

কাপালিকনা হন্না কৌররবহুদা নবকুমারহু রা ঙাংদনা মাগী মতুং অমুক ইল্লক্লে।

খরা থাপ্লপ চৎলগা মাংদা লৈপাক্লা ফক্লাং খাবা খাংপোকশঙ অমা উরক্লে। মহু খাংপোকশঙ হায়না কৌবসু ময়াই, য়ুম মচা হায়না কৌবসু ময়াই। অহুবু মহুনা ঐখোয়দা শোইনা কান্নফম লৈতে। মহুগী মনিংমক্তদা লৈঙোইগী লম ওইনা তৌবা সমুদ্রগী তোর্ব্বান লৈ। য়ুম মনাক অদোমদা কাপালিকনা নবকুমারবু লৈঙোই লমহু তান্না পুহুনা চৎলে, তাঞ্জাসিদা তেঞ্জৈমুক ক্লাংনা মমাংঙৈদা উখিবা হুপীহু মাগী মনাকমক্তদা চৎখি। লেংথৈনবা মতমহুদা মাগী মনাকোংদা হায়রম্মী, “হৌজিকসু চে-গ্রো। মীশা য়াওদ্রবদি তান্ত্রিকশিংগী পুজা তৌবা য়াদে, মসি নং খংদ্রা ?”

নবকুমারগী লাইবক্তা হুমাং মরিক কারক্লে। মরাইবক থীবদগী মথোক-কারকপীসিগী রা অসি কাপালিক তাগ্রে। মহাক্লা লাওরকই, “কপালকুণ্ডলে !”

খোঙ্গেল অহু নবকুমারগী মনাকোংদা নোং খাকপগুম ঙংলক্লে। অহুবু কাপালকুণ্ডলাদি পাওখুম পিরক্লে।

কাপালিক্না নবকুমারগী মখুদাং পায়রহুনা চৎপা হৌরক্লে। মী-হাৎপা খুত্তুনা হেক শোকপদা নবকুমারগী ঈহু হকচাং শীন্না শরুক চামা হেন্না কন্না চেনবা হৌগৎলক্লে—মাঙলুরবা মথৌনা অমুক হজিল্লক্লে। মহাক্না হায়রকই' "খুৎ থাদোকপিয়ু।"

কাপালিকনা করিমতা খুমদে। নবকুমারনা অমুক হন্না হংঙকই "ঐবু কদাইদা পুহুনা চৎপিরিবনো?"

কাপালিক্না হায়রকই, "পুজা তৌফমদা।"

নবকুমারনা হায়, "করিগী?"

কাপালিকনা খুম্মি, "হাৎনবা।"

য়াম্না ফিংনা নবকুমারনা মখুত্তু চিংলকই। মহাক্না চিংলিবা খুৎচিংহু অশুক্কী মতিক কল্লি, অচম্বা মী অমনা য়ান্নহুনা লৈরুরবদি মখুৎ ফাহৌবদি লায়রহুনা নিংথেংননা লৈপাক্তা কন্না তুথখিনি। অহুবু কাপালিকতি মশা হাইফেৎ ফাওবা লেঙবিদে,—নবকুমারগী মপাম্বোম অহু মহাক্কী খুহুম মহুংদা চনগ্রে। মাগী শরু শয়াং পুম্বা তেকপগুম্না তৌরে। নবকুমারনা খংলে, পাঙ্গলনদি য়াররোই। লৌশিং তৌবা তাই। কৈ, য়েংসি, অসুম্না খল্লহুনা নবকুমারহু কাপালিককা লোয়নরক্লে।

লৈঙোইলমগী ময়াই য়ৌরক্লবদা নবকুমারনঃ উরে, নহালমুক্কী মতৌগুম্না মকম অহুদা উতুপ খরা মৈ থারি। মাইকৈ মরিদনা তান্ত্রিক পুজাগী পোৎলম লৈ। মহুগী মরক্তা মীগী লূকং থন্না হাপ্পা য়ুমু

লৈ—অদুগা মী অশিবগী মশাদি য়াওদে। মহাক ভাবনা খংলে, অসিবা মশাদু মহাক্না ওইগদৌরিবনি।

অকংবা, অকনবা উরি খরা হান্নবা মকমদুদা লাওদুনা থনম্মি। কাপালিকনা মহু লৌদুনা নবকুমারবু য়াম্না চেৎনা পুনশিল্লক্লে। নবকুমারদু লৈজবা মপাঙ্গল ফুদোক্তুনা থিংনবা কম্না হোৎনৈ, অদুবু মহুনা কন্নিমতা কান্নবা লৈখিদ্রে। মহাক খংলে, চহি মতাং অসি য়োৗর ফাওবা কাপালিকতু মচুম তারবা শামুমুক কল্লি। নবকুমারনা মপাঙ্গল ফুদোকপদু উদুনা কাপালিকনা হায়রকই "অপঙবা! করিগী নপাঙ্গল ফুদোক্লিবনো? নংগী নপুক্সিদু ঙসিদি মহৈ য়াল্লবনি। ভৈরবীগী পুজাদা নংগী নশা অসি কৎলগদবনি। মসিদগী হেন্না লাইবক ফবসিবু নংগুম্বা মীওই অমগী অতৈ করি লৈরি?"

কাপালিকনা নবকুমারবু চেৎনা পুনশিল্লগা লৈঙোই মথক্তা ইম্মুদুনা থল্লে অমসুং হাৎলমদাইগী মতমদা তৌগদবা পুজানচিংবা তৌবা হৌখ্রে। চৈরক অসিদা নবকুমারনা মাবু পুল্লিবদু থদৎনবা কম্না লাক্লরকই, অদুবু অকংবা উরিত ওন্থোক্লা কনখ্রে—পুল্লিবদুসু ওন্থোক্লা চেৎখ্রে। শিরমদাই য়ৌশিল্লক্লে! নবকুমারদু থম্মোইহুংদা ঈশ্বরবু চেৎনা খুরুমজরক্লে। পোক্লকম লমদম নিংশিংলক্লে, নু ভাই-জরবা মযুম নিংশিংলক্লে, অদুগা মতম কুইনা নোঙ্গাখ্রবা মপা মমাগী শক্তমসু নিংশিংলক্লে, মিৎলুদগী পি মতুম অমা অনি শিন্থ খদুনা লৈ-ঙোইলক্তুদা কংখ্রে। কাপালিক্লা বলি তৌরমদাইগী পুজাদু লোইরবা তুংদা বলি তৌনবা থাংশাং লৌনবা ফমকম-লাংদগী হোগৎলক্লে। অদুবু থাংশাং অদুদি থম্লম্বা মফমদুদা লৈরমদ্রে। অঙকপনি! কাপা-

লিকতু হাইকেৎ ঙকই। মহাক থাঙ্গেশেংনা নিংশিংলি, হুংখিলনা থাংশাংছু পুরক্তুনা মফম চানা থমগ্রবনি ; অতুগা মফম হোংদোক হোংঙ্গিন তৌখিবস্তু লৈতে, অতুদি থাংশাং অতু কদাইদা চৎগ্রে ? কাপালিকনা কোইচৎ চত্তুনা মফম পূম্বা থিরক্লে, অতুবু থেংনগ্রে। অতুদগীদি—মথক্তা পনখিবা থাংপোকশঙলোমদা মমাই ওল্লহুনা কপালকুণ্ডলাবু কৌরক্লে, অতুবু ফনা তোয়না কৌরবা ফাওবদা কপালকুণ্ডলানা খুম্লকপা লৈখিগ্রে। মতমতুদা কাপালিক্কী মমিত্তু ঈমুক ঙাংগ্রে, পিশুম শাথীনা শুকগ্রে। মহাক খোঙথাং য়াংনা য়ুম তম্না তফিং তফিং চৎলক্লে ; তাল্লকসিদা পুল্লিবা উরিত্ত থদৎনবা নবকুমারগী তাঞ্জা অমা অমুক ফংলে—অতবু হোৎনজবগী কান্নবা লৈত্রে।

তাঞ্জসিদা নক্না লৈঙোই মথক্তা য়াম্না তপ্লবা খোঙথাং মখোল অমা তারক্লে খোঙথাং অসি কাপালিক্কী নত্তে। নবকুমারনা মমিৎ লৈগোক্তুনা য়েংঙকপা উরে, পূক্নিং শুমহৎনবগী মশক ওইরবী কপালকুণ্ডলানি। মাগী মথুক্তা থাংশাংনা ইরং লংলি।

কপালকুণ্ডলানা হায়রকই, "তুমিন লৈয়ু। রা ঙাংগনু,— থাংশাংদি ঐগী ইনাক্তা লৈরে—হুরান্দুনা থম্লবনি।"

অসি হায়রতুনা কপালকুণ্ডলানা য়াম্না খুৎলৈ-থূনা নবকুমারবু পুল্লিবা উরিতু থাংশাংনা ককথৎলক্লে। মিৎন-কুপ্পগী মনুংদা মাবু থাদোক্লে। অতুগা হায়রকই, "চেল্লো ; ইতুং ইল্লকউ, ঐ লম্বী তাকপিগে।"

অসি হায়রগা কপালকুণ্ডলানা তেঞ্জৈমুক য়াংনা লমজিংলতুনা চেনবা হৌরক্লে। নবকুমারস্তু কন্না চেন্দুনা মাগী মতুং ইন্নগ্রে।

৭শুবা মতাং

# থিরকপদা

"And the great lord of Luna
Fell at that deadly stroke ;
As falls on mount Alvernus
A thunder smitten oak."

—Lays of ancient Rome.

অসোমদা কাপালিকনা ইমুংঙ্গু হুমত্তুনা থিবদা থাংশাংস্সু কপাল-কুণ্ডলাস্সু থেংনত্রষ্কুনা য়াম্না চিংনবগা লোয়ননা লৈঙোই লম তাম্না অমুক হল্লক্লে। মফমত্তু য়োরক্লগা উরে, নবকুমার লৈত্রে। মত্তৌত্তুদা মহাক ঙকপগী পন্দোল লোম্লে। মিংকুপ খরগী মন্নুংদা অভৎপা উরিশিং অত্তু উরক্লে। অত্তুদগীদি অরেপ্পা মওং অত্তু খংলক্লত্তুনা কাপালিকনা নবকুমার থিবা চেল্লক্লে। অত্তুবু উমং মন্নুংত্তুদা মীচেন-শিংত্তু মাইকৈ কদোমদা করম্বা লম্বীদা চেনখিবগে হায়না পুথোক্ক-দবসি কনা য়াম্না লুবা থবক অমনি। মম্বনা কনাবুস্সু উবা ফংখিদ্রে। মরম অসিনা তারকপা খোঞ্জেলদা মাইকৈ লাক-তুনা ঙহাক কঙাও-ননা কোয়চৎ চত্তুনা লৈরে। অত্তুবু খোঞ্জেলত্তুস্সু অমুক তাবা ফংখিদ্রে। মরম অত্তুনা চংখোন্না মাইকৈ মরিমক কোয়েং য়েংগে খল্লত্তুনা ৱাংলবা লৈঙোই-লৈপুং অমগী মতোন্দা কাখৎলক্লে। কাপালিকনা নাকল অমরোমদা কাখৎলকই; অত্তুবু নাকল অমরোমদদি নোংজুপ্পাগী ঈশিং ইচেলনা লৈপুং মখোংত্তু শুনা হামজিনখ্রে হায়বসিদি মহাক খংদ্রে। মতোন হেক য়োবমক্তদা কাপালিককী মশাগী অরাম্বত্তুদা

নিংখায়নিং নিংখায়নিং তৌরবা লৈপুং মতোন অত্তু কিন্থরক্ত্না হৌরবা খোল্লাওগা লোয়ননা লৈপাক মথক্তা তাগ্রে। কিন্থরকপা মতমত্তুদা চিংদোম্দগী ওস্থরকপা ইরোইগুম কাপালিকসু অত্তুম য়াওগ্রে।

## ৮শুবা মতাং

"And that very night
Shall Romeo bear thee to Mantua"

—Romeo and Juliet

অমাবস্যাগী শুক্ল মঙ্গবা অহিংত্তুদা মখোয় অনিমক য়াম্না কম্না উমং মন্নুংলোমদা চেল্লক্লে। উমংগী লম্বীদি নবকুমার খংদে; লোয়নরিবী মথোক কারকপী অত্তুবু য়েংত্নুনা মাগী ভুংইনবা নম্ভনা অতৈ অতোপ্পা উপায় লৈতে। মপুক্লিংদা অস্তুম খল্লকই, "মসিসু লাইবক্তা তমগ্রবোইরে!" নবকুমারদি খংলমদে, বাঙ্গালীদি থৌদোক্কী মখা পোল্লি, থৌদোক্কা বাঙ্গালীগী মখা পোন্দে। মত্থু খংলম্লবদি অরাবসি পোক্লমলোইদবনি। মমৈখংদা মখোয় খোঙখাং অত্থু খরা তপথনা চৎপা হৌরক্লে। অমম্বত্তুদা করিগুম্বা অমতা উবা ফংদে; মরক মরক্তা অত্থুক থরানমিচাক্কী মঙান্দা করিগুম্বা লৈঙোই লৈপুংগী অচৌবা মতোন্দু মশেন-মরাং উবা ফংই; করিগুম্বা মফমদা তন্দন ময়াম্না য়োমশিল্লবা উগী মশা মউ ভাবনা শাবা ঙম্মি।

কপালকুণ্ডলানা লংফৈ চৎপত্থুবু পুরত্নুনা চিক্লবা উম্নুং য়োরক্লে। মতমত্থু অহিংগী য়ুথক অনি য়োরে। মাঙ্দা অমম্বা উত্নুংদা য়াম্না রাংলবা লাইগী মন্দির অমা উরক্লে; মত্থুগী নাকন্দা চেকপলনা

কোয়শিনবা য়ুম অমস্থ লৈ। কপালকুণ্ডলানা চেকপলত্থগী মনাক্তা চংশিল্লগা মথুৎনা থোঙ্দা থীনবা হৌরক্লে ; হন্না হন্না থীল্লবা মতুংদা মন্নুংদগী মী অমনা হায়রকই, "কনানো. কপালকুণ্ডলারা ?" কপাল-কুণ্ডলানা হায়, "থোঙ হাংদোকউ।" থুম্মুকইবা মীতু লাক্কুনা থোঙ হাংদোক্লরে। থোঙ হাংদোক্লবা নিপাতু লাইশঙদা লাৎলিবা লাই-সিগী সেবা চৎপা অমদি অধিকারীনি; চহিনা য়াংখৈদগী লানথৎলবা মীওংনি। কপালকুণ্ডলানা নিপাতুগী মশম চরা চরানা হৌরবা মকোক্কু মথুৎনা চিংথরগা মচিনবান মনাক্তা মনাকোংতু পুশিল্লে, অতুগা রাহৈ অনি মরিদংনা মাগা লোয়নরক্লিবতুগী ফীভম থংহল্লে। অধিকারীতু ফনা কুইনা মকোক্কু মথুৎনা শৌরতুনা রাথল ভোরকই। অতুদগী মমৈথংদা হায়রকই, "মসিদি ওন্থোক্লা লুথ্রবা থবক্নি। মহাপুরুষতুদি তৌনিংবতা তৌবা ঙম্মি অতুম অতুম ওইনমক, ইমাগী কৃপাদগী নখোয় ফত্তবা থোইনা থোক্লোই। নিপাতুদি কদায় ?"

কপালকুণ্ডলানা "লাকও" হায়তুনা নবকুমারবু কৌশিল্লে। নবকুমারদি মরুম অমদা লেপ্তুনা লৈরম্মি, কৌরক্লবতুদা ইমুংতান্না চংলক্লে। অধিকারীনা মঙোন্দা হায়রকই,"ঙসিসি মফমসিদা লোত্তুনা লৈরো, হয়েং অয়ুক ঙন্তা নংবু মেদিনীপুরগী লম্বী তান্না থিনবিগে।"

মতুংদা রারি অস্থুম শারকপদা অধিকারী অত্থনা, হৌজিক ফাওবা নবকুমার করিমতা চাব-থকপা তৌদ্রি হায়বা থংলক্লে। অধি-কারীনা মাগী চাননবা লাঙগে হায়না থৌরাং তৌরকপা, নবকুমারনা কন্না য়াদ্রতুনা পোথানবা মফমদং পিনবিয়ু হায়না নিরক্লে। অধিকারীনা মাগী চাকশঙদা নবকুমারগী ফমুং থাবিরে। নবকুমারনা

হিপথগ্রবা তুংদা কপালকুণ্ডলানা সমুদ্র মপাল্লদা অমুক হম্লনবা থোরাং তৌরক্লে। অধিকারীনা মঙোন্দা মুংশিরবা মিৎয়েংনা য়েংলহুনা হায়রকই, "চৎখিহু, ঙাইহাক্তা ঙাইখো, ঐনা নিগদবা অমতং লৈ।"

কপালকুণ্ডলা—করিনো ?

অধি—নংবু হেক উবা মুমিত্তুগী ইমা কৌরক্লবনি, দেবীগী চরণ শোক্লা রাশকপা ঙমগনি, নংবু ঐ ইমাদগী হেন্না মুংশি। ঐনা নিগদৌরিবসি নং থৌশাদবা তৌগদ্রা ?

কপা—তৌরোই।

অধি—ঐনা নিরিবদি'সিনি, নং মফমহুদা অমুক হন্না চৎলহু।

কপা—করিগীনো ?

অধি—চৎলবদি নং হিংফম লৈরোই।

কপা—মহুবুদি থংই।

অধি—অহুদি করিগীনো অমুক হংলিবা ?

কপা—চন্দ্রবদি কদায়দা চৎকনি ?

অধি—লংফৈচৎপা নিপাসিগা লোয়ননা দেশ য়াংমা লান্না চৎগ্রো।

কপালকুণ্ডলাহ্রা অমুক ঙাংখিদ্রে! অধিকারীনা হায়রকই, "ইমা, করিনো খল্লিবদো ?"

কপা—নংগী শিষ্য লাকপা মতমহুদা নংনা হায়খিবদাই, মথোক কারকপী মুপীনা অসুম্বা ইনখৎলকপা পাখংগা লোয়ননা কৈদৌহুংদা চৎমিন্নবা হৌনদে হায়না; অহুগা হৌজিক্তি চৎমিন্নৌ হায়রিবসি করিগীনো ?

অধি—মতমতুন্দদি নংগী থরাই মাঙবগী চিংননিঙাই করিমতা থোকখিদে, অতুগী মথক্তা অফব পাম্বে ওইগনি হায়বসু খল্লমদে, হৌজিক্তি অফবা থোক্লকপগী পাম্বে ওইবা য়ারে, লাকও, ইমাগী য়াথং লৌরুসি।

অসি হায়রগুনা অধিকারীনা থাওমৈ পায়খৎলগা লাইশঙগী থোঙজিন তান্না চত্তুনা থোঙ হাংদোকলুরে। কপাং কুণ্ডলাসু মাগা লোয়ন-লোয়ননা চৎলে। মন্দির মনুংদা তাইবং মীমুক নিনবী অকিবগী শক্তম ওইরবী কালী মুত্তি লাংলি। মবানিমক ভক্তিগা লোয়ননা থুরুম্লে। আচমন তৌরগা লৈগী য়েন্দাইদগী শেগাই-তুখাই লৈতবা হৈখাগোক মনা অমা লৌতুনা মন্ত্র শোল্লে অদুগা মুত্তিতুগী খোঙথক্তা মতু থম্লগা মুন্না য়েংতুনা লৈরে। ঙহাক লৈরগা অধিকারীনা কপালকুণ্ডলাদা হায়রকই, "ইমা, দেবীনা কচ্চরিবসি লৌবিরে, হৈখাগোক মনা তারক্তে, নিংজবা অমগা লোয়ননা কচ্চ-রিবসি শোয়দনা মঙ্গম ওইগনি। নহাক লংফৈচৎপা নিপাসিগা লোয়ননা নিংঙাইদনা চৎলু। অতুবু ঐহাক য়ুম্বানবা মীগী লোনচং শাজৎ খংই। নংনা নপচ-তাংজবগুম মাগা লোয়ননা চৎলবদি, নিপা অসি শক-চু খংদবী তুপীমচা অমা পুশিল্লকপগীদমক মীয়াম মরক্তা ইকাইবা নংলুরগনি; নংবুসু মীনা হঙ্গোইনরনি। নংনা হায়খি-বদাই, নিপাসি ব্রাহ্মণ মচানি হায়না; মঙক্তসু লুগুন থাংবা উই। মহাক্কা নংবু লুহোংলগা পুরবদি পুন্নমক শাফগনি। অতু নত্রবদি ঐসু নংবু মাগা লোয়ননা চৎলু হায়বসি হায়বা ঙমদে।"

"লু-হোং-বা!" কপালকুণ্ডলানা রাহৈসি য়াম্না তপ্না তপ্না

মচিন্দুদা পল্লকই। অতুদগী হায়রকই, "লুহোংবা হায়বসি নংবু নচিন্দগী তাদি তারে, অংবু কদাইবু কৌবগে হায়বদি তশেংন্না খংদে। করি করম তৌবা হৌনে?"

অধিকারীনা হাইফেৎ নোক্লতুনা হায়রকই, "লুহোংবা হায়বসি সুপী ওইবীগী অমতা ভাইরবা ধর্ম্মগী সিড়িনি; মরম অসিদগী সুপীবু সহধর্ম্মিনী কৌরিবনি; জগন্মাতাসু শিবগী লুহোংবী সুপীনি।"

অধিকারীনা থল্লি, লোইনমক খংহল্লে। কপালকুণ্ডলানা থল্লি, লোইনমক খংলে। অতুদগী হায়রকই, - "ফরে মতুম তৌরো। অতুবু মহাকপু থাদোক্তুনা চৎপসি ঐগী পুক্লিংসিনা ইপাম পামত্রি। মহাক্না ঐহাকপু অসুক কুইবসি য়োকপি-থাকপিরক্লবনি।"

অধি - করিগীদমক য়োক্লিবনো হায়বতুদি নহাক খংদে।

অসি হায়রতুনা অধিকারীনা তান্ত্রিক সাধনদা সুপীগা লৈনরিবা মরীতু, শেংলম শেংফাত্তবা মওংদা কপালকুণ্ডলাবু খঙনবা তাক্লক্লে। কপালকুণ্ডলাদি মতু করিমতা ভাব তাদে, অতুবু অকিবা অমদি কন্না পোক্লে। মানা হায়রকই, "অতুদি লুহোংবনা ফরে।"

অসুম্না ভাংনরতুনা মবানিমক মন্দিরদগী মপাল থোক্লক্লে। কা অমদা কপালকুণ্ডলাবু ফমহল্লম্লগা অধিকারীনা নবকুমারগী ফমুং মনাক্তা চংঙক্তুনা লুখুম ওইনা ফম্লরে। অতুদগী হংঙকই, "মহাশয় তুমথরব্রা?"

নবকুমারদি তুম্না চংবা পোৎ নত্তে, মানা তারিবা দশাতু খন্নতুনা লৈরম্মী। খুম্নকই, "তুমজদ্রি।"

অধিকারীনা হায়রকই, "মহাশয় ! পরিচয় অহুক খংজনিংহুনা লাকপনি। ব্রাহ্মণ ওইবিরব্রা ?"

নব—মানি হোয়।

অধি—করম্বা শ্রেণীনিনা ?

নব—রাঢ়ী শ্রেণীনি।

অধি—ঐখোয়স্থ রাঢ়ী ব্রাহ্মণনি উৎকল ব্রাহ্মণনি হায়না খনবিগন্থ। শাগৈনা কুলাচার্য্যনি, অহুবু হৌজিক্তি মাগী সেবা চত্নুনা লৈজরিবসিনি। মহাশয়গী মিংবু ?

নব—নবকুমার শর্ম্মা।

অধি—লৈফম্না ?

নব—সপ্তগ্রাম।

অধি—করম্বা কাংবুরোমদা ?

নব—বন্দ্যঘাটী।

অধি—য়ুম কয়া য়াম্না পাল্লবগে ?

নব—অমুকথক্তমক পাল্লি।

নবকুমারনা রারম পূম্নমক শুগাইনা তাকথোক্তে। থাঙ্গৈশেংব-মক্তি মহাক্কী মুপী অমা ফাওবা লৈতে মহাক্না রামগোবিন্দ ঘোষালগী মচানুপী পদ্মাবতীবু লুহোংখি। লুহোংলবা তুংদা পদ্মাবতীনা মতম খরা মপামদা লৈরুই, মরক মরক্তা মকুবোক্কী ময়ুমদা চৎথোক চৎশিন অহুক তৌই। মহাক্কী চহি তরাহুমদোই শুরকপা মতমদা মাগী মপামা ইমুং মহুং হুপ্না পুহ্না পুরুষোত্তম খুরুম্বা চৎলি। মতম অসিদা পাঠানশিংসি আকবরশাহনা বঙ্গদেশতগী তামখাইরক্তুনা

উরিষ্যাদা পুন্নপ খুন্দাহুনা লৈরম্মী। মখোয়মতুবু লাকশিন্নবগীদমক আকবরশাহনা হোৎনবা য়াবা লম্বী পুন্নমক হোৎনরম্মি। রামগো-বিন্দ ঘোষালনা উরিষ্যাদগী হল্লকপা মতমমতুদা মোগলগা পাঠানগা লাল শোক্লবা হৌরম্মি। অস্থম লাকপদা মহাক লম্বীদা পাঠান লাম্নীগী মখুত্তা তারে। পাঠানশিংদি মতমমতুদা অক-ফত্তগী রাথল ভকপক পক্লমদে। মখোয়না মরাল লৈজত্রবা লংকৈ চৎপতুগী মফমদা শেল কংননবা মপাঙ্গল শিজিন্নবা হৌরক্লে। রামগোবিন্দদি মগুক খরা হাইগৎপা মীনি, মহাক্না পাঠানশিংতুবু অথীবা রাহৈনা চৈবা হৌরক্লে। মতুগী মহৈনা, ইমুং-মনুং পুম্বতু কাহুনা থমগ্রে; মমৈথংদা ধর্ম্ম থাদোক্তুনা ইমুং মনুং পুম্বা মুসলমান ওল্লবা তুংদা থাদোক্লক্লে। রামগোবিন্দ ঘোষালতু ইমুং মনুংগা লোয়ননা মথরাইমক্তি মাগুদনা ময়ুমদা হল্লক্লেদি হায়রবু, মুসলমাননি হায়রতুনা শাগৈ নাতৈ মরূপ-মপাং কনামতনা মাগা তিন্নবিদ্রে। মতম অতুদা নবকুমারগী মপা লৈরি, মহাকসু কীভমতুনা জাৎ তাররা ওইগা লোয়ননা জাৎ তাররবী মমৌবুসু থাদোকপদা তাখি। অতুদগী অমুক হন্না নবকুমারগা মাগী লুপীগা উরাখিদ্রে।

শাগৈ নাতৈনা তিন্নত্রবা অমসুং সমাজনা চংহন্দ্রবা অতুদা রাম-গোবিন্দ ঘোষালতু মতম শাংনা মরৈবাক্তা লৈবা ঙমশিল্লক্তে। মরম অসিদসু অতগা কোক্তুংদা অচৌবা ফম ওইনিংবদগীসু, মহাক ইমুং মনুং পুতুনা, কোক্তুং ওইহন্নিব রাজমহলদা লাক্তুনা লৈররে। অতোপ্পা ধর্ম্ম চৎপদগী মহাক ইমুং মনুং পুম্বা মুসলমানগী মিংদা ভাক থোনবা তাখি। রাজমহলদা চৎপ্রবা তুংদদি, মকুবোক্কী অমদি মাগী লুপীগী

করি ফিভম ওইগ্রবা হায়বন্থ থংনবা নবকুমারগী করিগুম্বা পাম্বৈ অমত্তা লৈ.খ্রে, অন্থগা চৌজিক কাওবস্থ করিমত্তা থংদে। নবকু- মারনা মথরাই মুংঙাটখিদবদগী অমুক লুহোং-থোংদোংবা তৌজে। মরম অন্থদগী হায়খিবনি, নবকুমার ময়ুম মুকপান পাম্দে।

অধিকারীদি মরমশিং অসি করিমত্তা থংলমদে। মহাক্না থক্লকই, "শাগৈ জাং-কবা মচাগীবু মুপী অনি লোনবদা করি অকায়বা লৈ- বগে?" ফোংনা হায়রকই "ঐহাক না অমতং হায়জনিংহ্নবা লাক- পনি। মহাশয়গী থরাই কল্লকপী মুপীমচা অসি—অতোপ্পগী য়াইফনবা হোংনবদা মহাক্কী মথরাইদি মাঙবা তারে। মহাক্কী চংনফম ওইরিবা মহাপুরুষ অহুগী পুকচেলদি অকিবগী মশক্তি। মহাক্কী মনাক্তা অমুক হল্লুরবদি মহাশয়না কংখিবা দশাহু, মহাক শোয়দনা কংলগনি। মন্থ থোক্তনবা করিগুম্বা উপায়ককা শীনবিবা ওব্বা?"

নবকুমারহু হৌগত্তুনা কয়ে। অন্থগা হায়রকই, "ঐস্থ মন্থগী মরমদা চিংনহ্নবা লৈজরম্বিবনি। মহাশয়দি পুম্নমক থংবিরিবনি, ফননবা মাইকৈ য়েংহ্নবা শীনবিয়ু। ঐগী থরাইসি কংলগা করিগুম্বা মাগী কগদবা লৈরবদি, ঐ মন্থস্থ হন্নাওনা য়াজৈ। ঐহাক মী-হাংপা অহুগী মনাক্তা অমুক হন্না চত্তুনা ইশা লাম্বোক্লুরগে হায়বসি কম্না খনজরি। মহুম তৌরবদি মহাকপু কনবা য়াগনি।" আধিকারী অহু নোক্লহ্নবা হায়রকই, "নহাক ভাওয়ে। মহুনা করি কায়গনি? নহাকস্থ নথরাই মাঙগনি—অহুগা মাগী মথক্তা মহাপুরুষনা শাওবস্থ নেয়োই। মসিগী পাম্বৈ অমতং লৈ।"

নব—করি পাম্বেনো?

অথি—মহাশয়গা লোয়নবা মহাক চেনখিবা। অদুবু মহু য়াম্নদি খুদোংথীবা থবক্তি। ঐগীসিদা লৈরবদি নোংমা নিন্নিগী মহুংদা শোইদনা কাপ্পগনি। মন্দিরসিদা মহাপুরুষত্তি অয়াম্বা মতমদা ইতৎ তত্তনা লাকই। অদুনা কপালকুণ্ডলাগী মরাইবক্তা অকবা থোক্কনি হায়বসি উত্রে।

নবকুমারনা লাংতক্কবগা লোয়নবা হংলকই, "ঐগা লোয়নবা চেনবদা খুদোংথীবা থোকদবসি মরম করিগীনো?"

অথি—মহাক অসি কনাগী মচান্নুপীনো—করম্বা শাগৈদা পোকপনো হায়বসি মহাশয়দি করিমত্তা থংবিদে। কনাগী মুপীনো, মরমচংনা কমদোই হায়বসু থংবিদে। করম্না মহাশয়না মাবু লোয়ন-বিগনি? লোয়নদুনা পুবিগ্রবসু মহাশয়না মাবু মুমদা পুশিন্দুনা থম্বিবা ওমগত্রা? মাবু মহাশয়না চংজকম পিনত্রবদি মপী-মপা লৈতবীসি কদাইদা লৈরুনি?

নবকুমারনা ওহাক রাখল তৌরগা হায়রকই, "ঐগী থরাই কনবীম্নিবীসিগীদমক ঐহাক্না ওম্মোইদবা থবক করিমত্তা লৈতে। মহাক ঐগী ইমুং মহুংদ পুম্নপ্না অদুম্মক লৈমিন্নগদবনি।"

অথি—ফরে। অদুবু মহাশয়গী শাগৈ নাতৈনা মহাক অসি কনাগী মুপীনো হায়না হংলক্কনি, মহুদা করি হায়ন খুম্বিগনি?

নবকুমারনা অমুক হন্না রাখল তৌরগা হায়রকই, "মহাশয়না মাগী পরিচয়সি ঐওেন্দ তাকপিয়ু। ঐহাক পরিচয়হ্ন ময়ামদা অদুম হায়জগে।"

অথি—মহুসু ফার। অদুবু থাখাইমুক্কী লম্বেলসি পাথং লৈশাবী

নখোয় অনিত্তা করম্না লোয়নহ্না চৎকনি—মীনা উ তারদা করি হায়গনি ? শাগৈ নাতৈশিংদা করম্না হায়রুগদগে ? অহ্গা ঐস্থ ভুপীমচাসিবু ইমা হায়না কৌয়বনি, করম্না ঐমক্না মহাকপু মরমচৎ খংদবা পাখং অমগা মথন্তা —অম্বুক খাপ্না খাস্দিগে ?

ছৃতী-হজবগী থোশিন পান্দ পাক্তবদি নত্তে। নবকুমারনা হায়রকই, "মহাশয়সু লোংশিন্নরসি।"

অধি। ঐস্থ চৎকদবা? ভবানীগীপুজাদি কনানা ভৌখিহৌগনি ?

নবকুমারনা থোইশাওননা হায়রকই, "অহুদি করিগুম্বা উপায় অমতা শীনবিবা ওমন্ত্রেদনা ?"

অধি। উপায় অমতং লৈ — মহুদি মহাশয়গী পুকচেন চাওবগী মথক্তা নল্লি।

নব। করিনো তাকপিরিবহবু ? ঐনা করি মরমদা য়াদবা লৈরবগে ? করি উপায়নো তাকপিয়ু।

অধি। অহুদি তাবিয়ু। মহাক অসি ব্রাহ্মণগী মচানুপীনি। মহাক্কী মরী মথোঙ ঐ য়াম্না নিংথিনা থংই। মহাক্না য়াম্না অঙাং ওই-রিঙৈদা করবা খ্রীষ্টান ডাকুশিংনা হুরাল্লকপদগী মথোয়গী হিহু কায়র-হুনা সমুদ্র তোর্ব্বানসিদা হুন্দোক্লম্বনি। য়ামী পুম্নমক্তু ত্তাদা মাগী মচি-ন্দগী নিংথিনা থংবিবা ওমগনি। কাপালিকনা মাবু থেংনরুহুনা মশাগী যোগসিদ্ধগীদমক য়োকখিবনি। থিন্দনমক মাগী থোরম পাঙনবা হোৎনগ্রগনি। মহাক হৌজিক ফাওবা লুহোংদ্রি, মরমচত্তা অমকপা পক্তি। মহাশয়না মাবু লুহোংবিহুনা য়ুমদা পুবিখো। অহুম তৌরবদি

কনানম্থু রা ভাংবা ওম্লরোই। ঐহাক শাস্ত্রাগী মতুংইন্না লুহোংনবা থৌরাং তৌগে।

নবকুমারহ্থু ফমুংদগী হৌগৎলগা লেপখৎলক্রে। খোঙথাং থুনা হঙ্গৎ হন্দা চংপা হৌরক্লে; করিশুম্বা পাউথুম অমতা পিদ্রে। অধিকারীনা ঙহাক্তং নৈরগা হায়রকই, "মহাশয় হৌজিক তুম্বিরো! হয়েং অয়ুক ভস্তা ঐহাক হৌদোকচরক্কে। নখন্তা চংপিনিংলবস্ত অতুম্মক চংপিখো। মহাশয়বু মেদিনীপুরগী লম্বী তান্না থিনজগে।

অসি হায়রগা অধিকারী চৎখ্রে। চংখিবা মতমদা মথন্তা খঞ্জরকই, "রাঢ় নৈবাক্কী হুতী মঙইহুবু ঐবু কাওখ্রবরনে?"

---

## ৯শুবা মতাং

## লাইশঙ।

"কম্ব। অলং রুদিতেন; স্থিরা ভব,
ইতঃ পন্থানমালোকয়া"

—শকুন্তলা

অয়ুক অঙনবদা অধিকারীহ্নু নবকুমারগী মনাক্তা লাক্লে। মতমত্থু ফাওবা নবকুমার তুমদ্রি হায়বা মহাক উরে। মহাক্না হংঙকই, "হৌজিক করি তৌবদা তারে?"

নবকুমারনা হায়রকই, "ঙসিদগী কপালকুণ্ডলা ঐগী ধর্ম্মগা লোয়নবী ওইরবনি। মাগীদমক ইয়ুম ইকৈ থাদোকপা তারবস্থু ঐ থাদোক্লগনি। কনানা কন্যাদান তৌগদগে?"

হুতীহঙ্গবগী মাইথোংহু মকা লাম্লে। মপুক্কিংদা খল্লকই,

"মতম অস্থক কুইরবগী তুংদা জগদম্বাগী কৃপাদগী ঐগী কপালিনীগী মরাইবক্তা থম্বাল শাংলক্লেদনা।" ফোংনা হায়রকই, "ঐনা কন্যাদান তৌগনি।" অধিকারীহু মাগী তুমফম কাদা অমুক চংখ্রে। থুমোক মচা অমগী মস্থুদা লিরবা কোনা মনা থরা লৈ; মস্থুদা মাগী তিথি নক্ষত্রনচিংবা ইশিন্দুনা থম্মি। পূন্নমক্ত নিংথিনা নৈনরগা অমুক লাকতুনা হায়রৈ "ঙসিসি লুহোং-খোংদোংবগী মুমিৎনক খোক্ত বস্থু অকায়বদি খোইনা লৈতে। য়াচংলকপগী লগ্নদা কন্যাদান তৌগনি। নহাক ঙসি চরাদি হেনবা তাই। শাগৈগী চৎনবী পূন্নমক্তি য়ুম য়োঁরগা তৌহল্লু। নোংমতংদি নংবু লোত্তুনা থম্বা য়াবা মফম লৈ। ঙসিমক মহাক লাক্লবস্থ, নখোয়বু থিবা ফংলোই; লুহোংবা লোইরগা হুয়েং অয়ুক নহাক্কী নুপীগা লোয়ননা য়ুমলোমদা চৎথো।"

হায়রিবসি নবকুমার য়ারে। ফীফম অসিদা পাংথোকপা য়াবা শাস্ত্রগী হোৌনবা পুন্নমক পাংথোক্লে। য়াচংলকপগী লগ্নদা নবকুমারগা কাপালিক্তা য়োকচবা সংসারগী ইরাং পক্ত বীতুগা লুহোংলে।

কাপালিক্কী মরা মপাও করিমতা তাদ্রে। মথংগী নোংঙানফুং ঙানফুং তৌরকপদা মখোয় অত্তম খোংশান্নবা থৌরাং তৌরক্লে। অধিকারীনা মেদিনীপুরগী লম্বেল য়োৌবা ফাওবা থিনদোক্কদৌরিবনি।

চৎলমদাইদা কপালকুণ্ডলানা কালী খুরুম্নবা লাক্লে। ভক্তিগা লোয়ননা খুরুমতুনা লৈ য়েন্দাইগীদগী শেগাই-তুগাইদবা হৈথাগোক মনা অমা লৌরগা মূর্ত্তিগী খোঙথক্তা থমতুনা মুন্না য়েংহুনা লৈরে। হৈথাগোক মনাহু তাপ্রে।

কপালকুণ্ডলাদি য়াম্না ভক্তি লৈবীনি। হৈথাগোক মনাহু

লাইরেম্বাগী খোঙদগী তাখিবত্নু উবদা মপুক্লিংদা অকিবা পোক্লে:—অধিকারীদা পাওত্নু তয়ে। অধিকারীস্মু মাইথোং লাংশিনক্লে। অহুমু হায়রকই, "হৌজিক্তি তৌনিংঙাই পাম্মে লৈক্রে। নপুরোইবতনা নংগী ধর্ম্ম ওইরব ন। নপুরোইবনা মোংকম য়োরবদম্নু নহাক মাগী মতুং ইল্লগদবনি। অতুনা তুমিম্না তুংইল্লো।"

ময়াম্মক রা ঙাংদনা চৎলক্লে। হুমিং থেংজিন্নরুবদা মেদিনীপুরগী লম্বীদা মথোয় থুংলরে। অতুদগীদি অধিকারীত্নু বিদায় লৌরে। কপালকুণ্ডলা কপ্পা হৌরক্লে। তেংবানসিগী মনুংদা মহাকী অমত্তা ভাইজরবা চান্নরবা মরূপতু ঙাসদি কাইনক্লে।

অধিকারীস্মু কপ্লক্লে মমিত্তুগী পি তৈথোক তৈথোক্লা কপাল-কুণ্ডলাগী মনাকোংদা লেপ্লা হায়রকই, "ইমা নংনা খংলিবত্নি, ইমা লাইরেম্বাগী থৌজান্না নংগী শেনথুম অরাৎপা লৈতে। 'হুজনী ইনাকখুনবা লাইরবা পুম্নমক্লা মাবু পুজা তৌই। নংগী ফীজিদা পুনশিল্লিবত্নু নপুরোইবদা পিরগা নংবু দোলাইনা চংহনবিম্নু হায়য়ু—নচাবু থক কাওগম্নু।"

অসি হায়রত্নুনা অধিকারীত্নু কপ্পা কপ্পা চৎখ্রে। কপালকুণ্ডলাম্নু কপ্প কপ্প চৎকদবা মাইকৈ পংলক্লে।

---

অনিশুবা পন্দুপ

১ বা মতাং

# লম্বী অচোৌবদা।

"—There now lean on me!
Place your foot here—"

— Manfred

নবকুমারনা মেদিনীপুর য়ৌরক্লগ অধিকারীনা পিনবা শেলছুনা কপালকুণ্ডলাগীদমক মীনাই নুপী অমা, ভাকশেনন্নরা নিপা অমা অমন্নুং দোলাইরেং থরগা নেকতুনা মাবু দোলাইদা চংহল্লে। শেল থোইনা পংল্লাম য়ামদবনা মহাক মশাদি খোঙনা চংলে। নবকুমারদি ঙরাংস্তু ল্লামনখিবনা চোকখরে, নুংথিলগী চাকলেন চারবা মতুংদগীদি দোলাইরেং শিংছুনা মাবু তুংদা থাপ্লা হুন্দোক্লম্মে। নুমিৎ তাশিল্লক্লে। নিংথমথাগী তবাবা নোংনা অভিয়া শীনখ্রে। য়াচংবা মতম হৌখ্রে। ভেংবানপুম্বা মমশিনখরে। নোং মকুপ খরস্থু তাবা হৌরক্লে। নবকুমারনা কপালকুণ্ডলাগী খোঙবু ওইননবা কল্লা লাক্লরক্লে। মহাক্লা কল্লা থাজরম্মি, অহানবা মী থুংফমদা শোইদনা মাগা উনগনি হায়বসি, অদুবু মীথুংফম থেংনবা লৈখিদ্রে। অহিংগী য়ুথক মঙা তরুক য়ৌশিল্লক্লে। মবকুমার খোঙথাং থুনা থাংলছুনা চৎপা হৌরক্লে খংহৌদনা কল্লবা পোং অমা মাগী কখোঙদা থেংনরে। খোঙপাক্লা কল্লা নেংথবছুদা পোংতু প্রেক প্রেক লাওনা তেকখরে। নবকুমার হাইক্লেং লোপ্ল, অদুদগী অমুক চৎপা হৌরকই, অদুবু অমুকস্থ হাম্নগুম অমুক

থেংনরে। খোঙদা থেংনরিবা পোত্তু মথুংনা পায়থংলে। মানা রেংবদা, মহু উপাক মচেং অকাইবা ওইনা তৌই।

আতিয়া শীম্তুংনা নোংনা কুপপ্রবস্থ মহোশানা লমহাংদা তাবা অচৌবা পোংশক হেক উবা ফংদনা মম্বা হায়বসি কয়া থোক্কে। মাংদা চাওরবা পোং অমা তাত্নুনা লৈরম্মী। নবকুমারনা ভাবনা খংলে, মতু অতেকপা দোলাইনি; খুদক্তুদা মহাক, কপালকুণ্ডলাগী খুদোং ধীবা থোক্লবরা হায়না কন্না চিংনরক্লে। দোলাইরোমদা অসুম চংশিনখিবদা অত্তোপ্পা পোংশক অমসু মখোঙদা থেংনরে। থোংলবা মীগী মশাগুম্না তৌই। ফমথনা মথুংনা নানবদা তশেংবা মীগী মশা থেংনরে। শোকপদা য়াম্না ইংই, মতুগা লোয়ননা মহী লাংবা পোংসু থেংনবগুন তৌই। খুদাং মিহুন য়েংই, লৈত্রে মথরাই লানখ্রে। য়াম্না কুপশিন্না য়েংলকপদা স্বর হোনবগী মখোলদি তায়। স্বরদি হোল্ল, অতুগা মিহুন হুন্দ্রিবদি করিগীনো? মসিবু অনাবরা? মনাতোন ময়াদা খুং থমহুদা য়েংলে, স্বর হোন্দ্রে। অতুদি মখোলসি কদাই-দগীনো? কনাগুম্বা শিদ্রিবা মী মফম অতুরাইদা লৈরম্বসু য়াই খল্লতুনা, হংঙকই, "মফমসিদা হিংলিবা মী কনাগুম্বা লৈত্রা?"

তপ্পবা খোঞ্জেল অমা খুম্মকই, "লৈ।"
নবকুমারনা হায়রকই, "কনানো নং?"

খুম্মকই, "নংবু কনানো?" নবকুমারগী মনাকোংদা খোঞ্জেলছু স্ত্রীনা ভাংথোরকপা ওইনা তারে। য়াম্না লাংতক্লনা হংলকই, "কপালকুণ্ডলারা?" স্ত্রীত্নুনা হায়রকই, "কপালকুণ্ডলা হায়বদি

কমানো, ঐ থংদে—ঐদি লৈক চৎপানি, অতুবু হৌজিকমক্তি ঐ ডাকুশিংগী মথুত্তা তাহুনা নিকুণ্ডলা হায়বীহু ওইরি।"

কাপালিগী ঋাঙাং তারহুদা নবকুমারহু হাইফেৎ মথ্রাই হুংঙাইরে। হংলকই, "কৈদৌরবগে।"

খুম্নক্রিবী অহুনা হায়রকই, "ডাকুশিংনা ঐগী দোলাই থুদেক-পিগ্রে, ঐগী দোলাইরেং অমস্তু হাত্তোকপিরে, অতৈনা চেনগ্রে। ডাকুশিংনা ঐগী ইশাদা পকপা লীক-কোল পূন্বা মূনথ্রগা ঐবু দো-লাইদা পুনশিন্দুনা থম্বিরম্মে।"

নবকুমারনা অমম্বদা কোইমা-মাহুনা য়েংবদা, থাঙ্গশেংনমক হুপী অমা দোলাইদা কানা চেংনা পুন্দুনা লৈরম্বা থেংনরে। নব-কুমারনা খুংলৈ থুনা মাবু পুল্লিবহু লোথোক্লগা হায়রকই, "নহাক লেপখৎপা ওমগদ্রা?" হুপীহুনা হায়রকই, "ঐডোন্দহু চৈতুপনা অমুক থাগ্রে,—অহুনা খোঙসি শাথীনা শোক্লে, অহুবু খজিক্তং শৌ-গৎপিরবদি লেপ্পা ওমগদ্র। খল্লি।"

নবকুমারনা মথুং তিংথোক্লক্লে। মহু পায়হুনা হুপীহু হৌগৎ-লক্লে। নবকুমারনা হংলকই, "চৎপদি ওমগদরা?"

হুপীহুনা মহুগী পাউথুমদি পিদনা হংলকই "মহাশয়গী তুংদা কনাগুম্ব। লংফৈচৎপা লাকপকক। উবিবরা?" নবকুমারনা হায়রকই, "উদে।"

হুপীহুনা অমুকহু হংলকই, "মীথুংকহু কয়া লাপ্লিবগে?"

নবকুমারনা হায়রকই, "কয়া লাপ্পগে হায়বহুদি হায়বা ওমক্লে-অহুবু পংথাপ্তি থাজমগনি নিংঙ্ল।"

সুপীহুনা হায়রকই, "অমম্বসিদা ইথম্তা লমহাংদা কমহুনা করি ভৌগনি, মহাশয়গা মীথুংকম তাম্না চৎহৌবনা চুম্মে। করিগুম্বা অমদা ঙাথরবদি ঐ চৎপা ঙম্বা য়াই।"

নবকুমারনা হায়রকই, "অয়াব। হায়বা মতমদা হঙ্গোইবা হায়বসি অপঙবগী থবক্নি। ঐগী লেংবন্দা ঙারগা চৎলু।"

সুপীহু অপঙবগী মতৌ তৌত্রে। নবকুমারগী মরেংবান্দা ঙাথরগা চৎপা হৌরক্লে। থাকৈশেনমকস্তু মীথুংফমহু নক্না লৈরম্লে হায়রিবা মতম অসিদদি, মীথুংফম মনাক্তা ফাওবা হুরান চিঙ্থিতৌবদা ডাকু-শিংনা চিংনবা পোক্কে। মতম পংকুই কুইথদনা নবকুমারনা মাগী খোঙলোই শুইরিবীহুবু পুরহুনা মফমহুদা থুংলরে।

নবকুমারনা উরে, মীথুংফমসিদা কপালকুণ্ডলাম্তু লাক্নুনা থুংঙম্মে। মাগী মনাই মশলনা মাগীদমক কা অমা লাওরে। নবকুমারনা মাগা লোয়নরিবা অতুগীদমক মতুগা থংনবা কা অমা লাওহুনা মাবু মহুংদা পুশিল্লে। মাগী য়াথদগী য়ুম্ব,হুগী মচানুপীনা থাওমৈ অমা থান্দুনা পুরক্লে। থাওমৈগী মঙাল মপৈনা মাগা লোয়নরকপী অতগী মশাদা হেক তাবদা নবকুমারনা উরক্লে, মহাক্তু চাংদম্নিঙাই নৈতনা ফজবীনি। শক্তী নিংথিবা ঊথক্না মাগী মথোক কারকপগী ফজবতু ইঙেলগী তুরেল লাইজগুম হৌপোম চাওনা ইহৌন্নি।

— — —

## ২বা মতাং

# মীথুংফমশঙদা

"কৈষা :যাষিৎ প্রকৃতিচপলা।"

উদ্ধবদূত

মুপী অসি ছিত্র লৈতনা ফজবী মমা ওইরম্লবদি, ঐহাক হায়রম-গদবনি, পাবিরিবা ইবুঙো ! মহাক নংগী য়ুমগী মবেম্মগুম ফজৈ। অদুগা পাবিরিবী নিংথিবী ! মহাক নংগী মিংশেন্দা তাবা মমিমুক ফজৈ। অদুম তৌরবদি শকথাবা হেক্তমক লোইরমগনি। অদুবু লাইবক থীবদগী মহাক মপুং ফানা ফজবী নৎলমদ্রে, অদুনা লোই-শিনবত্থু য়াদ্রে।

মহাকসি ছিত্র লৈতনা ফজবী নত্তে হায়রুবগী মরমদি অহান-বদা শাবান্দু য়াইমরপ তৌবদগী হাইফেৎ রাংই অনিগুবদা মচিবান্দু খরা কোপ্লপ তৌই, অদুমগুবদা থাঙ্গৈহেক শেংবা কুচু ঙৌবী নত্তে।

শাবান হাইফেত্তি রাংই হায়ববু, মথুৎ-মখোঙ থিক থানচিংবা কায়াৎ পুন্নমক তবুম তবুম্মি, মপুং ফাই। নোংজুথাদা উত্তাংজবী উরিনা মনা ময়াম পুঙমদদুনা হাই-হুম্বগুম, মাগী মশাদুম্ত মপুম-মরৈ ফাখিবনা তত্তনা হাই-হুম্লম্মী ; মরম অদুনা শাবান হাইফেৎ রাং-লবসু নিংথিনা মপুং ফাখিবদগী হেন্না ফজনবগী মরম ওইরম্মি। থাঙ্গৈশেংনমক কুচু ঙৌবীনি হায়রিবশিংদুগী মরক্তা, কনাগুম্বগীনা মপুংফাবা থাজগী মঙালগুম্মি, কনাগুম্বগীনা হাইফেৎ ঙাঙ্‌নবা চিংথৈ হুন্নকপগী মতৌগুম্মি। মহাক্তা কুচুদি অনিমকসি অমত্তা নত্তে, মরম অদুনা মাবু থাঙ্গৈহেক শেংনা কুচু ঙৌবীনি হায়না শিংথাজ্রেদি

হায়রবনু, শুঙ্কাংনবগী ময়মলোমদদি মাগী কুচুহুস্থ করিমতা তাথবা নত্তে। মহাক্কী কুচুদি শংবাৎ্রৈ। "ইমা শ্যামা" নত্রগা "শ্যামসুন্দর" হায়রগা শংবান্নবা কুচুগী থুদম ওইনবা, অহুগুম্বা শংবান্নবা মচুহু নত্তে। মৈ-ইক্লিভৈদা শনানা শংবান্নবা, অহুগুম্বগী শংবান্নবা মচুহুনি মপুং ফারবা থাজগী মক্তুবা মঙালনা নত্রগা শনাগী লৈচিন লুহুপ্নবী চিংথৈনা কুচুঙৌবীশিংগী কুচুগা চাংদম্নরবদি, বসন্তদা নৌনা তম্নকপা হৈনৌ মপালগী ফজবহু শংবান্নবা অসিগী কুচুগা চাংদম্নবা য়াই। পাবিরিব-শিংগী মরক্তা অয়াম্বনা কুচু ঙৌবীগী কুচুবু অপা-নবা শীংদা শীংথান-বিরম্বা য়াই, অহুবু কনাগুম্বনা অসিগুম্বা শংবান্নবীগী শক্তমদা শুমহুৎপা য়াওবদা, ঐহাক মাবু কুচু থনবা হৈত্তবা হায়না কৌবদি ঙম্মোই। রা অসি য়াবিনিংদবা মহাক্তু, অমুক্ত, অনৌবা হৈনৌ মনারক্তা লৈতেংলিবা থোইমু মপৈগী পাংখক ওইবা অহুম্বা লংনা শংবান্নরবা লাইবক্তা তাথরকপা শন্নাং চবুন্দূ নিংশিংবিয়ু; তরেংনি পানবগী থাজ মানবা লাইবক্কী থাদা লৈরিবা শন্নাং য়োরিবী পিশুম অনিহু নিংশিংবিয়ু; হৈনৌ অমুনবগুম লংলবা খজাইহু নিংশিংবিয়ু। মতুগী মরক্তা ঙাংশং ঙাংলবা পিক্তকপা চিনবানহু নিংশিংবিয়ু; অহু ওইরবদি শকথংদবী সুজ্জাসিবু ফজবীশিংগী মরক্তা অথোইবীনি হায়না লৌবি-গনি। মিং অনিহু য়ান্না লাওবমক্তি নত্তে, অহুবু কোইরপ তৌবা পানা লৈতেংলি অহুগা য়ান্না লংই মাগী মিৎয়েংহু তপই, অহুবু সুং-ফাওনৈ। নঙোন্দা হেক য়েংলকপদা নহাক খুদক্তুদা খনগনি, সুপীসিনা নংগী পুক্লিং ফাওবা উরে। উনা উনা সুংফাওনবা মিৎয়েংহু অতোপ্পা মওংদা ওল্লকই; মিত্তুদা থোং-নৌরবা সুংশি ইচেলনা পাথোক্তুনা চেল্লকই। অহুগা করিগুম্বদহু সুংঙাই-ইরাংনা থুমহুৎখিবনা

চোকখৎল্লরগুম উত্নুনা, মিং অহু ইরমগী মংলাম-কমুংগুম্না তৌরকই। কৈরিগুম্বদনা অপাম মুংশিগী ইপাক্তা তাওহনা খোইরাংবনা অথক অথক তৌরকপগুম উই। অহুগা অমুক্তা অপাম-মিহৌগী খোই খোই মিংচিনা—নোংলক্তা কুপ্পা নোংখাংগুম্লকই। লংলবা মাই-থোংদনা হায়কম খাদবা নিংথিবা অনিনা তিল্লি; অহানবনা মাই-কৈগুবা থৌশিংগী মঙাল, অনিগুবনা মশাগী নাপল। মরম অদুনা মানা কাংওগী ওক্তাদা থেক্লপ শাথেক্তা হেক লেপ্পদা মুপীরক্তগী তোমলাংনবীনি হায়বসি ইরায় লায়না খঙবা ঙম্মি।

নিংথিবী অদুগী চহি কুনতরেৎলোম হায়গনি—থরান থাগী ইমাই চেল্লবী তুরেলগা পাংথক্লি। থরান থাগী তুরেল লাইজগুম মাগী চেংলৌ মঙালদু ওনিক তনিক্লি—ইথক হৌরি। কুচু কুমেন্দগী, মিংযেং নায়েংদগী, খ্বাই পুম্নমক্কগী পুক্লিং শুমহৎপদি নিংথি শাবানগী লেপনাইদ্রবা ইপোমদুনা ইহেন হেল্লি। মপুং ফারবা মথোক কারক-পগী ইহুলনা মশাপুম্বা তঙুনা হাইফেৎ তথক্লি; মালং শউম ফংদনা শরতকী তুরেলনা হাইফেৎ তথকপগুম্বনি। তথকপদুনা ইতৎ তঙনা অনৌ অনৌবা ফজবা ফোংদোক্লকপদুম ওই। নবকুমারনা মমিৎ গুকুপ কুপ্পনা অদুগুম্বা অনৌ অনৌবা ফজবদু য়েংলি।

নিংখিৎতনা নবকুমারগী মমিৎ কুপ্পবা মিৎয়েংদু উরদুনা হায়-রকই, "করি য়েংবিরিবনো? ঐগী শকসিবুরা!"

নবকুমারদি হৌনবী খংবা নিপালি; ইকাইরদুনা মমাই অমা লুকথরে। নবকুমারনা বা ঙাংখিদবদু উরদুনা শকখংদবী মুপীদুনা অমুক হন্না নোক্লদুনা হায়রকই, "মহাশয়বু করিগুম্বদা মুপী হায়রবদু উবিখিদ্রবরা, নত্রগা ঐবু যাম্না কপ্পবীনি হায়না খনবিক্ররম্বা?

ইকোম কোম্না রাম্নি পাক হায়রক্রমম্বদি চৈনবি হায়না খুম্ম-গনরনি, অদুবু মুপীদুনা নোক্না নোক্না হায়রকপদুনা, ফাগী নত্তনা মতৌ লৈবনি, অদুবু কনিত্থ নত্রে হায়রক্নি তশেংনা খংলে। নবকুমারনা খংলে, মুপীসি মাম্না ত্রো-ত্রো লাওবীনি ; ত্রো-ত্রো লাওবীগী রাদা খুম্নবু করি কায়বা লৈবগে ? অদুনা খুম্মকই, "ঐ মুপী মশক উরে, অদুবু অস্থক ফজবীদি উত্রি।"

মুপীদুনা নাপললগা লোয়ননা হংঙকই, "অমা ফাওবা উবিদ্রিবা ?"

নবকুমারগী খম্মোইমুংদা কপালকুণ্ডলাগী শক্তম ফাওরক্লম্মী; মাম্থ নাপল তৌনা খুম্নকই, "অমা ফাওবা উদ্রি হায়বা রাসিদি হায়বা ওমদে।"

খুম্নক্লিবী অদুনা হায়রকই, 'মদুবু ওইরবদি ফৈ। অদুদি মহাক অদু মহাশয়গী য়ুমগী মুপীদুবা ?'

নব। করিগীনো ? করি মরমদগী ঐগী মুপীবুনি হায়না লৌবিরিবনো ?

মুপী। বাঙ্গালীশিংদি মহাক মহাক্কী মুপীনা থাইদগী হেন্না ফজে হায়না খন্নে।

নব। ঐদি বাঙ্গালীনি ; অদোমস্থ বাঙ্গালীগুম রা ঙাংই। অদুদি করম্বা লৈবাক্কী মী ওইবিরবনো ?

মথোক কারক্লিবী অদুনা মশাগী ফীজোনলোমদা য়েংলদুনা হায়রকই, "লাইবকথিবীসিদি বাঙ্গালী নত্তে ; নোংচুপলোমদা লৈবী মুসলামানীনি।"

নবকুমারনা মুম্না য়েংবদা উরকই, ফীজেং চাকচাদু নোংচুপ-লোমগী মুসলমানীগুম্বদি তৌই, অদুবু বাঙ্গালা লোন্দি বাঙ্গালী অমনা

ভাংবগুম্না ওাংই। ওহাক লৈরগা মুপীহুনা হায়বা হৌরকই, "মহা-শয়না য়াওাং হৈবদগী ঐগী পরিচয়দি খংবিগ্রে ;—অদোমগীস্থ তাকপি-হুনা ঐবু লাইবকফবী ওইহনবিয়ু। মপা লৈতনা ফজরবী য়ুমগী মবেস্মহুনা লৈরিবা য়ুমনা কদাইরাইদনো ?"

নবকুমারনা হায়রকই, "ঐগী য়ুমদি সপ্তগ্রামদনি।"

লয়ানবী অহু অমুক খুয়কপা তৌদ্রে। খংহৌদনা মমাই লুক-খখিহুনা থাওমৈহু মৈরী শেমহুনা ভালহল্লক্লে। ওহাক লৈরগা মমায় হাইগংলকপা তৌদনা হায়রকই, "তোল্লবাগী মিং মতি কৌজৈ। মহাশয়গীবু তাজবা য়াগত্রা ?"

নবকুমারনা খুম্মকই, "নবকুমার শর্ম্মা।"

খওহৌদনা থাওমৈ মুংখ্রে।

---

## ৩বা মতাং

# ফজরবীবু য়েংবা।

"—ধর দেবী মোহন মুরতি
দেহ আজ্ঞা, সাজাই বরবপু আনি
নানা আভরণ।"

—মেঘনাদবধ।

নবকুমারনা য়ুম্মহুবু কৌহুনা অতোপ্পা থাওমৈ অমা পুররুবা

হায়রে। থাওমৈছু য়ৌরক্তি্রৈঙগী মমাংদা। মুংশোম্বর মপী শানা হোনবা অমা তায়। থাওমৈ পুরক্লবা মতুং ওহাক লৈরগা মীনাইগী কীজেং শেংপা মুসলমান অমা লাকতুনা থুংলরে। লম্লানবী অদুনা মাবু উবদা হায়রকই, "করি মতৌনো, নথোয় অম্বুক থীল্লকপসি করিগীনো? অতৈনা কদাইদা চংখ্রে?"

মীনাইদুনা হায়রকই, "পোং পুবা মীশিংদু লোইনমক নেশানা পুমঙাও ঙাওনখ্রে। মথোয়বু খোমজিনবা হোংনবদা এখোয় দোলাইগী তুংদা কোম্বহৌরবনি। মতুংদুদা অতেকপা দোলাই উবনে, ইবেম্মবু থেংনদবনে, ঐখোয় জ্ঞান পুম্নাঙ মাঙলুরবনি। মী খরনা মফমদুদা লৈহৌই, খর অমনা মাইকৈ চাইদুনা ইবেম্মবু থিবা চংনখ্রে, ঐনা সোমদা থিবা লাকচরিবনি।"

মতিনা হায়রকই, "মথোয়দুবু কৌরুচো।"

নফরদু সলাম তৌরম্লগা চংখ্রে, লম্লানবী অদু ওহাক মরাইবক্তা মথুংনা শৌরগা ফমদুনা লৈরে।

নবকুমারনা মহাক চংলগে হায়রকই। মদু তাবদা মতিনা মঙদগী হৌগংলকপগুম লেপখৎলক্লগা হান্নগী মতৌদৌনা হংলকই, "হৌজিক কদাইদা লৈ বগনি?"

নব। মসিগী থংনবা কাসিদা।

মতি। কাম্বুগী থোঙজিন মপান্দা দোলাই অমা উরম্মি, কনা-গুম্বা লোয়ন-লাক্লবিরকপ্রা?

নব। হোয় মুপী লোয়নরকই।

মতিবিবিদু অমুক ফাগী তৌনবাত্তাক্তা অমা কংলে। হায়রকই। "মহাকতুরা মপা লৈতনা কজবী হায়রবীদো ?"

নবা। উরপা থংবিগনি।

মতি। য়েংবা য়াগদ্রা ?

নব। (হাইফেৎ রাথল ত্তৌরগা) করিগী য়ারোইদগে ?

মতি। অত্তুদি অমুক্তা থোজানবিয়ু। চাংদায়িংডাই লৈতনা কজবীতুবু য়েংনিংবনা ঐহাক লাংতক্লরে। আগ্রাদা পাও তমজক্লগে অদুবু গৌজিকমক্তি নত্তে—অত্তুক লেংবিরুখো। ঙহাক লৈরগা ঐ পাও থাজরক্কে।

নবকুমার চৎখ্রে। ঙহাক লৈরগা মী ময়াম, মীনাই নুপী নিপা অত্তুগা পোৎপুবশিংনা উপুনচিংবা পুরকতুনা থুংলরে। দোলাই অমত্তু য়ৌরক্লে; মত্তুদা মীনাই নুপী অমা তোংলকই। মতুংত্তুদা নবকুমারদা পাও থারক্লে, "বিবিনা নিংশিংজরকই।"

নবকুমারত্তু মতিবিবিগী মনাক্তা অমুক ল'ক্লে। মত্তুদা মানা উরে, হন্দক্তা শকলোন অমা তৌরম্লে। মতিবিবিনা হায়গী ফীজেন্দু হোংদোকতুনা সনা মুক্তানচিংবা চংখোম্না হৎলবা ফীজোন অমা হোংলম্লে; লিক কোল পক্লমদবা হকচাংত্তু লিক-কোলনা পুমথন থল্লম্লে। মকম চানা চানা—শম্লান্দা, শমজীদা, লাইবক্তা' মিৎচিদা, নাদা, ঙক্তা, থবাক্তা, পাম্বোমদা লৈতেংলিবা পুম্নমকতু সনা মরক্তগী হীরামচিংবা রত্নশিংদা পুম্নং লংলি। নবকুমারগী মিৎত্তু ইথক থকখ্রে। থরান মপৈ মপৈনা লৈতেংলবা আতিয়াগী মতৌঙম—নিংথিরবা শাবান্দুনা লৈতেং ময়ামত্তু চংখোম্না পক্লখ্রে—অমসুং ফজবগী মঙালত্তুম্

অমুকা হেনগৎহনখ্রে। মতিবিবিনা নবকুমারদা হায়রকই, 'মহাশয়, লেংলসি, য়ুমগী মবেম্মচুগা শক খংনজরগে।' নবকুমারনা হায়রকই, "মচুগীদমক্তদি ফীজেৎ লৈতেংলুবগী থোইনা কান্নফম্ব, লৈতে। এগী মুপীগীদি লিক কোল মচেৎ অমা ফাওবা লৈতে।"

মতিবিবি। লিক-কোলশিংসি য়েংহনগে হায়দুনা মশিজিল্লিব-নিদনা। মুপীশিংদি লিক কোল লৈরগা উৎথোক্তবদি লৈবা ইভম ভমজদে। লেংলসি।

নবকুমারনা মতিবিবিবু পূতুনা লাক্লে। দোলাই তোংলকপী মনাই মুপীচুস্ত লোয়নরক্লে। মাগী মমিংনা পেষমান কৌই।

কপালকুণ্ডলাদি দোকানগী লৈনিন কাবা লৈমাইথক্তা মথক্তা ফমডনা লৈরম্মি। মৈরী পিক্লবা থাওমৈ অমতং থাল্লম্মী—পুন্দুনা মুরবা শল্লাং মপৈনা লুতুংগী শকক অচু পুংমম মমচুনা লৈরি। মতি-বিবিনা মাবু অহানবা চেক উবা খুদকতুমক্তদা চানবান নাকচিগা মাংচিগদা হাইফেজুং নোকপগী মমি তারকই। নিংথিনা উননবগীদমক থাওনৈচু পাইখৎতুনা কপালকুণ্ডলাগী মমাই নক্লপা পূশিল্লকই। মতম-চুদদি মাগী নোকমি নোকমি তৌবা মতৌচু মাচ্রখ্রে; মতিগী মাই-থোংচু শুকথরক্লে:—মমিং কুপ্তুনা য়েংবা হৌরক্লে। কনামতা রা মচেৎ অমতা ভাংদে;—মতিবিবি শুমহৎখ্রে, কপালকুণ্ডলান্নু হাইফেৎ ভকখ্রে।

ভহাক লৈরগা মতিনা মশাদা শিরিবা লিক-কোলশিং অচু লোথোকপা হৌরক্লে। পূম্নমক লোথোকপা লোইরগা অমমম ওইনা কপালকুণ্ডলাদা শিজিনবিরক্লে। কপালকুণ্ডলাদি তুমিন্না অচুম্মক লৈ।

নবকুমারনা হায়রকই, "করিনো তৌবিরিবদো ?" মতি তুমিন্না লৈ, করিল্ল খুম্মকে।

লৈতেংপুন্বা শিজিনবিবা লোইরগা, মতিনা নবকুমারদা হায়রকই, "থাগৈমকশেংবনি তাকপিখিবদো। অসিগুম্বা লৈরাংদি নিংথৌ-কোন্দা ফাওবা শাপ্তে। অমুক নিংখিজগ্রবা শক অসি কোম্নুংদা উৎলূবা ওমত্রে হায়বসিমতং পুক্লিংদা মুংঙাইতবা পোকই। লিক-কোলশিং অসি হকচাং অসিমকী মতিক চাবনি—অমুনা শিজিনজবনি। মহাশয়বু মরক মরক্তা শিহনবিদুনা চানগনবী লম্লানবী ঐবু নিংশিং-নবা তৌবিয়ু।"

নবকুমারদু পুমঙক ওকথ্রদুনা হায়বকই, "করিনো হায়বিরিব-দুবো। মসিদি মমল য়ামগ্রবা লিক-কোল ওাক্তনি ; ঐনা ময়াম্মক-সিবু করিগী লৌগদৌরিবনো ?

মতি হায়রকই "ঈশ্বরগী থৌজান্দগী ঐগী অতৈম্ব লৈজরি। ঐহাক পুমকোক কোকপী হায়বীদুমা থক ওইরোই। মাবু শিহল্লগা ঐগী পুক্লিংদা মুংঙাইজবা পোকই, অদুগবু করিগী খিংবিগদৌরিবনো ?'

মতিবিবিনা অসি হায়রগা মনাই মুপী পুদুনা চৎপ্রে। অচিকপা মকম য়োরক্লবদা পেষমাননা মতিবিবিদা হংওকই, "বিবিজান ! নিপা অসি কনানো ?"

যবন নিংঙোলদুনা খুম্মকই, "ঐগী ইপুরোইবা।"

---

৪ শুবা মতাং।

# দোলাই তোংহনা।

"—খুলিনু সত্বরে ;
কঙ্কন, বলয়, হার সীঁথি, কণ্ঠমালা,
কুণ্ডল, নূপুর কাঞ্চী।"

—মেঘনাদবধ

লিক-কোলশিং অহু করি থোকখ্রবা, তমজরকে তাবিয়ু। মতি-বিবনা লিক-কোলশিং অহু থম্নবা লুপা য়োম্বা শামু ময়াগী উপুমচা অমা থারক্লে। ভাকুশিং অহুনা মাগী মপোং-মচৈ খজিক্তমক মরো-খি—মনাক্তা নৈরম্বা অহুতা, অতৈদি ফংবা উনখিদে।

নবকুমারনা লিক অমা অনিদং কপালকুণ্ডলাবু শিহল্লগা অয়াম্বদি উপুহুদা হাপচিল্লম্মি। মথংগী নোংঙাল্লকপদা মতিবিবিনা বর্দ্ধমান তম্না, নবকুমারনা মুপীগা লোয়ননা সপ্তগ্রাম তম্না খোংশাল্লক্লে। নব কুমারনা কপালকুণ্ডলাবু দোলাইদা তোংহল্লগা, লিকী উপুহুম্নু মাগা কোন্নহল্লে। দোলাইরেংশিং অহুনা থিন্দনমক নবকুমারবু তুংওইননা থনমহুনা চংখংলক্লে। কপালকুণ্ডলানা দোলাইগী থোঙ অহু হাং-দোক্তুনা মাইকৈ মরি কোইয়েং য়েংহুনা চংলম্মি ; চাকনিবা অমা মাবু উরহুনা দোলাইগী তুং ইল্লহুনা শেল নিরক্লে।

কপালকুণ্ডলানা হায়রকই, "ঐগীদি করিম্নু লৈতে। নঙোন্দা করি পিগনি ?" চাক্লিসহুনা কপালকুণ্ডলাগী মশাদা পক্লিবা লিক-কোল অমা অনিহুদা মখুৎনা থিল্লহুনা হায়রকই, "করি রানো ইমা ? নশাদদি হীরা মুক্তা পক্লি—অহুগবু করিম্নু লৈতে হায়বা ?"

কপালকুণ্ডলানা হংঙকই, "লিককোল ফংলবদি নহাক হুণ্ডাই-গদ্রা ?"

চাক্লিবহু হাইরপ ঙকই। চাক্লিবশিংগী অপাম্বদি মপাল নাইদে। মিকুপমুক লৈরগা হায়রকই, "শোইদনা হুডাইগনি।"

কপালকুণ্ডলানা লোথুপ লোকোই পক্তনা উপুগা কোম্রনা লিক-কোল পূম্নমক চাক্লিবগী মখুত্তা পিরে মশাদা পাক্লবা লিক-শিংহুম্ব হুক্তোক্লগা পিরে।

চাক্লিবহ্ ঙহাক চময়হুনা লৈরে। মীনাই হুপী নিপা কনামতা খংহৌ উহৌদে। চাক্লিবহুগী চময়বহু মিকুপ মুক্তনি। খুদক্তুদা কোইয়েং য়েংলম্মগা লিক-কোলশিংহু পুরহুত্তা কন্না তিত থংহুনা চেনত্রে। কপাল-কুণ্ডলানা খলহৌই, "চাক্লিবনা চেনখ্রিনাস কারগীনে ?"

---

## ৫ বা মতাং
## মরৈবাক্তা।

"শব্দাখোয়ং যদাপি কিল তে যঃ সখীনাং পুরস্তাৎ,
কণে লোলঃ কথায়িতুম ভূদাননস্পর্শলোভাৎ।"

—মেঘদূত

নবকুমারনা কপালকুণ্ডলাবু পুরহুনা মরৈবাক য়ৌরক্লে। নব-কুমারদি মপা লৈত্রে, মমা লুখ্রাবীহু য়ুমদা লৈ, অহুগা মচল অনিথকন্থু লৈ। অহন্দু লুপ্পাবীনি. মাগা পাবিরিবশিংগা থোইনা মরী লৈত্তে। অতোনবী শ্যামাসুন্দরী হায়বীহু মপুরোইবা লৈরবস্থ লুপ্পানি। মরমদি.

মহাক শাগৈ লাং কবা নিপাগী মুপীনি। মহাকপুদি ঐখোয় অমুক অনিরক মথেংনরগনি।

কীভমনা য়াদবদগী নবকুমারনা শাগৈ লাং থংদবী লাইনীংবী অমত্ত্ব লূহোংহনা য়ুমদা পুরকপসিদা, মাগী শাগৈ নাতৌশিংনা কদাই কাওবা মুংঙাইবা পোক্লমগবা, মত্তুদি ঐখোয় নিংথিনা হায়বা ঙমদ্রে। অঙৌইবর্মক্তি হিরম অসিদা মহাক খোইনা অন্নাবদি থেংনদ্রে। মী পুন্নমক মহাক হল্লকনি হায়বসি ওকথা থাজনদ্রবনি। চৎমিন্নকবা কাংবুনা হল্লক্লগা, নবকুমারদি কৈনা চাপ্রে হায়না শন্না শন্না নিনশ খোকথি। পাবিরিবশিংনা থনবিরমগান, অচুম্বা ঙাংবা কাংবুশিংদি মশা মশানা থাজবা মভু ইন্না হায়রিবনি;—অত্তুবু মদোমদা চঞ্চরবদি মখোয়গী ভাবনা শাবগী লঙ্গীনা হৈকাইবা পিবা ওয়না খোকনি। হল্লকপা যাত্রীশিংগী মরক্তা অয়াম্বনা শোয়দ্রবা থাফম ওইনা হায়, নমকুমারবু কৈনা চাখিবত্তু মখোয় মমিৎমক্লা উহৌরবনি। করি করি-গুম্বদস্থু কৈত্তুগী চাও শাংবগী মরমদা মরৈ কন্না য়েৎনরকই; কনা অনলা হায়, "কৈত্ত খুত্তুপ নিপাল হেক শাংগনি।" কনা অমনা হায়, "নত্তে। খুত্তুপ তরামরিরোম্ম!" মথক্ত। শকথংনগ্রবা অহল যাত্রীত্তুনা হায়, "অত্তু অদা থংদে, ঐহাক লাইবক ফবদগী হিংহোবনি। কৈত্তনা ঐবুনি হান্না ভান্নবসি অত্তুবু ঐদি চেন্দুনা হিংহোরে; নবকুমারদি অত্তুক হাক্লা মরিংজেন লৈবা নহা নত্তে, চেনত্তু ঙমহৌদ্রে।"

হায়রিরা পাওনিনখোলশিং অসি নবকুমারগী মমানচিংবা তারক্লবদা হমুং মনুংত্তু পংকপ্ত কপ্পখিবনা মুমিৎ থরনিদি লেপ্পা লৈখিদ্রে। অমতা ঙাইজরবা মচাত্তু শিরে তাবদা নবকুমারগী মমাত্তু

মথৱাই শোকখিবনা অশিবগী পাংথকুমগে। অসিগুম্বা তানকমদা নবকুমারনা সুপী পুরদুনা হল্লকপসিদবু কনানো মতোম্বা, নংগী সুপীসি করি ত্থংনো, কনানা পোকপনো হায়বনচিংবা হংলগদবা? ময়াম্মক করি ত্থংনো, ... 

কপালকুণ্ডলাবুময়ুমদা হরাও হয়াওনা লৌশিনখিবতু উবদা নবকুমার সুঙাইখিবনা লুত্তোন কাখ্রে। তাখি তাওইনা তৌবিরমগদা হায়বসিগী কিবনা মহাক কপালকুণ্ডলাবু মাগী ওইনা ফংজরবসু সুংঙাইবা অমদি সুংশিবা থক উংলক্তে; অতুমকপু মাগী থম্মোই-সুংদদি কপালকুণ্ডলাগী শক্তম্না শন্দোক্তুনা শীন থুনা অত্তম্মক লৈরম্মী। মরমসিগী চিংনবনা মহাক কপালকুণ্ডলাবু লুহোংঈ হায়রকপদা খুদক্তা পাক হেক য়াবা ওমখিদে; চিংনবা অসিংক্তনা লুকোংলবসু য়ুম য়োরকপা ফাওবদা অমুক ফাওবা কপালকুণ্ডলাবু সুংশি মিংগোনা কৌরক্তে। চাংজো পাথোরক্লবা সুংশি ইখোলাংনগী ইপাক্তা মভ্রান মরিক অমা ফাওবা তাহল্লক্তে। অদুবু চিংনবতু লৈত্রে; ঈশিং ইচেলগী ইরমদগী খিঙ্গংলম্বা সুগুতুম লৌথোকখগা কল্লবা শাফুগী ইচেল চেন্থ-রকপগুম, নবকুমারগী সুংশি ইপাক্তস্থ কল্লবা ইথক হোৌরক্লে।

অসিগুম্বা সুংশি ইহৌরকপসিদি মতম চুপ্পদা থাইহনা কোং-দোকপা ওমদে, অদুবু নবকুমারনা কপালকুণ্ডলাবু হেক উবগা মমিক্তা পিগী ইরা চেন্দুনা কুপ্তুনা য়েংবা মিংয়েংতুতদা ফোংদোকই: থবক ইলৈ লৈতনা লৈশিন্নবা শাদুনা কপালকুণ্ডলাগী মনাক্তা চংওকপা মতমতুতদা ফোংদোকই; ঙাংনিংঙাই ইলৈ লৈতনা কপালকুণ্ডলাগী

মনাক্তা লাকপতুত্তদা ফোংদোকই ; মরী ইরৈ লৈতনা কপালকুণ্ডলাগী রা হৌদোক্লবা হোৎনরকপতুত্তদা ফোংদোকই ; অহিং মুংথিন নাইদবা কপালকুণ্ডলাগী মুংঙাইনা ইংনা লৈননবা হোৎনরকপতুত্তদা ফোং দোকই ; মতম লৈবা থিবিক্তা রাখল লক্ষেনবগুম্বগী খোংথাং অহু- ত্তদা ফোংদোকই। মহাক্কী লমচৎ-শাজৎ ফাওবা হোংদোরক্লে। পুক্লিং খোইজংলমদবা মফমতুদা চীংলেম্বগী মতৌ তৌরক্লে ; মথরাইনা পাম্মমদবা মফমতুদা মথরাই ঙাবা হৌরক্লে ; নবকুমারগী মাইথোং মতম চুপ্পদা মকা লায়ে। থম্মোইহু মুংশিবগী তুংনফম ওইবনা অতৈ অতৈদসু মুংশি চাওবা হেনগৎরক্লে ; মুংঙাইনদবা মীগী মফমদা মুং- ঙাইতবা পোক্লে ; মী হুয়বসিমক্তবু মুংশিফম ওইনা তৌরক্লে ; মালেমসি অফবা থবক ঙাক্তগী শেম্নকপগুম থল্লক্লে। তেংবান পুম্বা ফজবা ওইনতা উরক্লে। অম্নম তৌই মুংশিবদি। মুংশিবনা অয়াক- পবু খোইথুমহল্লি, ফজববু ফহল্লি। পাপ তৌবশিংবু পুন্য চেলহল্লি, অমম্ববু ঙালহল্লি।

অদুগা কপালকুণ্ডলাদি ? মাগী রাখলনা কমদৌরি ? চৎলগি পাবিরিবশিং, মাবু য়েংঊসি।

---

৬ বা মতাং

# খাজিল্লবা মফমদা।

"কিমিত্যপাস্যাভরণানি যৌবনে,
ধৃতং ত্বয়া বার্দ্ধকশো ভবল্কলম্
বদ প্রদোষে স্ফুটচন্দ্রতারকা
বিভাবরী যদ্যরুণায় কল্পতে ॥"

-কুমারসম্ভব।

পুম্বমক্না খংনৈ, মমাংঙৈদা সপ্তগ্রাম হায়বসি য়াম্না চাওখৎলম্বা নগর অমা ওইরম্মী। মতম অমদা যবদ্বীপগী রোমক ফাওবদা লৈবা লল্লোনবা পুম্বা লল্লোম্নবগীদমক মহানগর অসিদা পুল্লম্মি। অতুবু বঙ্গগী তরা তরামাথোই শুরকপা শতাব্দীদা সপ্তগ্রামগী থাইনগী চাওখৎলম্বা অতু মরেং তাখি। মাতুগী মরু ওইবা মরমদি, নগর অসিগী লমদোনবু চামথোক্কুনা চেল্লম্বা অচৌবা তুরেন অতু হৌজিক্তি মম্লাং কাশিনখ্রে; অতুনা চাও-শাংলবা হিপুম্বা নগরদি তাম্না অমুক চংশিল্লকপা য়াখিদ্রে। মরম অসিদগী লল্লোনফম অথোইবা ওইরম্বতু অসুম অসুম মুথখ্রে। লল্লোনবগী মমিং চংলম্বা নগরনা লল্লোনবদা খুদোং চারক্কুবদি মাইকৈ পুম্নমক মাঙখরকই। সপ্তগ্রামগীসু পুম্নমক মাঙখ্রে। বঙ্গগী শতাব্দী তরামাথোই শুরকপদা হুগলীনা নৌনা মপাল করক্কুনা মাগা তেমশিংনবা ওইনা হোৎগৎলকই। মফম অতুদা পর্ত্তুগীজশিংনা লল্লোনবা হৌতুনা সপ্তগ্রামগী লনগী-মবেপ্সাবু নমহুনা চিংখি। অতুবু মতম অতু ফাওবদি সপ্তগ্রামগী ফজবতু পুম্নাক মাঙবমক্তি তৌদ্রি। মফম অতুদা মতমতু ফাওবা ফৌজদারনচিংবা

**নিংথৌগী অঙম্বা মকোকশিংদি লৈরি ; অদুবু নগরগী অয়াম্বা শকতি লৈতেং ৱাংলক্লে অমসুং মী থোইনা তাবিরক্তবনা থুদংগী ফীভম**

সপ্তগ্রামগী চিক্লবা নগরগী চিদাই অমদা নবকুমারগী য়ুম লৈ। হৌজিক্তি সপ্তগ্রামগী মরায চায়থরকপত্রুনা মাইকৈ অদোমদা মী কয়া চৎথোক চৎশিন তৌত্রে ; অচৌব লম্বেলশিংদু উরী ৱারী মোংশোঙনা পুমকুপ কুপশিল্লক্লে। নবকুমারখোইগী ময়ুমগী মনিং-মক্তদা পাক্লবা অশুকপা উমং লৈ। য়ুমদুংগী ক্রোশ তংথাইমুক লাপ্না পিক্লবা খোং অমা চেল্লি : খোং অদু পিক্লবা লমহাং অমা কোয়রক্লগা য়ুম মনিংগী উমং মদুংদা চেনশিনখ্রি। য়ুমদু চেকয়ুম্নি ; মতমতুগী ওইনা থম্লরবদি মতু ইচম হেক চম্বা য়ুম অমনি হায়রবদি য়াদে। দোতলানিদি হায়রবু পংৱাং ৱাংখিবদি নত্তে, হৌজিক্তি একতলানা অতুকমক ৱাংবা পংলৈ লৈরে।

য়ুম অসিগী অপাকপা য়ুমথক্তা লেপ্লদুনা তনৌ তনৌরিবী মুপী অনিথক মাইকৈ মরি কোইদ্রেং য়েংলি। য়াচংবা মতম য়ৌশিল্লক্লে। মাইকৈ মরিদা উারবা পূর্বতু মিং পেন্নবগী মশক ভাক্লি। নাক্তা মাইকৈ অমরোমদা শুক্লবা উমং ; মমুংদুনা মশীং লাকভমত্রবা উচেক্লা পুমনিল নিল্লি। অত্তোপ্পা মাইকৈদনা পিক্লবা খোং, লুপাগী মরীগুম তাদুনা লৈরি। অথাপ্পদা অচৌবা নগরগী মশীং লাকভমত্রবা ফুরা দোলান্দা, বসন্ত চংলকপগী মালং শত্রুম ইথৌ লাংলবা মীশিংনা চোম্না লৈক্তেংদুনা লৈরি। অত্তোপ্পা অমদনা, য়াম্না থাপ্না হিনা ফীজেৎনরবা ভাগীরথীগী পাক্লবা তম্বাক্তা য়াচংবগী অমম্বনা মিকুপ খুদীং মম্বা হেঞ্জিল্লক্লি।

দোলাম মথক্তা লেপ্লিবী নৌরবী অনিতুগী মরক্তা অমদি থাজ মণ্ডালগী কুচুনি। চোইজাইনরবা শম্লাংলক্তা তংখাই অময়োমদি লোংতুনা লৈথ্রি ; অতোপ্লীতুনা কুচু মুই ; মাইথোং মুংশিবী চহি তরাতরুককলোম শুরবীনি। চাওদম শাংদমদে, মমাই চপ্পি, মথকলোমনী শরুক তংখাই অমা মাইকৈ মরি শীন্না পীরু পীরুবা খোইরবা শম্লাং চবুম্না কোয়না তারিবছু অশংবা থরো মনানা থরো অশংববু কোই- শিন্দুনা লৈবগুম্মি। মমিৎ অনিতু লংই. মেওই, ভৌই, ওখা মিত্তানি ; খুদোনবীশিংতু পিশক পিকই, লোয়নরিবীতুগী শম্লাংরক্তা লোনশিল্লি। পাবিরিবশিংনা খংবিরমগনি, থাজ মণ্ডাল মানবীসিনা কপাককুণ্ডলানি, অতুগা অমুবাসিনা মাগী মচনহুপী শ্যামাসুন্দরীনি।

শ্যামাসুন্দরীনা মনম্মবু করিগুম্বদা "ইনম্মা", করিগুম্বদা "ইনাও" করিগুম্বদনা "মৃনো" হায়না কৌই। কপালকুণ্ডলা হায়বা মিংসি ফজদে হায়তুনা ইমুংগী মীশিংনা মাবু মৃন্ময়ী হায়না থোল্লি ; অতুননি "মৃনো" হায়না কৌরিবা। ঐখোয়সু হৌজিক্তি মাবু মরক মরক্তা মৃন্ময়ী হায়না কৌরগে।

শ্যামাসুন্দরীনা অঙাং ওইরিঙৈদা চিনফা পুরকপা শৈরেং অমা থিথরকই, মতুদি—

"হায়নৈ থম্বাল লৈমুংশি, খুম্মি মাইথোং, অহিং লাকপদা।
শাংকাই ফম্না তাওহল্লি খোইমু, মবুতোবু উরকপদা॥
বনগী উরীনা, শন্দোক্তুনা মনা, চেল্লি পামেল তম্না।
তুরেলগী লাইজনা, চেম্বে অঙম্বদা. চৎলি সমুদ্র পাংনা॥
ইকাইবা লৈতনা, শাংলি থরোনা, থাজ মণ্ডাল কংলগা।

অনৌবীনা, চাকচৈ মথৱাই, মুংশি শকউন্নত্রগা ।।
তমথীবা মৈচাক্লি, নোংদম্বগী থৌশিন, মুংঙাইবদা অৱাবা।
লোনদিন্নৱগতা থৱাই হকচাং, মাঙখি ইকাইবগী পল ।।

"নংবু নথক্তা অন্নুম্মক লাইনিংবী ওইহুনা লৈৱগেৱা ?" মৃন্ময়ীনা খুন্নকই, "কৈদৌৱবগে, করিদা লাইনিংলবগে ?"

শ্যামাসুন্দরীনা মখুং অনিনা মৃন্ময়ীগী শম চবুন অহু খোমগংলগা হায়ৱকই, "নংগী শময়াম অসিবু থক পুনশিল্লৱোইদ্রা ?" মৃন্ময়ীনা হাইফেন্তুমক নোক্লগা শ্যামাসুন্দরীগী মখুত্তগী শময়াম অহু চিংথোক্লে।

শ্যামাসুন্দরীনা অমুক হায়বকই, "ফৱে অহুদি, এৱনা নিংলিবসি থুংহল্লু। এখোয় য়ুম পানবী মুপীনা তৌরিবসিগুম অমুক্তা শেং চাও। কয়া কুইনা লাইনিংবী শাহুনা লৈখিগে হায়ৱিবনো ?"

মৃ। ব্রাহ্মণ মচাসিগা উনাদ্রিঙৈগী মমাংদদি এহাক লাইনিংবী হায়বতুমা ওইৱম্মী।

শ্যা। হৌজিক্তি মতু ওইবা য়ারোইনে।

মৃ। করিগী য়ারোইদৌৱিবা ?

শ্যা। অহুবো ? থংনিংব্রা ? যোগ কায়হল্লুৱা ? পৱশ পাথৱ হায়বতু কদাইবু কৌই থংবৱা ?

মৃন্ময়ীনা হায়ৱকই, "থংদে"

শ্যা। পৱশ পাথৱ হায়বতুগা থেংনৱবদি মিশিফাও শনা ওল্লি।

মৃ। অহুবু কৈদৌৱবগে ?

শ্যা। মুপী ওইবীগীসু পৱশ পাথৱ লৈ।

মৃ। করিনো অহুদে ?

শ্যা। নিপা। নিপাগী শঊমদা লাইনিংবীগী য়ুমশানবী ওই। নহাক অহুগুম্বা পরশ পাথর অহু থেংনরবনি। হায়বিগে —

পুনবিরনি শম্নাং মপৈ          শেৎপিরনি নিংথি-চরৈ,
থেৎপিরনি শমজীরৈ শমজীদ।
নম্বিগনি সিন্দুর লাইবক্তা,          কিবিগনি খ্বাংলাক খ্বাংথক্তা,
হাইহনগনি নাইন্না নাপদা।
মথেন শুবা পানা ক্বা          পিজগনি ময়াই কানা
ভাংহনগনি চিনবান ভাঙ্‌না।
থাজ-মানবা অঙাংনা          ভালহনগনি নখাদা,
য়েগে মহুদা কয়া হরাওবা।

মৃন্ময়ীনা হায়রকই, "ফরে ফরে খংলে। পরশ পাথর শোক্লে, শনা ওল্লে। শম পুল্লে, ফজবা ফী শেৎলে, শমজীদা লৈ থেংলে, খ্বাংদা খ্বাংলাক লাক্লে, নাদা নাইন চিল্লে, মথেন শুবা পানা ক্বা, থাজ-মানবা অঙাং পুম্নমক লৈরে। পুম্নমকসি ফংলে হায়নম্ম খল্লো। অহুবু মহুনা করিদা নুংঙাইগদৌরিবনো?"

শ্যা। অহুদি, লৈ শাৎলগা করিদা নুঙাই?

মৃ। অউবা মীনা নুঙাইজব'ন, লৈদি করি নুঙাইরুনি?

শ্যামাসুন্দরীগী মাইথোংদু লাংশিনখ্রে; অয়ুক্কী নামিবনা য়েরবা অশংবা থম্বালগুম্বা মিংস্নাহু হাইফেৎ কোইরুপ-কোইরুপ তৌরকই; অদুগা হায়রকই, "লৈনা করি নুংঙাইবা, মহুদি তায়বা ওমদ্রে। কৈদৌমুংদম্ম লৈ ওইনা শাৎত্রি। অহুবু নংদৌনা অপোম্বী ওইরম্লবদি, শাৎচহুনা নুংঙাইজরমগদবনি।"

মহাক তুমিন্না লৈখিবত্থু শ্যামাসুন্দরীনা উরদুনা হায়রকই, ' করে, মচুম তৌদ্রবসু,—অদুদি হায়মু তাসি, নংগী মুংঙাইবদি করিনো ?"

মৃন্ময়ী ওহাক থল্লগা হায়রকই, "হায়কম থংদে। অদুবু ঐনা অদুক থনবদি, সমুদ্র মপানগী উমংশিংদুদা কোয়চৎ চৎতুনা লৈজবা ওম্নবদি মুংঙাইগদ্রা থল্লি।"

শ্যামাসুন্দরীদু হাইরপ ওক্লে। মখোয়না ফনা হোৎনদুনসু মৃন্ময়ীবু শেমগৎপা ইওম ওমদবদুদা মহাক থরা থোয়রাং-থোয়শাও-নরে, হাইকেৎ শাওনিংবসু পোক্লে। হায়রকই, হৌজিক হন্দুনা চৎনবা উপায়দি করি লৈ ?"

মৃ। লৈত্রে।

শ্যা। অদুদি করম তৌনি ?

মৃ। অধিকারীনা হায়খি, "যথা নিযুক্তঃস্মি তথা করোমি।"

শ্যামাসুন্দরীদু মচিন্দা ফীনা থুমজিন্দুনা নোক্লা নোক্লা হায়-রকই, "ফনি আজ্ঞা ভট্টাচার্য মহাশয় ! করি তাকপিবা ?"

মৃন্ময়ীনা স্বরমপী হোল্লগা হায়রকই, "নোংদম্বনা তন্মকপদু অদুম্মক তৌবা তাই। লাইবক্তা ইরকপত্তু থোক্লরবা হায়বদুনি।"

শ্যা। লাইবক্তা করি ইরক্লবগে ? মুংঙাইয়ু হায়না অদুম ইরকই। অদুগা স্বরমপী হোল্লিবদি করিগীনো ?

মৃন্ময়ীনা হায়রকই, "তাও, রা অমা তমগে। ইপুরোইবগা লোয়ননা খোংশানগদবা মুমিৎতুগী চৎলমদাইদা ঐনা ভবানীগী চরন্দা হৈথাগোক মনা কংলি। ঐহাক ইমাগী মখোং থম্বান্দা হৈথাগোক মনা হান্না কত্তনা করিগুম্বা থবক অমতা তৌদে। থবকতু মাইপাকদবা

লৈরবদি ইমানা লৈথাগোক মনাছু লৌবি ; কন্তবা খোঙ্কদবা লৈরগনা চয়ন্দগী তারকই । শকখণ্ডদবা নিপাগা মকম খণ্ডদবা লমদা চংকদবছু খমুবদা চিংনবা পোকতুনা, অক-ফত্ত খঙগে হায়না ইমাগী নাক্তা চংলুই । মৈনা কচ্চবা হৈথাগোক মনাছু ইমানা লৌবিখিদে ; অছুনা লাইবক-লিদা করি তম্লিগবা খংদ্রে ।"

মৃন্ময়ী রা মথা তাখিদ্রে । শ্যামাসুন্দরীসু কোকচাওবী কাংদ্রে

---

অহুমগুবা পন্দুপ

অহানবা মতাং

# হৌখবা।

"কষ্টোহয়ং খলু ভৃত্যভাবঃ।"

—রত্নাবলী।

নবকুমারনা কপালকুণ্ডলাবু পুরক্লনা মী-থুংফমশণ্ডদগী খোংশাল্লকপা মতমক্লদা, মতিবিবিস্ন অতোপ্পা লম্বীদা বৰ্দ্ধমান তন্না খোংশানখি। মতিবিবিনা লমশাং চংলিঙৈ তাল্লক্তা, ঐখোয় মাগী মমাংঙৈগী রারি থরদং খংদোকসি। মতিগী মরমচত্তি হায়নিংঙাই লৈত্রবা দোষ কয়ানস্থ মোংলি, অফবা গুণ কয়ানস্থ লৈতেংই। অসিগুম্বা মরমচংকী অকুপ্পা মরোল তাবিবদা পাবিরিবশিংনা খোইনা ফুংঙাইভবা পোক্লোই।

মহাক্কী মপানা মুসলমান ধৰ্ম্ম চংলবদা, মাগী হিন্দু মিংফু হোংদোক্‌না লুৎফ উন্নিসা হায়না কৌরে। মতিবিবি হায়বসি মাগী মমিং গুপনং নত্তে। অফুবু করি করিগুম্বা মতমদা শক লোত্তুনা লংফৈ ইফৈ চংলকপদা হায়রিবা মিং অসি হেক হেক শিজিন্নে। মাগী মপাফু ঢাকাদা লাক্লগা নিংথৌগী থবক তৌরে। অফুবু মফমক্লদদি মরৈবাক্কী মী য়াম্না লাকই। মরৈবাকী সমাজদগী তাম্ভোক্লবা মীনা সমাজগী ময়ামফুগা তোয়না উনা-খোংনফুনা তৌবসি কয়া ফুংঙাইতে। মরম অফুনা মহাক মতম খরগী মনুংদা সুবদারগী মফমদা

মিচেং অফবা ফংহনা, মাগী চান্নবা মন্ত্রী ময়ামদগী চে-মুং খোমজিন্নগা ইমুং পুন্থনা আগ্রাদা লাক্লে। আকবর শাহনা মী কনাগী মগুণ খঙদা তাদবা লৈতে। খিন্দনমক মহাক্না মাগী গুন্দ্ খঙবিরে। লুৎফ-উন্নিসাগী মপাত্থ খিন্দনা অচৌবা ফম ফংতুনা আগ্রাগী অথোইবা মন্ত্রীলক্তা শীংথানবা য়াওখি। অসোমদা লুৎফ উন্নিসাসু মপুঙ মরৈ ফারক্লে। আগ্রা য়ৌরক্লগা মহাক পারসিক, সংস্কৃত, জগোই, ঈশৈ, মুংশি রাঙাংনচিংবা পূন্নমক্তা চংখোন্না হৈরবী অমা ওইরে। কোন্নুংগী মশীং-লাকওমদ্রবী শক সজবী গুণ চেনবী ময়ামথুগী মহুক্তা মীথোই মীহেনবী অমা ওইরক্লে। মরাইবক থীবদগী মহৈ মশিংদা চংখোন্না খংবা অথুম্মক, ধর্মগী মাইকৈরোমদদি খংখিদে। লুৎফ-উন্নিসানা চহি মপুং ফাবক্লবদা কোংদোক্লক্লে মতুদি, মহাক্না অন্নিংবা অপাম্বদি থিং-ওমদ্রবা ইচেলগুম্মি, ইন্দ্রি খুত্থুম চনবা শুকওম ওমদে, চন্নবা হোৎনবসু মহাক পামদে। অফবা-ফত্তবা পূন্নমক্তা চপ মান্ননা মপুক্নুং লুপ্পি। মসিনা অফবা থবক্লি, মসিনা ফত্তবা থবক্লি হায়না রাহল তৌরগা মহাক থবক অমতা তৌবা লৈতে; অপাম্বা থবক্তুদা মহাক তৌই। অফবা থবক তৌবদা মথৱাইহু মুংঙাইরবদি, অফবা থবক্তু তৌই; ফত্তবা থবক তৌবদা মথৱাইহু মুংঙাইরগনা, ফত্তবা থবক্তু অথুম্মক তৌই। মথোক কারকপা মতমদা পুক্নিং লাকশিনবা ওমদ্রগ পোক্লকপা হৌনবা দোয পূন্নলক্তু লুৎফ উন্নিসাগীসু পোক্লে। মহাক্না হান্নগী মপুরোইবা হিংলি—অওম অথৌ কনানসু মাবু লুহোংহুনা লৌবা হায়বসি পাম্নদ্রে। মহাকসু লুহোংবসি কয়া কন্না পামদে। মহাক্না থল্লকই, লৈরাং খুদিংদা ইরাং ইনোং কাজরিবী ,থাইমু

অমোমগী ম-শা করিগী ককৃথংলুগদগে ? অহানবদা চিবোন চিবোম ভাংনরশ্মি, মমৈথংদাদ হকচিন্না থীরবা মিং-দা অসুম অসুম শন্দোরক্লে। মাগী মপানা শাউরক্তুনা মাবু মমুমদগী তাপ্লোরক্লে।

লুৎফ-উন্নিসানা লোন্না থৌজানবিবা ময়ামতুগী মনুংদা যুবরাজ সেলিমসু অমনি। মন্ত্রী অমগী ইমুং-মনুংদা অমকপা মিংচৎ থোক-হল্লবদি, মাগী মীচং-মীথাই নাইত্রবা মপানা শাওরকপা য়াই হায়বসিগী কিবনা, সেলিমনা ওসি ঙ্কাওবা লুৎফ-উন্নিসাবু মাতগী ওইনা কন্দুনা থম্বা ওয়মদে। হৌজিক্তি তাঙ্গা গমা ফংলে। রাজপুতকী মিংথৌ মানসিংহগী মচন অচু যুবরাজগী লৈমা অহন ওইদুনা লৈরে। যুব-রাজনা লুৎফ উন্নিসাবু মাগী মকোক শইবী লোয়নবী ওইনা থম্নে। লুৎফ উন্নিসাহু বেগমগী চান্নবী, অমরোমদনা যুবরাজগী মুংশি থৌজাল ফবী ওইনা লৈরক্লে।

লুৎফ উন্নিসাগুম্বী লৌশিং শিংবী তুপী অমনা মুমিং খরনিদংগী মনুংদা রাজকুমারগী থম্মোই খংজিনাখিগনি হায়বসিদি ময়েক্লা অঙ্গম্মক তারবা লোৎনি। সেলিমগী থম্মোইবু মানা খুতুম চনবসি অসুক্কী মতিক লাম্বা পানিংঙাই লৈখিদ্রে মতুদি, লুৎফ উন্নিসানা মতম চাংক্লগা মহাক্কী মহারাণী ওইগে হায়বসি মপুক্লিংদা কন্না লেপথ্রে। লুৎফ উন্নিসা মথন্তা কন্না লেপ্পা নত্তে, কোন্নুংদা লৈরিবা মী পুম্নমকসু রাফমসি শোইত্রবনি হায়না থাজনৈ। অসুম্বা রাথলগী মংলান্দা তাওদুনা লুৎফ উন্নিসাগী পুন্সি লেল্লিডৈদা, মিকপ থংথোক থোক্লক্লে। আকবর শাহগী লনগৈ পান্নবা [ আকতিমাদ-উদ্দোলা ] খাজা আয়াসকী মচানুপী মেহের-উন্নিসা হায়বীসি যবন শাগেগী

খ্বাইনগী চংখোল্লবী মুপীনি। নোংমা লনগৈ পাল্লবশিংনা রাজকুমার সেলিম অমসুং অতৈ অভম অথৌ খরা বাক্তর্ণ তৌহুনা মন্নুমদা পুরকই। মুমিত্তুদা মেহের উন্নিসাগা সেলিমগা শক্না শক্না উন্নখি অমসুং খুদক্তং-দগী সেলিমনা মেহের উন্নিসাগী মকমদা মথরাই লাম্নোক্লম্লগা চৎলে। মসিগী মতুংদা থোকাখিবা থৌদোক্তুদি ইতিহাস পাবিরিবশিংনা খংবিরিবা অত্থু মত্তাই। শের আফগান কৌবা মপাঙ্গল মথৌনা লৈরবা কল্লাইবা অমগা লনগৈ পাল্লবগী মচনমুপীসিগা থাজ রোজবগী রা হাম্লনা লেপ্পলে। সেলিমনা অপাম মিহৌবনা থুমহৎখিবদগী লোইনগ্রবা রা অসি থিংবিয় হায়না মপাগী মকমদা হায়জখি। অছুবু মীচং শঙ্গন নাইত্রবা মপাগী মকমদগী মীচৈতমক তাবা ফংখি। মন্নম অছুন সেলিমহু তভাই ফদনা তুমিন্না লৈবদা তাপ্রে। তাঞ্জা চাদবদগী তুমিন্না লৈপ্রেদি হায়ববু, রাখলদি থ:দোকখিদ্রে। শের-আফগানগা মেহের উন্নিসাগা লুহোংলে। অত্থবু সেলিমগী অরোনবা রাখল পুন্নমক লুৎফ-উন্নিসানা খংদ উদবা লৈতে— মহাক্লা তশেংনা খংই,—শের আফগানগী মথরাই লিশিং অমা শুরবম্ব মহাক কৈদৌ-তুংদা লিংক্কম লৈতে। আকবর শাহনা হেক থুপখিবগা মহাক মথরাই মাঙগনি—মেহের উন্নিসানা সেলিমগী মহারাণী ওইগনি। লুৎফ-উন্নিসাহু সিংহাসনগী রাখল থাদোক্লে।

মুসলমান সম্রাটলক্তগী মৈতান অরাবা আকবরগী পুক্সি মতোল লোমশিল্লক্লে। তুরকিদগী ব্রহ্মপুত্র ফাওবা পুমভান ভালহল্লখ্বা কল্লবা লুংশা মভালগী মুমিত্তু তাপ্রে। তাঞ্জাসিদা লুৎফ-উন্নিসানা মাগী মগুণ ময়েং তাদনবগীদমক তৌভমদবা থবক অমা পায়খৎলগে হায়না লেপ্পক্লে।

রাজপুতকী মপু রাজা মানসিংহগী মচন্দু সেলিমগী মকোক ওইবী লেমনি। খস্রু মাগী মচানিপানি। নোংমা মাগা লুৎফ-উন্নিসাগা আকবর শাহগী হকচাং ঈরীবা অহুনী মরমদা রারী শারম্মি; রাজপুত নিঙোলহু হৌজিক্তি বাদশাহগী মহারাণী ওইরগনি হায়বা রাকম-সোমদা পুখোক্তুনা লুৎফ-উন্নিসানা মাগী মকমদা ইকাই খুম্নবগা লোয়ননা হুংঙাইবা ফোংদোক্লম্মী। মতুদা খস্রুগী মমানা খুম্মকই, "বাদশাহগী মহারাণী ওইবনা মীওই-মপোক্কী মহৈ য়াল্লেদি হায়ববু, বাদশাহগী মমা ওইজবা ফংবনা খ্বাইদগী হেল্লি।" পাউখুমসি হেক তাবদা অঙকপা কংলবা অরোনবা শাজৎকী রাকম অমা লুৎফ-উন্নিসাগী থম্মোইদা খংফাও ফাওরক্লে। মহাক্না খুম্মকই, "মতুম্মু করিগী ওইরোইদৌরিবনো ? ইবেম্মনা পাম্বা পামদবগী রাতনি" বেগমনা হায়রকই, "করম্না ?" হৈ-শিংলবীতুনা খুম্নকই, "যুবরাজ খস্রুবু সিংহাসন্দা হেক কাহনবিয়ু।"

বেগমতু রা মখা অমুক তাখিদ্রে। হুমিত্ত দা রাকমসি অমুকহন্না কাংথোক্লখিদ্রে; অতুবু কনানসু কাওবদি লৈনখিদে। মপুরোইবগী মহুত্তা মচানিপানা সিংহাসন কাবা হায়বসি বেগমগী মপুক্লিংদা য়ানিংদবা রাকম ওইনা থোক্তে, মেহের-উন্নিসাগী মকমদা সেলিমনা পোক্লিবা অপাম-হুংশিগী রাখলসিনা লুৎফ-উন্নিসাগী থম্মোইদা তুম্নবা তাশোন্না থিনবগুম, বেগমগী থম্মোইদসু থিল্লম্মি। মানসিংহগী মচনুপীনা ঙরাংতগী তুর্কী নিঙোল অমগী য়াথং ইনবী ওইনা লৈবা হায়বসিসু করম্না পাক্ষম থোকপগে ? লুৎফ-উন্নিসাসু থৌরমসি পাংথোক্লবা হোৎনবদা থরাই য়াওনা লাক্লফমসু লৈ। মতুং নোংমা

অমুক হন্না রাফমসি হোদোক্করে। মবানিমক পুক্লিং অমতদা লেপ্নব্রে। সেলিমগী মহুত্তা খক্রবু আকবরগী সিংহাসন্দা থাঙ্গৎপা হায়বসি ওইখোক্তবনি হায়না খন্ননবগী থোইদোকপা মরম লৈতে। রাফম অসি লুৎফ-উন্নিসানা বেগমদা য়াম্না মুন্না শুগাইনা খংহল্লে। মহাক্না হায়রকই, "মোগলগী পাক্লবা লৈপাকসিদি রাজপুতকী মপাস্বোম পাঙ্গলতনা লিংখৎপনি, অদুগুম্বা রাজপুত শাগেগী মকোক ওইরিবা মানসিংহ, খক্রুগী মমাগা পোকমিন্নবা মামনি ; অদুগা মুসলমানশিংগী লুচিংবা, নিংথৌগী মন্ত্রি মকোক খাঁ আজিমনা, খক্রুগী মকুবোক্নি ; মখোয় অনি চংহুনা হোৎনরবদা, কনানো মখোয়গী মতুং ইল্লোইদবা ? কনাগী মতেং লৌহুননো যুবরাজনা সিংহাসন ফংগদৌরিবা ? রাজা মানসিংহবু থবক অসি তৌহন্নবা হোৎনবনা ইবেম্মগী দায়নি। খাঁ আজিম অদুগা অতৈ অতৈ অঙম অথৌশিংবু চিংশিল্লকপনা ঐগী দায়নি। ইবেম্মগী থৌজান্না থবক শোয়দনা পাঙগনি, অদুবু চিংনবা অমদি, সিংহাসন্দা ফমগ্রগা খক্রুনা লমচৎনাইদবী অসিবু তাম্থোকপিরক্কত্রা অসিনি।"

বেগমহু মাগী লোয়নবীহুগী মপুক্লিংগী রা খংলে। নোক্লহুনা হায়রকই, "নংনা আগ্রাসিদা নপুক্লিং থোইদাবা অঙম্বদো, মহুগী য়ুমগী মবেম্মা ওইহনগনি নহাক। নপুরোইবহু লাম্মী লিশিং মঙাগী লুচিংবা ওইহনগনি।"

লুৎফ-উন্নিসা মথরাই হরাওরে। মহুমক্কি মহাক্না পাম্লিবসু। কোন্নুং মনুংদা ইচম চম্বী হুপী অমগুম লৈবদা তারক্লবদি, লৈরাং খুদিংদা কোইডাওনজবী থোইমু অমোমগী মশা ককথৎলুহুনা করি হুংডাইফম

লৈগনি ? নিংতম্ববু থাদোকপা তারবদি পিক্লিগৈগী মরূপ মেহের-উন্নিসাগী মনাই ওইহনা করিদা সুংডাইরুগনি ? মতুগী শরুকপুদি কনাগুম্বা অওম্বা মকোক অমগী হাই-হুম্না পানবী য়ুমগী মবেম্মা ওইরুবনা য়াম্না হেন্না লেমজনফম্নি।

মসি পাম্বগীদমক্তা লুৎফ-উন্নিসানা থবক অসিদা চংলুবা নত্তে। সেলিমনা মাবু হুন্দোক্কুনা মেহের-উন্নিসাদা পুক্লিং লুপখিবতুগী লম্মনস্থ, মহাক মতিক চানা খুমনিংই।

খাঁ আজিমনচিংবা আগ্রা-দিল্লীগী অওম অথৌশিংদু লুৎফ-উন্নি-সাগী ম-ন্না য়াম্না লৌরম্মি। খাঁ আজিমনা মক্কাক্কী য়াইফনবগীদমক মথরাই য়াওনা হোৎনগনি হায়বদা থোইনা ঙক্লিংঙাই লৈতে। মহাক অমসুং অতৈ অতৈ অওম অথৌশিংনা হায়রিবা রাফমসি য়ারে। খাঁ আজিমনা লুৎফ-উন্নিসাদা হায়রকই, "য়েংউ, করিগুম্বা খুদোং চাদবা অমদগী ঐখোয়না থবকসি পাংথোকপা ঙমদ্রবদি, নং ঐ হিংফম লৈতে। অতুনা থরাই মাঙদনবা লম্বেল অমদি শীলহৌবনা চুম্মি।"

লুৎফ-উন্নিসানা হায়রকই, "অতুদি করি তৌসি হায়না তাক-পিরিবা ?" খাঁ আজিমনা হায়রকই, "উরিষ্যা নত্তনা অতৈ চংনফম লৈতে। মফম অতুমতংদি মোগলগী মঙাল অতুক হাঙ্কা চংদে, উরিষ্যাগী লান্মীশিংদু ঐখোয়গী খুৎ চলহৌবনা চুম্মি। নংগী নবুংনা উরিষ্যাগী লান্মী মকোক ওইরি। ঐহাক হয়েংমক, মহাক্কু লান্দা শাথীনা শোক্লে হায়না লাউথোক্কে। নহাক মাবু য়েংউগদৌরিবনি

হায়জিন্দুনা হয়েংস্নিমক উরিষ্যাদা চৎলু। মফমত্থদা তৌগদবা পুম্নমক শীল্লমগা, য়াম্না থুনা অমুক হল্লকউ।”

লুৎফ-উন্নিসাসু হায়রিবা রাকমসি য়ারে। মহাক্না উরিষ্যা য়ৌরুরগা অমুক হল্লকপদা, পাবিরিবশিংগা লম্বীদা থেংনরিগ্নিবা অত্থনি।

---

## ২ শুবা মতাং

# তোঙানবা লম্বীদা

> “যে মাটিতে পড়ে লোক উঠে তাই ধ’রে।
> বারেক নিরাশ হ’য়ে কে কোথায় মরে॥
> তুফানে পতিত কিন্তু ছাড়িব না হাল।
> আজিকে বিফল হলো, হ’তে পারে কা’ল॥”
>
> —নবীনতপস্বীনী।

নবকুমারবু বিদায় তৌরম্লগা মতিবিবি নত্রগা লুৎফ-উন্নিসানা বর্দ্ধমান তম্না খোংশাল্লকপা হুমিত্তুদা, মহাক বর্দ্ধমান য়ৌনা চৎপা ঙমদ্রে। অতোপ্পা মী-থুংফমশঙ অমদা লৈরে। য়াচংলকপা মতমদা পেষমনগা ফমিন্নত্থনা রারি রাতাই অস্থম শারকপদা থংহৌদনা মতিনা পেষমনদা হংঙকই, “পেষমন! ঐগী ইপুরোইবত্থ কমদোই?”

পেষমননা চংঙক্লনা হায়রকই “করিবু হায়গদগে?” মতিনা হায়রকই, “মশক মতৌ ফজে, নত্রা?”

নবকুমারবু পেষমননা মপুক্লিংদা য়াম্না শাওনিংলম্মী। মতিনা

কপালকুণ্ডলাদা পিথিবা লিক-কোলশিং অতু পেয়মননা য়াম্না পান্নখী ; মানা মপুক্লিংদা খঞ্জরম্মি, নোংমা তাঞ্জা চাবদা নিতুনা লৌগে হায়না। অতুবু মাগী আশাতু মরুফংনা মাঙখ্রে ; অতুনা কপালকুণ্ডলাগা মাগী মপুরোইবগবু মহাকনা শাথীনা হুংঙাইখিরমদে। মরম অতুদগী মবেম্মনা হংলকপদা মানা খুম্মি, “লাইরচুতংনবা ব্রাহ্মণগীবু ফজবা অথিবা হায়বা করিমুক লৈবগে ?”

লোয়নবী অতুগী মপুক্লিংগী না খংলতুনা মতিনা নোক্লতুনা হান্নরকই, “লায়র-চুতংনবা ব্রাহ্মণতুনা মন্ত্রী অমা ওইরক্লবদি, ফজবা মী হায়বতুমা ওইরগদ্রা ?”

পে। করম্না ওইদৌরিবা ?

মতি। হায়মা, নং তাদ্রিবরা, বেগমনা য়াখ্রেদনা, খক্রুনা বাদশাহ ওইরবদি ঐগী ইপুরোইববু মন্ত্রী হাপকনি হায়না।

পে। মতুবুদি খংই, অতুবু হান্নগী নপুরোইবতুনা করম্না মন্ত্রী ওইগদৌরিবনো ?

মতি। অতুদি ঐগী ইপুরোইবা কনা অতোপ্পা অমদি লৈ ?

পে। ওইরক্কদৌরিবদো।

মতিনা হাইকেৎ নোক্লতুনা হায়রকই, “ঐগুম্বী সতিনবু ইপু-রোইবা অনিশুবা, তান্নিংদবা রানি—এঃ কনানো আদা চৎলিবসে ?”

মতিনা “কনানো চৎলিবসি” হায়না হংলিবা নিপাতু পেষমননা মশক খংবা মীনি, মহাক আগ্রাদা লৈবা খাঁ আজিমগী মনাইনি। মবানিমক মপুক্লিং লাংতক্লরে। পেষমননা নিপাতুবু কৌক্লরে। নিপাতু লাক্লগা লুৎফ-উন্নিসাদা খুরুমতুনা চিঠি অমা লানশিন্নরে ; অতুগা

হায়রকই, "চিঠিসি পুন্থনা উরিষ্যা তাম্না চৎকে লাক্চবনি। অথুবা পাওনি।"

চিঠিদু পাবদা মতিবিবিগী নিংলম্বা রাখল পুন্নমক মিৎনকুপ্পদা মাঙখ্রে। চিঠি অতুগী মরু ওইবা শরুক্তি অসিনি—"ঐখোয়না হোৎনবপূম্বা অরেম্বদা তারে। নোঙ্গারমদাইদা আকবর শাহনা মশাগী মরোংশিংতনা ঐখোয় পুন্নমকপু মাইথীবা পিরম্লে। মহাক নোংঙ্গাখ্রে। মহাক্কা য়াথং ভুংইন্না কুমার সেলিম হৌজিক জাহাঁগীর শাহ ওইখ্রে। নহাক খজ্রুগীদমক মুংনাংবা তৌরুরগদু হিরম অসিদা নংবু কনাগুম্বনা চিংনবা মুংঙাইতবা পোক্তনবা য়াম্না থুনমক হল্লক্লো।"

আকবর শাহনা মতৌ করম্না মনুংগী লৌতুনবসি অরেম্বদা তাহনখিবগে হায়বদু ইতিহাসতা ইতুনা লৈ, মফমসিদা মদু অমুক নৈনরুবগী খোইনা কান্নফম লৈতে।

মনা পিদুনা দুত অদুবু চৎহনগ্রগা মতিনা পেষমনদা চিঠি অতগী মরোল তাহল্লে। পেষমননা হায়রকই, "হৌজিক্তি করি উপায় তৌনি?"

মতি। উপায় অমতা লৈতে।

পে। (ডহাক রাখল তৌরগা) ফরে মতুনা করি অমাঙবা লৈবগে? হান্নগুম অতুম্মক লৈরগা লোইরে; মোগল বাদশাহগী কোন্নুং মনুংদা লৈবী মুপীদি অতোপ্পা লৈপাক্কী রাণীদগীমু হেন্না চাওরিবনি।

মতি। (হাইকেৎ নোক্তুনা) মদু কান্নদ্রে। কোন্নুংতুদা অমুক

লৈবা য়াররোই। থিন্দনমক মেহের-উন্নিসাগা জাহাঁগীরগা লুহোং-ঙ্গগনি। মেহের-উন্নিসাবু ঐ পিশক পিক্লিঙৈদগী মুম্না খঙই; মহাক্কবু অমুক্তং কোন্নুংদা চংশ্রবদি, মহাক্না অতুম্মক বাদশাহ ওইঙ্গগদবনি। জাহাঁগীরদি মমিংতা ওইনা বাদশাহ ওইরগদবনি। ঐনা মাগী সিংহাসনগী লম্বীদা য়েথাইনবা হোৎনরম্মী হায়বসিদি, মহাক শোই-দনমক খঙলকনি। মতমত্তুদা ঐ করি ওইগনি।

পেষমনত্নু কপ্পিং কপ্পিং তৌরদুনা হায়রকই, "অদুদি কমদৌনি ?"

মতিনা হায়রকই, "থন্নবা য়াবা অমতংদি লৈ। মেহের-উন্নিসাগী থম্মোইদু জাহাঁগীরদা করম তৌরমখিনি ? মহাক্কী মপুকচেন মকন্দুনদি, মহাক জাহাঁগীরবু পাম্মমদত্নুনা মপুরোইববু মথরাইমক য়াওনা হুংশিরম্বা থোক্লবা, অদু ওইরবদি জাহাঁগীরনা শের আফগান চামা হাৎলবস্তু মেহের-উন্নিসাবু কৈদৌন্নুংদা ফংবা ঙম্লোই। অদুগা মেহের-উন্নিসানা জাহাঁগীরবু থাঙ্গেশেংনমক পাম্লম্বা থোক্লবদি অমুক খন্নফম স্নুপলৈ লৈত্রে।"

পে। মেহের-উন্নিসাগী মপুক্লিংদি করম্না খংগনি ?

মতিনা নোক্লদুনা হায়রকই, "লুৎফ-উন্নিসানবু ঙমদবা করি অমুক লৈবগে ? মেহের-উন্নিসাদি ঐগী নহা ওইরিঙৈগী মরম্পি—হয়েংমক বর্দ্ধমানদা চত্তুনা মাগী মনাক্তা হুমিৎ নিনি লৈগনি।"

পে। মেহের-উন্নিসানা বাদশাহবু পাম্লমদবা থোক্লবদি, করি তৌগদৌরিবা ?

মতি। বাবানা তাকপি "ক্ষেত্রে কর্ম্ম বিধীয়তে।"

মবানিমক ঙহাক তুমিন তুমিম্না লৈরে। অদুদগী হাইক্কেৎ

মিনোক্কা মতিবী চিনবান্দু লৈতেংলক্লে। মচু উবদা পেষমননা হংলকই, "করিগী লোকলিবনো ?" মতিনা হায়ররকই, "অনোবা রাখল অমা পোল্লক্লে।"

পে। করম্বা অনোবা রাখল ?

মতিনা মচু পেষমনদা হায়দোক্কে। ঐখোয়সু হৌজিক ময়ামদা তাকথোক্লরোই। তুংদা ফোংদোক্লকখিনি।

---

## ৩ শুবা মতাং
## লাম্বা ওইবীগী মযুমদা।

"শ্যামাদন্যো নহি নহি নহি প্রাণনাথো মমাস্তি।"

—উদ্ধবদূত।

মতম অসিদা শের আফগানদি বঙ্গদেশকী সুবদারগী মখাদা বর্দ্ধমানগী থবক পুবা মকোক ওইনা লৈরম্মী।

মতিবিবিতু বর্দ্ধমানদা লাক্তুনা শের আফগানগী মযুমদা থুংলরে। শের আফগাননা ইমুং মনুং পুম্নগা লোয়নননা, মহাকপু য়াম্না তরাম তরাম্না ওক্তুনা মযুমদা থমখি। শের আফগান অমসুং মাগী মুপী মেহের-উন্নিসানা আগ্রাদা লৈরিউে মতমদা, মতিবিবি অসি য়াম্না মুন্না শক থংনখি। মেহের-উন্নিসাগসু য়াম্না চান্নখি। মমৈথংদা মবানিমক দিল্লীগী মবেম্মা ওইনবা তান্নরকপদা লাম্বা কন্না পানখি। হৌজিক পুল্লপ লৈমিন্নবসিদা মেহের-উন্নিসানা খল্লকই, "ভারতবর্ষগী মপু ওইবসি কনাগী লাইবক নোংদম্বনা তমলিগবা। নোংদম্বা অমা

থংই, সেলিম অমা থংই, অতুগা মীতোপ কনাগুম্বা অমনা থংবা তারবদি লুৎফ-উন্নিসাসিনি। য়েংগে, লুৎফ-উন্নিসাসিনা করিগুম্বা অমতা ইহায় মহায়দোরক্লরোইদ্রা ?"

মতিবিবিস্থু মেহের-উন্নিসাগী মপুক্লিং থংনবা কন্না লাক্লরি।

মেহের-উন্নিসাদি মতম অতুদা ভারতবর্ষগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না শকফজবী অমস্থুং গুণচেনবীনি হায়না ফাওই। থাঙ্গেশেংব-মকস্থু মাগুম্বী নুপীদি মালেমদা য়াম্না অতাওবীনি। ফজবগীদমক ইতিহাসতা শীংথানরবী নুপীশিংগী মরক্তা মানা পূমহেন হেল্লি হায়বসি ইতিহাস লেংবা মখৈনা ইয়া-য়ানৈ। করিগুম্বা মথলগী মহৈনস্থু মতমতুগী নিপা অয়াম্বনা মডোম্দগী পংহেন হেনবসি য়াওদে। জগোই ঈশৈদা মেহের-উন্নিসাদি ম-পা লৈতবীনি; শৈরেং ইবদস্থু লাই য়েকপদস্থু মহাক মী পূন্নমক্কী মপুক্লিং শুমহৎপা ঙম্মি। মহাক্কী হুংশি-রাঙাংশিংতুনা ফজবা শক্তুদগীস্থু হেন্না শুমহৎনবগী মশক ওই। মতিবিবিস্থু গুণ ময়াম অসি অমতা রাৎপী নত্তে। অস্থুন্না ঙক্লবী হুজা অনিসি, ঙসি অমনা অমগী মপুক্লিং খঙনবা খোয়রাংবা পোক্লরি।

মেহের-উন্নিসানা মাগী অরোনবা কাদা ফম্লতুনা তসবীর য়েক্লি। মতিবিবিনা মেহের-উন্নিসাগী মতুং নক্লা ফমতুনা য়েক্লিবতু য়েংলি অমস্থুং পান্না চারি। মেহের-উন্নিসানা হংঙকই, "য়েক্লিবসি কমদোবগে ?"

মতিবিবিনা খুম্মকই, "নংনা য়েকপা লাইনা ওইবদো, মসিস্থু অতুম্মক মওই। অতৈ কনাগুম্বা অমনা নংগুম লাইয়েকপা হৈতব-সিদি অরাবগী মশক্লি।"

মেহে। হায়রিবত্থুনা অচুম্বা ওইরবদি, রাগদৌরিবসিরু করিগীনো ?

মতি। কনাগুম্বা অমনা নংগুম লাইয়েকপা হৈরম্লবদি, নংগী শক্তম অসিগী ফীদম লাক্তুনা থম্বা ঙম্লমগদবনি।

মেহে। কব্বরগী লৈপাক্তা শকসিগী ফীদম অত্থম লৈজগনি।

মেহের-উন্নিসানা রা অসি খরা চীংলেম্লপ তৌনা হায়।

ম। ইনাও ইবেম্মা! ঙসিসি থরাই কয়া নুংঙাইতনা উববু করিগীনো ?

মেহে। কদাইদা নুংঙাইত্রবগে! অত্থবু নহাক হয়েং অযুক্তি ঐবু হুন্দোক্লম্লগা চৎথনি হায়বসি করম্না কাওসিগে ? নোংমা নিনি-দংগা লৈথত্থুনা ঐখোয়বু খরদসু মনুংঙাইহল্লমখো কৈদোগে ?

ম। নুংঙাইববু পামদবা কনানো ? চত্তববু য়ারবদি ঐ করিগী চৎলুদগে ? অত্থবু ঐদি মীখাপোনবীনি, করম্না পাক হেক লৈথোকপা য়াগদগে ?

মেহে। ঐবু নহাক নুংশিরক্তবননি, নুংবু নুংশিরবদি করি-গুম্বা পাম্বে অমা তৌত্থুনা লৈখিগদবনি। লাকপদি য়ারগা লৈবদি করিগী য়ারোইদৌরিবনো ?

মতি। ঐদি রারি পুম্নমক তমথ্রিবত্থুনি। ঐগী ইবুংত্থু মোগল লান্মীগী লুচিংবনি—মহাক উরিষ্যাদা পাঠানশিংগা লান্থেংনবদা খুৎলাইনা শোক্তুনা য়াম্না শাথীরুরে। ঐহাক মাগী অশোকপা পাওসি তাবদা বেগমদগী য়াথং লৌত্থুনা মাবু য়েংবা চৎলুবনি।

উরিষ্যাদা য়াম্না কুইনা লৈথোক্লক্লে, অসিদগী অমুক পন্থবদি চুমদ্রে। নংগা উনদবা ওস্থোকনা কুইরে হায়তুনা হুমিং নিনিঙং পন্থরবনি।

মেহে। বেগমদা কৈদৌউডে হল্লকনি হায়না অরেক্পা খংহল্লম্বগে?

মতিবিবিহু, মেহের-উন্নিসানা মাবু লওনরিবনি হায়বসি ভাব তারে। নিংথিবা রাঙাংদা অতুন্নদি ওইরগা তিঙশোক্লা লওনবদা মেহের-উন্নিসানা হৈ-শিংবগুম মতিবিবিদি হৈতে। মহাক্না থুম্লকই, "হু মং লেপ্লহুনা থা অহুমগী লম্বেলবু হঙ্গং-হন্দা চৎপা উম্বা হৌনবরা? অতুবু ওস্থোক্লা য়ামনা থিস্থথোকখ্রে. মসিদগী অমুক থিন্থরবদি হুংঙাইতবা পোকপা য়াই।"

মেহের-উন্নিসানা মহাক্কী তাইবং শুমহৎপা মীনোক্তু নোক্লহুনা হায়রকই, "কনাগী হুংঙাইতবনোনে চিংনরিবতুবো, যুবরাজগীরা নত্রগা মাগী বেগমগীরা?"

মতিনা হাইরপ মথরাই হুংঙাইতনা হায়রকই, "ইকাই খংদ্রবী-সিবু করিগী ইকাইবা ফংহন্নিংলিবনো? মবানিমক্না হুংঙাইতবা য়াই।"

মেহের। অতুবু ঐনা খংনিংলিবদি—নহাক নশামক্না বেগম হায়বা মিংথোলসি লৌদ্রিবা করিগীনো? ঐনা তাবদি, কুমার সেলিমনা নংবু লুহোংলগা খাস বেগম হাপ্লনি হায়: মতুনা কয়া য়াম্না রাৎলি?

ম। ঐদি মীথাত্তা পোল্লরুবীনি। ইনিংতম্বা মচেৎ অমতং লৈজবসি করিগীদমক্তা মাঙহল্লুগদগে? বেগমগী লোয়নবী ওইবনা ইরাই লাইনা উরিষ্যাদা লাকপা ওম্মীবনি, সেলিমগী বেগম ওইরম-লবদি কদাইদনো ওমগদবা?

মে। দিল্লীশ্বরগী অথোইবী মহারাণী ওইগদৌরিবীনা উরিষ্যাদা লাকপগী মরমসিবু করিগীনো ?

ম। সেলিমগী অথোইবী মহারাণী ওইগনি হায়বগী অরাংবা রাখলহু, কৈদৌঙ্গুংদসু পোক্লদে। হিন্দুস্থানগী লম অসিদা মেহের-উন্নিসাতনা দিল্লিশ্বরগী থম্মোইগী মবেম্মা ওইবদা মতিক চাবীনি।

মেহের-উন্নিসা মরাই লৈদা লুকখ্রে। ঙহাক তুমিন্না লৈরুরগা হায়রকই, "ইবেম্মা ! নংনা হায়রিবসি ঐবু অরাবা পিগে নত্রগা ঐগী পুক্নিং থংগে হায়তুনা হায়রিবনি হায়বা ঐ থাজদে। অতুবু ঐনা নঙোন্দা নিজরিবদি, ঐ অসি শের আফগানগী নুপীনি, ঐহাক শের আফগানবু থরাই হকচাং য়াওনা সেবা তৌজরিবীনি, হায়বা রাফম-সিমতং কাওবিবা লৈতনা রা ঙাংবিয়ু।"

ইকাইখংদবী মতিবিবিদি মীচৈ অসিদা থোইনা হুংঙাইতবা পোক্তে, হেন্না খুদোং চাবতুম ফংলে। মানা হায়রকই, "নং অসি নপুরোইবদা থরাই কৎলবীনি হায়বা ঐ মুন্না খংই। মরম অতুনা লৌশিং তৌতুনা রাফমসি নঙোন্দা কাংথোকপা ঙম্মীবনি। সেলিমনা হৌজিক ফাওবা নংগী ফজবা শক্তমতু কাওবা ঙমদ্রি, মসিনি ঐনা নঙোন্দা তাকনিংবা। চেকশিন্না লৈয়ু।"

মে। ঐহাক ভাব তারে। অতুবু করিগীনো চিংনগদৌরিববো ?

মতিবিবিনা হাইফেৎ ইঙা ইঙা তৌরগা হায়রকই, "লুখ্রা ওইবগী চিংনবা।"

রা অসি হায়রগা মতিনা মেহের-উন্নিসাগী মাইথোংদা চিংনা য়েংতুনা লৈরক্লে, অতুবু অকিবা অমদি হরাওবগী খুদম মচেং অমা

ফাওবা উবা ঙংদে । মেহের-উন্নিসানা নাপলগা লোয়ননা হায়রকই, "লুপ্পা ওইবগী চিংনবা ! সের আফগানস্থ মশা কনবা ঙমদবা মী নত্তে । অদুগী মথক্তা আকবর শাহগী লৈবাক্তা মামক্কী মচা ওই-তুনস্থ মরাল লৈতবা মী মথরাই মাঙহল্লবদি লেম্না কৈদৌঙ্গুংদস্থ তোক্লোই ।"

ম । অচুম্বমকনি, অদুবু হৌজিকমক্কী আগ্রাগী পাওদি আকবর শাহ নোঙ্গাখ্রে । সেলিমনা সিংহাসন কারে । দিল্লীশ্বরবু নমথবিগদবসি কনানো ?

মেহের-উন্নিসাদু অতৈ থোইদোকপা অমুক তাবা লৈত্রে । মশাপূম্বদু কোকচাওবী কাখিত্না তনিক তনিক্লক্লে । অমুক তন্না মাইথোং লৈখা তমগ্রে, মিৎস্না অনিদা পিগী ইরা শিন্থরক্লে । মতি-বিবিনা হংঙকই, "করিগী কপ্লিবনো ?"

মেহের-উন্নিসানা সুংশাস্বর মপী হোল্লগা হায়রকই, "সেলিমনা ভারতবর্ষগী সিংহাসনথক্তা, ঐনা কদাইদা ?"

মতিবিবিনা নিংবা থুংলে । মহাক্না হায়রকই, "নং ঙসি ফাওবা যুবরাজবু পুম্নকাও কাওবা ঙমত্রিবোইরে ?"

মেহের-উন্নিসানা হিক্লবা খোম্থাংদা হায়রকই, "কনাবুনো কাওগদবা ? ঐ ইশাগী থরাইসিবু কাওখিবদি য়াই, অদুগা যুব-রাজবুদি কাওবা ঙমগদবা লৈতে । অদুবু তাও ইবেম্মা ! খংহৌদনা পুক্নিংগী পোরোল হাংদোকখ্রে, অদুনা রাফমসি নহাক খংখ্রে ; অদুবু ঐবু হাংপা পাপ পুগদবনি, রাফমসি নাকোং অনি শুহল্লবদি ।"

মতিবিবিনা হায়রকই, "কৈদৌনা শুহল্লুগদগে ? অদুবু

সেলিমমা ঐ বৰ্দ্ধমান য়ৌরুই হায়বসি তাবদা শোইদনা মাগী মরমদা মেহের-উন্নিসানা করি করি হায়রকই হায়না হংগনি। মতমতুদা ঐবু করি থুম্মুগে ?”

মেহের-উন্নিসানা ওহাক খল্লগা হায়রকই, “অসুন্না হায়য়ু, মেহের-উন্নিসানা থম্মোইহুংদা মাবু নিংজতনা লৈগনি। কান্নগদবা লৈরবদি মাগীদমক মথরাই ফাওবা কৎথোকপা ওমগনি। অতুবু কৈদৌনুংদসু মহাক মশাগী ইকাই খুন্নবদি থাদোকপা ওল্লোই। মনাই হুপীগী মপুরোইবনা হিংলিঙৈদা কৈদৌনুংদসু দিল্লীশ্বরদা মশক উৎলোই। অতুগা করিগুম্বা দিল্লীশ্বরনা মাগী মপুরোইবগী মথরাই লৌরবা, অদু ওইরবদি মপুরোইবা হাৎপা মীগা মহাক মপোকসিমগী অমুক উন্নরোই।”

অসি হায়রম্মগা মেহের-উন্নিসাগী মফমতুদগী হৌগত্তুনা চৎখ্রে। মতিবিবি চঙকুনা লৈহোরে, অতুবু মঙ্গলদি মতিবিবিনা ওইহোরে। মেহের-উন্নিসাদি খুজিন মফৈ অমা ফাওবা থংবা ওমখিদ্রে। তুংদা মশাগী মরোশিংতনা দিল্লীশ্বরমকীসু ঈশ্বরী ওইখিবী, মহাক্তু ফাওবা মতিবিবিগী মফমদা মায়থিগ্রে। মতুগী মরমদি, মেহের-উন্নিসানা হুংশি-ইপোম লাংবীনি, মতিবিবিনা মফমসিদা মশাগী ওইজবতা থিবীনি।

মীওই-পুক্লিংগী অঙকপা শাজৎ মতিবিবি য়াম্না নিংথিনা থংই। মেহের-উন্নিসাগী রাফম অসুম নৈনরগা মহাক্না মপুক্লিংদা লেপখিবা থবক্তু মতমগী মতুংইন্না শোইদনা অতুম্মক থোক্লকই। মহাক্না থংখি, মেহের-উন্নিসা থাক্লৈশেংমমক জাহাঁগীরগী হুংশি ইথৌ লাংবীনি;

অছুনা মুপীগী হৌনশা হৌজিক পংঙাং ঙাংজরবসু, লম্বীকু কাংলরুবদি মপুক্লিং কাজিনবা থক উন্নক্লোই। বাদশাহগী নিংবা শোইদনক থুংখিগনি।

মপুক্লিংগী ব্লারেপ অসিনা মতিবিবিগী নিংলম্বা রাখল পুম্বা মরু ফংনা মাঙখ্রে। অছুবু মসিদা মতিবিবিছু থাজৈমক শেংনা ব্লাম্বা হেক্তা ব্লারবী হায়বছুমা ওইরবরা? মছুদি ওইদে। অহোইনছুম হাইফেৎ নুংঙাইবা অমা ফাওরক্লে। করি মরমদগী অমুম্বা ওইথোক্কবা হরাওবসি পোক্লক্লিবনো হায়বছু, অহানবদা মতিবিবি মশামু খংজ-রমদে। মহাক আগ্রা তম্না খোংশাল্লক্লে। লম্বীদা নুমিৎ কয়ানি হোৎখ্রে। নুমিৎ কয়ানিসিগী মন্নুংদা মহাক মপুক্লিংগী ব্লাফমছু খংজরক্লে।

---

৪ শুবা মতাং

# নিংথৌগী শঙ্গাইদা।

"পত্নী ভাবে আর তুমি ভেব না আমারে।"

—বীরাঙ্গনা কাব্য।

মতিবিবি আগ্রা য়োরক্লে। হৌজিক মাবু মতিবিবি হায়না কৌরুবগী কান্নফম লৈত্রে। নুমিৎ খরনিগী মন্নুংদা মাগী পুকচেল খোইজেল পুমহোং হোংখ্রে।

জাহাঁগীরগা মাগা উন্নরে। জাহাঁগীরনা মাবু মমাংঙৈগুম লুনা চান্না তৌছুনা মবুংগী মপাও অমসুং লম্বীদা করম করম তৌবা হায়ব-নচিংবা হংলক্লে। লুৎফ-উন্নিসানা মেহের-উন্নিসাদা হায়খিবছুমক থোক্লে। অতৈ অতৈ ব্লা কয়া ঙাংনরবগী তুংদা বর্দ্ধমানগী ব্লা

তারহুনা জাহাঁগীরনা হংঙকই, "মেহের-উন্নিসাগী মনাক্তা হুমিৎনিনি লৈরকই হায়রবদি মেহের-উন্নিসানা ঐগী রা করি করি হায়রকই ?" লুৎফ-উন্নিসানা লৌথুপ-লোকোই লৈতনা মেহের-উন্নিসানা হুংশি-রিবগী মতৌ উরকপহু তম্লে। মহু তাবদা বাদশাহ তুমিন্না লৈখ্রে; মহাক্কী মকা লাম্লবা মিত্তুদা পি মরিক অমা অনি শিম্বরক্লে।

লুৎফ-উন্নিসানা হায়রকই, "জাহাঁপনা! ননাই-হুবীনা অকবা পাওদি পুজরক্লে। অহুবু হৌজিক ফাওবা ননাইহুবীনা করিগুম্বা মনা ফংজনবগী য়াথংদি তাকপিদ্রি।

বাদশাহনা নোক্লহুনা হায়রকই, "বিবি! নহাক্কী অপাম্বসিদি লোই-খম্বা নাইদে।"

লু। জাহাঁপনা! ননাইগী করি মরাল লৈগ্রদনা!

বাদ। দিল্লীগী বাদশাহবু ননাই ওইনবা শিন্নরে; অহু ফাও-বদা মনা অমুক পাম্লি?

লুৎফ-উন্নিসানা নোক্লহুনা হায়রকই, "নুপী ওইবীগীদি অপাম্বগী অপাম্বা ডাক্তনি।"

বাদ। করি অমুক পাম্লক্লবগে?

লু। হান্না স্নায়াথং তাকপিখো, ননাইনা নিজরিবসি পিন-বিনি হায়না।

বাদ। নিংথৌগী থবক্তা অকায়বা থোক্ত্রবদি—

লু। (নোক্লহুনা) অমতংগী দমক্তদি দিল্লীশ্বরগী থবক্তা অকায়বা লৈরোই।

বাদ। অহু ওইরবদি য়ারে,—করিনো অপাম্বহু তারসি।

লু। পাক্কজরিবদি, ঐ লুহোংজরগে অসিনি।

জাহাঁগীরহ্ হৌনা নোক্লক্লে। হায়রকই, "মসিদি পুম্নৌ-নৌবা অপাম্বমক্লি। হায়ন-শীঙনবদি কনাগুম্বা লৈরবরা ?"

লু। লৈজরে। স্না য়াথং ঙাইজবতা মঙাইরে। নিংথৌনা য়াবিরে হায়বহ্ থংহন্দ্রবদি হায়ন শীঙনবা অমতা অরেপ্পা ওইবা য়াদে।

বাদ। ঐগী য়াথং লৌবগী করি কান্নফম লৈবগে ? কনাবু মুংঙাইবগী ইপাকসিদা তাওহল্লগে হায়না খল্লক্লবগে ?

লু। ননাইগবীনা দিল্লীশ্বরগী থৌগল ফংজেদি হায়ববু পুক্নিং অনি লোঙবীদি নচ্চদে। ননাইগী লৈজবা ইপুরোইবহ্মকা লুহোং-জগে হায়না য়াথং নিজরিবনি।

বাদ। অহ্ ওইরে ! অহ্দি লিরিবা ননাইসিমগীদি করি দশা তাহৌরনি ?

লু। দিল্লীশ্বরী মেহের উন্নিসাদা শিন্নজরমগনি।

বাদ। দিল্লীশ্বরী মেহের-উন্নিসা হায়বদি কনানো ?

লু। ওইরক্কদৌরিবদো।

জাহাঁগীরনা খল্লকই, মেহের উন্নিসানা দিল্লীশ্বরী ওইরগনি হায়বসি লুৎফ-উন্নিসা থাঙ্গেশেংনমক খঙলে। মরম অহ্না মানা নিংজবহ্ থুংদ্রে হায়হ্না নিংথৌগী পলদগী নিংবা কায়না নাম্থোক-হৌরগে হায়না শীল্লিবনি।

ভাবসি তারহ্না জাহাঁগীরহ্ মথরাই মুংঙাইতনা তুমিন্না লৈদ্রে। লুৎফ-উন্নিসানা হায়রকই, "মহারাজগী স্নাপুক্নিংদা ননাইনা থৌরাংজরিবসিবু য়াবিনিংদবরা ?"

বাদ। ঐ য়ানিংদবা লৈতে। অদুবু হাম্নগী নপুরোইবগা অমুক লুহোংফম্নু করি লৈরিবগে ?

লু। তাঞ্জা চাখিদবনা অহানবা লুহোংবদদি ইপুরোইবনা মাগী মুপীনি হায়না লৌবিখিদ্রে। হৌজিক্তি জাহাঁপনাগী মনাইমুপীবু লংথোকপিবা ওম্নরোই।

বাদশাহহু রাঙাংহুদা নোক্না নোক্না চীং-লেম্নক্লে। হায়রকই, "চান্নবী! নঙোন্দা ঐনা পিরোইদবা করিমতা লৈতে। নংনবু মত পান্নবদি, অপাম্বহুমক তৌ। অদুবু ঐবু থাদোক্তুনা চৎকদৌরিবসি করিগীনো? নোংথক অমতদা মুমিৎ থা অনিমক থোকমিন্নদ্রা ? লৈথোক অমতদা লৈরাং অনি শাৎমিন্নদ্রা ?"

লুৎফ-উন্নিসানা মমিৎ লাওরপ তৌনা বাদশাহবু মুন্না য়েংলগা হায়রকই, "অপিকপা লৈরাংশিংদি মশাৎলি; অদুবু মথোক অমতদা থম্বাল অনিদি থক শাত্তে। মহারাজগী লংলবা সিংহাসন মখাদা করিগী তিংখং ওইহুনা লৈখিগদগে ?"

লুৎফ-উন্নিসাহু মাগী লৈফমদা হনখ্রে। মহাক্কী অসিগুম্বা রাখলসি কৈদৌবদগী পোক্লক্লিবনো হায়বহুদি মহাক জাহাঁগীরদা হায়দোক্তে। ভাবনা শাহুনা থংনবা য়াবা শরুক্তুদং জাহাঁগীরসু থংহুনা ভুমিন্না লৈখ্রে। মহুংগী অরোনবা ব্রারোলদি করিমতা থংখিদ্রে। লুৎফ-উন্নিসাগী থম্মোইদি মুওনি। সেলিমগী মুজা-পুক্লিং শুমহৎপা নিংথৌগী মডালনফাও কৈদৌনুংদা মাগী থম্মোই শুমহৎপা ওমদে। অদুবু হন্দক্তি মুঙমনুংদা তীল চংখ্রে।

---

## ৫ শুবা মতাং
# মশাগী লৈফমদা ।

"জনম অবধি হম রূপ নেহারনু নয়ন না তিরপিত ভেল ।
সোই মধুর বোল শ্রবণহি শুনলু শ্রুতিপথে পরশ না গেল ॥
কত মধুযামিনী রভসে গোঁয়াইনু না বুঝনু কৈছন না কেল ।
লাখ লাখ যুগ হিয়ে রাখনু তবু হিয়া জুড়ান না গেল ॥
যত যত রসিক জন রসে অনুগমন অনুভব কাহু না দেখ ।
বিদ্যাপতি কহ প্রাণ জুড়াইতে লাখে না মিলল এক ॥"

লুৎফ-উন্নিসানা মাগী লৈফমদা লাক্লগা মাইথোং মকা লান্না পেষমনবু কৌরহুনা ফীজেৎ লৈতেং পুন্নমক লোথোক্লে । শনা মচুগী লৈরোং কয়ানা হৎলবা ফীজোন অহু হোংদোক্লগা পেষমনদা হায়রকই, "ফী অসি নং লৌজরো ।"

মসি তাবদা পেষমন হায়রপ ওকই । ফীজোন্দু মমল য়ান্না চংনা হন্দক্তা নোনা তুবনি । মানা হায়রকই, "ফীজোনসি ঐঙোন্দা করিগী পিরিবনো ? ওসিগী পাওবু করিনো ?"

লুৎফ-উন্নিসানা হায়রকই, "য়ান্না ফবা পাওনি ।"

পে । মহুবুদি খংলে । মেহের-উন্নিসাগী মরমদা চিংনবহু কোক্লব্রা ?

লু । কোক্লে । হৌজিক্তি মহুগী মরমদা করিমতা চিংনবহু লৈত্রে ।

পেষমননা য়াম্না হরাওবা মতৌ তৌরহুনা হায়রকই, "অহুদি হৌজিক ঐ বেগমগী মনাই হায়বহু ওইরেদনা ।"

লু। নহাক বেগমগী মনাই ওইনিংলবদি, ঐ মেহের-উন্নিসাদা হায়বিগে।

পে। করিনো হায়রিবহ্নবো? ইবেম্মনা হৌজিক্তা, মেহের-উন্নিসানা বাদশাহগী বেগম ওইবগী আশা লৈত্রে হায়খিবদাইনে।

লু। ঐদি অহুম্বা রাদি হায়খিদে। ঐনা হায়বদি, মহুগী মরমদা ঐগী চিংনবা লৈত্রে হায়বনি।

পে। করিগী চিংনবা লৈত্রিবনো? ইবেম্মনা আগ্রাগী অমতা ঙাইবী মবেম্মা হায়বহ্নবু ওইদ্রবদি, পুন্নমক অরেম্বদা তারে।

লু। আগ্রাগা মরী অমতা থম্লরোই।

পে। করিনোনে? ঐ করিমতা ভাব তাদ্রে। অহুদি ঙসিগী অফবা পাওনি হায়বহ্ করিনো, শুগাইনা অহুক তাকপিরো।

লু। অফবা পাওহুদি অসিনি, ঐহাক লুন্সি অসিমগীদমক আগ্রা থাদোক্তুনা চৎলবনি।

পে। কদাইদা চৎকদৌরিবা?

লু। বাঙ্গালাদা চৎলগা লৈরুরনি। খুদোং চারগা কনাগুম্বা অচৌ অশাং অমগী য়ুমগী মবেম্মা ওইরুরনি।

পে। ফাগীগী রাঙাংসিগুম্বদি অমুক্তস্থ তাখিদ্রে, অহুবু হেক তাবদা কোকচাওবী ফুং কায়।

লু। ফাগী নত্তে। ঐহাক থাঙ্গেশেংনমক আগ্রা থাদোক্তুনা চৎলগদবনি। বাদশাহদগী বিদায় লৌহুনা লাক্লবনি।

পে। অস্থুক ফত্তবা রাখলসিদি কৈদৌবগী পোক্লক্লিবা?

লু। ফত্তবা রাখল নত্তে। মতম শাংনা আগ্রাদা কোয়রক্লে,

তেনজিন্দগী পাইথোরকপা মৈ-চবুম্না কোয়শিল্লবগুম খল্লক্লে। নিংথৌ, কোম্নুং, সিংহাসন, পুম্নমক হুন্দোক্লমহুনা মুংশি-চেংলৌ উননবগীদমক্তা চেল্লক্লে। মানা মুংশিজরিবা মীশক্তি নবকুমারনি।

মরম অসিদগী লুৎফ-উন্নিসানা মেহের-উন্নিসাগী আশা কায়বা রাঙাং তাহুনস্থ মথরাইদা মুংঙাইতবা পোকখিদে; মরম অসিদগী আগ্রাদা লাক্লগা মরল-মথুম খোমজিন্নবা থৌরাং তৌখিদে, মরম অসিদগী মহাক মপোকসিমগী বাদশাহগী মফমদগী বিদায় লৌখি।

লুৎফ-উন্নিসা সপ্তগ্রামদা লাক্লে। শোরোক অচৌবগী মনাক অহুরাইদা নগর মমুংদা দোলাল অমথক লৌহুনা মহাক লৈরে। শোরোক্তুদা চৎপা মীশিংনা উরক্লে, ইখং খংহৌদনা দোলাল অহু মমল-য়াম্লবা ফীজোম্না লৈতেংলবা মীনাই-মুপী-নিপানা থনথ্রে। কা কা খুদিংদা লেতেংলিবহু পুক্লিং হুনবগী মশক্লি। মনম মুংশিবা পোৎ, মনম মুংশিবা ঈশিং, লৈ মপে মপেনা কোইথুং থুংনা পুক্লিং ইরাং হৌহনথ্রে। সনা, লুপা, শামু ময়ানা হৎলবা য়ুমগী লৈতেং কয়া কয়ানা মফম পুন্নমক্তা ইরং লংহল্লি। অসুম্না লৈতেংলবা কা অমদা লুৎফ-উন্নিসানা মমাই লুকথরহুনা ফম্লি; অতোপ্পা ফম্ফম অমদনা নবকুমার ফম্লি। সপ্তগ্রামদা নবকুমারগা লুৎফ-উন্নিসাগা অমুক অনিরক উম্নথ্রে; মহুদা লুৎফ-উন্নিসাগী মপুক্লিং কদাই য়েৌনা থুংখ্রবা হায়বহু ঙসিম্নী ম্নারিসিনা তাক্কনি।

নবকুমারনা ঙহাক ভুমিন্না লৈরগা হায়রকই, "অহুদি ঐহাক হৌজিক চৎলগে। নং ঐবু অমুক কৌরক্লগনু।"

লুৎফ উন্নিসানা হায়রকই, "চৎখিনু। ভাইহাক্তা ভাইখো। ঐনা হায়রগদবা রা লোইদ্রি।"

নবকুমারহু ভাইহাক অমুক পম্বরে, অদুবু লুৎফ-উন্নিসাদি রা মচেৎ অমাফাওবা ভাংলক্তে। ঙহাক লৈরগা নবকুমারনা হংলকই, "করি হায়খিগদবা লৈ?" লুৎফ-উন্নিসাহু করিমতা খুম্লক্তে—তুমিন্না কপ্পুনা লৈরে।

নবকুমারনা মহু উরদুনা চৎকদবগী হৌগৎলক্লে; তাঞ্জাদুদা লুৎফ-উন্নিসানা ফীজি মতোন পায়দুনা য়াম্নরক্লে।

নবকুমারনা হাইফেৎ খোইরাং খোইশাওরদুনা হায়রকই, "করিনো হায়গদবা হায়রোদনা?"

লুৎফ-উন্নিসানা হায়রকই, "নহাক করি পাম্বগে? পৃথিবীসিদা নংনা অপাম্বা পোৎ অমত্তা লৈত্রবরা? লল, মিংচৎ, মুংশিবা, হরাও-ভয়াম, পৃথিবীদা মুংভাইবনি হায়নরিবা পূম্নমকসি পীগে; ঐহাক মতুগী মহুৎ করিমতা পামজদে চুম্নগী ননাইমুপী ওইজবতা পাম্মা। নংগী য়ুমগী মুপী ওইবগী চাওথোকচবহুস্ পামজদে, চুম্নগী ননাইমুপী ওইজবতনি।"

নবকুমারনা হায়রকই. "ঐদি লাইরবা ব্রাহ্মণি, মপোকসিমা লাইরবা ব্রাহ্মণ ওইদুনা অদুম্মক লৈজগে। নংনা পিবা লল-থুম লৌদুনা যবন নিংভোলগী মরুম্বী ওইবদি ভম্লোই।"

যবন নিংভোলগী মরুম্বী!—নবকুমারহু হৌজিক ফাওবা খংদ্রি, মুপীসি মাগী মুপীনি হায়বা লুৎফ-উন্নিসা মরাই-লৈদা লুকপ্রে নবকুমারনা মাগী খুবাম্মুংদগী ফীজি অহু চিংথোক্লে। লুৎফ-উন্নিসানা

লুৎফ-উন্নিসানা ফম্লিবা মফম অত্থ্রাইদা, ইলেপ লেপ্তুনা খোম্থোক অমতদা ঙাংবা মীগী খোঞ্জেল অমা তারক্লে। লেপখত্তুনা কোইয়েং য়েংবদা, উন্নুংত্থদা মৈঙাল অমা উরক্লে। লুৎফ-উন্নিসাগী থৌনাদি নিপা মরায় অমদগী হেল্লি, মৈঙাল উরিবা মফমদোমদা চৎপা হোৌরক্লে। অহানবদা উ-মরুম অমদগী করিনো হায়বত্থ য়েংই। মহাক্না উরে, মৈঙাল অত্থ হোমগী মৈঙালনি, তারিবা খোঞ্জেল অত্থনা মন্ত্র থীবগী খোঞ্জেলনি। মন্ত্র অস্তুম থীথরকপদা রাহৈ অমখক্তংদি খংই, মত্থ মী অমখক্তী মমংনি। মমিংত্থ হেক তাবদা লুৎফ-উন্নিসানা হোম তৌরিবা মীত্থগী মনাক তান্না চংশিল্লক্তুনা ফম্লরে।

হৌজিক মহাক মফমত্থদা ফমত্থনা অত্থম লৈখিসন্থ, পাবিরিব-শিংনা, মতম ফনা শাংনা, কপালকুণ্ডলাগী মপাও তাবিখিত্রে, হৌজিক অমুক কপালকুণ্ডলাগী মপাও তাবা মতম ওইরক্লে।

---

মরিশুবা শন্দুশ

## অহানবা মতাং

# ভূস্কম কাদা।

"রাধিকার বেড়ী ভাঙ্গ এ মম মিনতি।"

—ব্রজাঙ্গনা কাব্য।

লুৎফ-উন্নিসানা আগ্রাদা চৎপা অমসুং মফম অতুদগী সপ্তগ্রাম তান্না লাকপা অসি চহি অমরোম হৌখ্রে। কপালকুণ্ডলাহু চহি অমা হেন্না নবকুমারগী য়ুমগী মুপী ওইহুনা লৈরক্লে। য়াচংলকপা মতমদা লুৎফ-উন্নিসানা উমংদা চৎখিবা মুমিত্তুদা, কপালকুণ্ডলাদি রাখল লম্ফেননা মাগী ভূস্কম কাদা ফমহুনা লৈ। পাবিরিবশিংনা সমুদ্র মপান্দা মশম-মন্না ইফা ফাবী ফীজেৎ-লৈতেংদবী ওইনা উবিখিবা কপালকুণ্ডলাহু, হৌজিক্তি নত্রে। শ্যামাসুন্দরীনা হায়খিবা তুংগী রাহু অচুম্বা ওইরে; স্পর্শমণিনা শোকপদা লাইনিংবীনা য়ুম্বানবী ওইখ্রে। হৌজিক্তি মশীংলাকঙমদ্রবা মুনা লংলবা লীল মপৈগুম্বা চোইজাইনরম্বা শমলাংশিং অহু তুংলোমদা চাওরবা বেনী ওইনা লোনখ্রে। বেনীসু খুৎলোন হৈবীনা লোনবগুমখ্রে, শম মহাৎকী ফজনবা কুপ্পা শেম্বা মওংদসু শ্যামাসুন্দরীগী হৈশিংবা খুৎশেমগী খুদম উবা ফংলক্লে। লৈরাং পরেংসু চিংখদ্রে, মাইকৈ মরিদা লুহুপকী তারকপা মকোয়গুম বেনীবু কোয়শিল্লি। বেনী লোনবদা য়াওদবা শম্লাংগী শরুক্তু, কোকতোন্দা ইফা ফানা লৈবসু নত্তে, খোইতক পিক্তক অমুবা ইথক পরেংগুম লৈতেংহুনা লৈ। মাইথোংহু হৌজিক শম্লাংলক্তা তংখাই-লোৎপী নত্রে; মঙালতনা পুম্নং লংগ্রে; পুনবদগী

মতুগী মহৈদি কদায় ? নুংঙাইবগী ইখৌলাংবসি অডাং ওইরিডৈদগী য়াম্না কম্না ফাওরকই। ইখৌলাংবতু কোক্কবা বঙ্গদেশ থাদোক্তুনা মফম অসি তাগ্না লাক্লে। রত্ন অসি লৈ-ননবগীদমক ঐনা হুন্দবা মমল লৈরিব্রা ? করম্বা ফত্তবা থবক তৌখিদবা য়াওরবগে ? ঐনা নিংলিমা অতুতা থুংননবা হোৎনরকপদা, ঐনা ফংখিদবা পোৎলম করি য়াওই ? পোৎ-চৈ লন-থুম ইকাইখুম্নবা, মিংচৎ, ইহৈ-ইশিং নিংথিবা গুণ পূম্নমক মরাং কায়না ফংলে। অতুবু অসুক য়াম্বসিনা করি কান্নরি ? ঙসি মফমসিদা ফমতুনা, হৌখিবা নুমিৎ পূম্বা পুক্লিংদা মথং মথং অসুম নিংশিংলগা হায়বা ঙম্মি, নোংমতংফাওবা নুংঙাইবা হায়বতু ওইখিদে, মিকুপ অমতং ফাওবা কৈদৌন্নুংদা নুংঙাইবা হায়বতু ফংখিদে। কৈদৌঙৈদসু অপেনবা পোকখিদে। খোরাংবতমক মহেনগৎলকই। হোৎনরবদি লন থুম কয়া, মিংচৎ কয়া তানশিন-খিবা ঙমগনি ; অতুবু করি কান্নগদগে ? ময়াম অসিনা নুংঙাইবা হায়বতু ওইরবদি, অসুক কুইবদা নোংমতংদা ওইরবসু নুংঙাইবা ফংলমগদবনি। নুংঙাইবগী ইখৌলাংবসিদি চিংদগী ইহৌরকপী ইফুৎ মচাগুম্বীনি—অহানবদা অমকপা পক্তনা ইচেল পিক্লা অচিকপা লমদমদগী চেন্থোরকই, মশাগী ইরোন্নুদা মশা মথন্তা লোৎচতুনা লৈ, কনামতনা খংবিদে ; মথন্তমক ত্রোং ত্রোং লাওজৈ, কনানসু তাবিদে। অতুদগী চৎশিন চৎশিনলক্লগা মশাতু অসুম অসুম চাওথোরকই, নৈবসু অসুম হেজিল্লকই। মতুতসু নত্তে, করিগুম্বদসু নুংশিৎ ইরোয়নরকই ইথক কারকই, লাইরেন কুম্ভীরনচিংবা লৈরকই। অতুদগী মশা চাউবতু অসুম হেনগৎলকই, লৈনাং থাংবসু অমুক হেজিল্লকই, থুমহি

লৈখিসনু, মথং মথং ময়োলদগী মপান্থীগী শক্তম অস্থুম ওইখৎলকই। ঙসিদি উপালহু কাপমুক্তা মরাংই, কনাগুম্বনা উৱবস্থু উদবগুম তৌই। অহুদগী শন্না মকৈ মকৈমুক্তং হেনগৎলকই। মতুংদা উপালহু খুহুপ মখাই, খুহুপ অমা, খুহুপ অনি অস্থুন্ন. অস্থুম রাংখৎলকই; অহুমকপু অহুনা কন্নিগুম্বা কান্নগদবা মরম লৈত্রবদি কনানস্থু য়েংরিক্কদে, উৱবস্থু উদবগুন্না লৈ। হুমিৎ, থা, চহি মথং মথং হৌজিল্লক্লবা তুংদদি মহাক অহু মিৎলমগী পোংশক অমা ওইরকই। অমুক মাবু থৌশারক্তবা শুপয়া য়ারক্তে—উপালহু মপুং ফানা চাওখৎলক্তুনা মাগী মরুমদা অতৈ পান্থী হৌরকই।

লুৎফ-উন্নিসাগী হুংশিবস্থু মতৌ অস্থুন্না হেনগৎলক্লমই। অহানবদা নোংমা ইখং খংহৌদনা হুংশিবা মীশক্তুগা হেক উনবা মতমহুদদি, হুংশি রাখল অহু পংকন-কন্না পোকখিদে। অহুবু খুদক্কদা ময়োলগী শক্তম লাকগ্রে—অহুদগী অমুক উনখিদ্রে। অহুবু উনদবা মতমহুদা হন্না হন্না মাইথোং অহু নিংশিংলকই, নিংশিং-লাইয়ুমদা মাইথোং অহু য়েকপনা খরা খরা হুংঙাইবগী মওং অমা পোক্লকই। মরূহুদা ময়োল চোংগ্রে শক্তমহুবু হুংশিবা পোক্লক্লে। পুক্নিংগী লোনচত্তি অসিনি, পুক্নিংদা রাখল তোয়না তৌবা থবক্তুমা, অপাম্বা হন্না হন্না পোক্লকই; মমৈথংদা থবক্তুদা মশীঞ্জাং অস্থুম ওইরকই; লুৎফ-উন্নিসাস্থু শক্তমহু অহিং হুংথিল নাইদনা খনবা হৌরক্লে। কন্না উনিংবা অমা পোক্লক্লে অহুগা লোয়ন লোয়ননা মহাক্কী হৌনশা অপাম-মিহৌবগী ইচেন্দুস্থু লাকঙম ফাঙমদবা ওইরক্লে দিল্লীগী সিংহাসন মিহৌবগী রাখল য়াংশিল্লক্লে। সিংহাসন অহু কামদেবগী

তেনজিন্দগী পাইথোরকপা মৈ-চবুম্না কোয়শিল্লবগুম খল্লক্রে। নিংথৌ, কোম্লুং, সিংহাসন, পুন্নমক হুন্দোক্লমতুনা হুংশি-চেংলৌ উননবগীদমক্তা চেল্লক্রে। মানা হুংশিজরিবা মীশক্তি নবকুমারনি।

মরম অসিদগী লুৎফ-উন্নিসানা মেহের-উন্নিসাগী আশা কায়বা রাগাং তাতুনসু মথর'ইদা হুংগাইতবা পোকখিদে ; মরম অসিদগী আগ্রাদা লাক্লগা মরল-মথুম খোমজিন্নবা থৌরাং তৌখিদে, মরম অসিদগী মহাক মপোকসিমগী বাদশাহগী মফমদগী বিদায় লৌখি।

লুৎফ-উন্নিসা সপ্তগ্রামদা লাক্লে। শোরোক অচৌবগী মনাক অতুরাইদা নগর মন্নুংদা দোলাল অমথক লৌতুনা মহাক লৈরে। শোরোক্তুদা চৎপা মীশিংনা উরক্লে, ইখং খংহৌদনা দোলাল অতু মমল-য়াম্লবা ফীজোন্না লৈতেংলবা মীনাই-হুপী-নিপানা থনখ্রে। কা কা খুদিংদা লৈতেংলিবতু পুক্লিং হুনবগী মশক্লি। মনম হুংশিবা পোৎ, মনম হুংশিবা ঈশিং, লৈ মপৈ মপৈনা কোইথুং থুংনা পুক্লিং ইরাং হোৎহনখ্রে। সনা, লুপা, শামু ময়ানা হৎলবা য়ুমগী লৈতেং কয়া কয়ানা মফম পুন্নমক্তা ইরং লংহল্লি। অসুম্না লৈতেংলবা কা অমদা লুৎফ-উন্নিসানা মমাই লুকথরতুনা ফম্লি ; অতোপ্পা ফম্ফম অমদনা নবকুমার ফম্লি। সপ্তগ্রামদা নবকুমারগা লুৎফ-উন্নিসাগা অমুক অনিরক উন্নখ্রে ; মতুদা লুৎফ-উন্নিসাগী মপুক্লিং কদাই য়োনা থুংখ্রবা হায়বতু ঙসিফৌ রারিসিনা তাকনি।

নবকুমারনা ঙহাক তুমিন্না লৈরগা হায়রকই, "অতুদি ঐহাক হৌজিক চৎলগে। নং ঐবু অমুক কৌরক্লগনু।"

লুৎফ উন্নিসানা হায়রকই, "চৎখিনু। ভাইহাক্তা ভাইখো। ঐনা হায়গদবা রা লোইদ্রি।"

নবকুমারনু ভাইহাক অমুক পম্বরে, অদুবু লুৎফ-উন্নিসাদি রা মচেৎ অমাফাওবা ভাংলক্তে। উহাক লৈরগা নবকুমারনা হংলকই, "করি হায়খিগদবা লৈ?" লুৎফ-উন্নিসানু করিমতা খুম্লক্তে—তুমিন্না কপ্পুনা লৈরে।

নবকুমারনা মনু উরবুনা চৎকদবগী ৎৌগৎলক্লে; তাঞ্জাদুদা লুৎফ-উন্নিসানা ফীজি মতোন পায়দুনা য়ান্নরক্লে।

নবকুমারনা হাইফেৎ খোইরাং খোইশাওরদুনা হায়রকই, "করিনো হায়গদবা হায়রোদনা?"

লুৎফ-উন্নিসানা হায়রকই, "নহাক করি পাম্বগে? পৃথিবীসিদা নংনা অপাম্বা পোৎ অমতা লৈত্রবরা? লল, মিংচৎ, সুংশিবা, হরাও-তয়াম, পৃথিবীদা সুংভাইবনি হায়নরিবা পুন্নমকসি পীগে; ঐহাক মদুগী মহুৎ করিমতা পামজদে চুন্নগী ননাইনুপী ওইজবতা পাম্মী। নংগী য়ুমগী নুপী ওইবগী চাওথোকচবদুসু পামজদে, চুন্নগী ননাইনুপী ওইজবতনি।"

নবকুমারনা হায়রকই, "ঐদি লাইরবা ব্রাহ্মণনি, মপোকসিমা লাইরবা ব্রাহ্মণ ওইদুনা অদুম্মক লৈজগে। নংনা পিবা লল-থুম লৌদুনা যবন নিংভোলগী মরুম্বী ওইবদি ভম্লোই।"

যবন নিংভোলগী মরুম্বী!—নবকুমারনু হৌজিক ফাওবা খংদ্রি, নুপীসি মাগী নুপীনি হায়বা লুৎফ-উন্নিসা মরাই-লৈদা লুকপ্রে নবকুমারনা মাগী খুবান্নুংদগী ফীজি অদু চিংথোক্লে। লুৎফ-উন্নিসানা

তন্না অমুক মাগী ফীজিন্থু পায়রতুনা হায়রকই, "ফরে মতু ওইরসন্থু। নোংদম্বনা মতুম্না তম্বিরম্লবদি, থম্মোইসুংগী নিংজবা পুম্বা মপাল নাইত্রবা ইরোম্নুংদা লুপহনগ্রগে। ঐ অতৈ করি অমুক পামজদ্রে, নহাক অমুক অমুক্তুংদদি লম্বী অসিদা চৎপিয়ু, ননাই মুপীনি খনবিতুনা অমুক্তুংদদি নশক্তু উহনবিয়ু, মিৎ অসিদদি পেলহজ্ঞগে।"

নব। নহাক যবন নিংডোলনি,—অতোপ্পগী মুপীনি—নংগা অসুম্না রারি শাবসিমকসু পাপকী মশক্তি। নংগা ঐগা অমুক হন্না উনররোইদবনি।

ডাইহাক তুমিন তুমিন্না লৈনখ্রে। লুৎফ-উন্নিসাগী থম্মোইসুংদা অকনবা নোং-মুংশিৎ শিৎখ্রে। সুংগী মুত্তিগুম সুংবংননা লৈখ্রে। নবকুমারগী ফীজি থাদোরক্লে। অতুগা হায়রকই, "চৎলো।"

নবকুমার খোঙ থাংদোরক্লে। খোংকাপ অহুম মরিদং থাং-দোরকপদা মডাইরি, অতুবু খংহৌদনা লুৎফ-উন্নিসাতু সুংশিৎনা হুমদেক্লবা উপালগুম মাগী খোংথক্তা তুথরক্লে। মপাম্বোম অনিনা খোঙ অনিতু কোনশিল্লতুনা থম্মোই শোক্লবা খোম্থাংনা হায়রকই, "সুংশিহৈতবা! ঐহাক নশুংলাংগীদমক্তা আগ্রাগী সিংহাসন থা-দোক্তুনা লাক্লবনি, নহাক ঐবু লংশেকপিবা তৌবিন্থু।"

নবকুমারনা হায়রকই, "নহাক অমুক হন্না আগ্রাদা চৎলো; ঐগী রাখল থাদোক্লো।"

"মপোকসিমগী ওইরোই!" লুৎফ-উন্নিসানা ফীংনা হৌগৎলক্তুনা নাপলগা লোয়ননা হায়রকই, "মপোকসিদা নংগী আশা কৈদৌসুংদা থাদোক্লোই।" মকোক থাঙ্গৎলতুনা মডক হাইফেৎ থেকলপ তৌনা

নবকুমারগী মাইথোং তন্না কোইরাওনবা মমিৎনা শংত্রীক মুন্না য়েং-লগা, নিংথৌ কয়া কয়াবু শুমহৎলবী মুজাহু লেপ্তুনা লৈরক্লে। লুকথবা হৈত্রবা নাপলহু থম্মোইগী মৈশানা শৌদোরক্তুনা, অমুক হন্না লংলবা মঙাল শন্দোরক্লে; ভারতপুম্বা ডাকপগী রাখলদফাও নাচুংবা পোকখিত্রবা লাকণ্ডমত্রবা থম্মোইগী পাঙ্গলহু অমুক হন্না মুংশি-রাখন্না শোম্বরবা হকচাং শীন্না শন্দোরক্লে। লাইবক্তা শিংলি পুন্নমক ফাও-গৎলক্তুনা ফজরবা লৈয়িগী পরেং উরক্লে; লংলবা মমিত্তু কোরৌ মঙাল য়েরবা সমুদ্রগী ঈশিংগুম ইরং লংখৎলক্লে; নাতোন নাকচি ফন্দোরক্লে। ইচেলদা ইরোইরিবী কাংডনা মাগী শাফুগা মাই-য়োক্লরিবা ইচেল তন্না চেপ্পপ তৌনা লেপ্পগুম, খোংনা নেৎথৎলবা লিল অমোম্না মহু কামথোক্লহুনা লৈবগুম,—রাখল মাঙলবী যবন নিং-ডোলহু মঙক হাইগত্তুনা লেপ্লক্লে। অহুগা হায়রকই, "মপোকসিমগী থাদোক্লোই, নহাক শোইদনমক ঐগী ওইগনি।"

অহুগুম্বী শাওরবী লিল অমোমগী শক্তমহু অসুম য়েংলকপদা নবকুমার অকিবা পোক্লক্লে। লুৎফ উন্নিসাগী হৌজিক উরিবা শীংথাফম খংত্রবা হকচাংগী ফজবহুদি মমাংঙৈদা অমুক্তস্ম উখিত্রি। অহুবু ফজবা মফজহু বজ্রগী মাংজোনরকপা নোংথাংগী মতৌগুম পুক্লিং হুই, য়েংবদা অকিবা পোকই। নবকুমারনা চৎলগে হেক তৌরক-পদা, খংহৌদনা নাপল-চাওবীগী শক্তম অমসু খংনিং-নিংশিংলকই। নোংমা নবকুমারনা মাগী অহানবগী মুপী পদ্মাবতীবু শাওনিংখিবদগী তুম্ফম কাদগী তাম্থোক্লবা লাক্লরম্মী। মতমহুদা চহি তরানিথোইত্তা ডাইরিবী মুপীমচাহুনা নাপলগা লোয়ননা মডোন্দা ওনশিল্লক্তুনা

তম্না অমুক মাগী ফীজিছু পায়রদুনা হায়রকই, "ফরে মতু ওইরসনু। নোংদম্বনা মতুম্না তম্বিরম্নবদি, থম্মোইহুংগী নিংজবা পুম্বা মপাল নাইত্রবা ইরোম্নুংদা লুপহনগ্রগে। ঐ অতৈ করি অমুক পামজদ্রে, নহাক অমুক অমুক্তুংদদি লম্বী অসিদা চৎপিয়ু, ননাই মুপীনি খনবিতুনা অমুক্তুংদদি নশক্তু উইনবিয়ু, মিৎ অসিদদি পেলহঞ্জগে।"

নব। নহাক যবন নিংডোলনি,—অতোপ্পগী মুপীনি—নংগা অসুম্না রারি শাবসিমকসু পাপকী মশক্নি। নংগা ঐগা অমুক হন্না উনররোইদবনি।

ডাইহাক তুমিন তুমিন্না লৈনখ্রে। লুৎফ-উন্নিসাগী থম্মোইমুংদা অকনবা নোং-মুংশিৎ শিৎখ্রে। মুংগী মুক্তিগুম মুংবংননা লৈখ্রে। নবকুমারগী ফীজি থাদোরক্লে। অদুগা হায়রকই, "চৎলো।"

নবকুমার খোঙ থাংদোরক্লে। খোংকাপ অহুম মরিদং থাং-দোরকপদা মডাইরি, অদুবু খংহৌদনা লুৎফ-উন্নিসাদু মুংশিৎনা হুমদেক্লবা উপালগুম মাগী খোংথক্তা তুথরক্লে। মপান্থোম অনিনা খোঙ অনিদু কোনশিল্লদুনা থম্মোই শোক্লবা খোম্থাংনা হায়রকই, "মুংশিহৈতবা! ঐহাক নশুংলাংগীদমক্তা আগ্রাগী সিংহাসন থা-দোক্তুনা লাক্লবনি, নহাক ঐবু লংশেকপিবা তৌবিনু।"

নবকুমারনা হায়রকই, "নহাক অমুক হন্না আগ্রাদা চৎলো; ঐগী রাখল থাদোক্লো।"

"মপোকসিমগী ওইরোই!" লুৎফ-উন্নিসানা ফীংনা হৌগৎলক্তুনা নাপলগা লোয়ননা হায়রকই, "মপোকসিদা নংগী আশা কৈদৌমুংদা থাদোক্লোই।" মকোক থাঙ্গৎলদুনা মঙক হাইফেৎ থেকলপ তৌনা

নবকুমারগী মাইথোং তম্না কোইরাওনবা মমিৎনা শংত্রীক মুম্না য়েংলগা, নিংথৌ কয়া কয়াবু শুমহৎলবী মুজাহু লেপ্তুনা লৈরক্লে। লুকথবা হৈত্রবা নাপলহু থম্মোইগী মৈশানা শৌদোরক্তুনা, অমুক হন্না লংলবা মঙাল শন্দোরক্লে ; ভারতপুম্বা ডাকপগী রাখলদফাও নাচুংবা পোকখিদ্রবা লাকডমদ্রবা থম্মোইগী পাঙ্গলহু অমুক হন্না মুংশি-রাখন্না শোম্বরবা হকচাং শীন্না শন্দোরক্লে। লাইবক্তা শিংলি পুন্নমক ফাওগৎলক্তুনা ফজরবা লৈয়িগী পরেং উরক্লে ; লংলবা মমিত্তু কোরৌ মঙাল য়ৈরবা সমুদ্রগী ঈশিংগুম ইরং লংখৎলক্লে ; নাতোন নাকচি ফন্দোরক্লে। ইচেলদা ইরোইরিবী কাংডনা মাগী শাফুগা মাইয়োক্নরিবা ইচেল তম্না চেপ্লপ তৌনা লেপ্লগুম, খোংনা নেৎথৎলবা লিল অমোম্না মহু কামথোক্লহুনা লৈবগুম,—রাখল মাঙলবী যবন নিংডোলহু মঙক হাইগত্তুনা লেপ্লক্লে। অহুগা হায়রকই, "মপোকসিমগী থাদোক্লোই, নহাক শোইদনমক ঐগী ওইগনি।"

অক্তগুম্বী শাওরবী লিল অমোমগী শক্তমহু অসুম য়েংলকপদা নবকুমার অকিবা পোক্লক্লে। লুৎফ উন্নিসাগী হৌজিক উরিবা শীংথাফম খংদ্রবা হকচাংগী ফজবহুদি মমাংঙৈদা অমুক্তসু উখিদ্রি। অহুবু ফজবা মফজহু বজ্রগী মাংজোনরকপা নোংথাংগী মতৌগুম পুক্লিং হুই, য়েংবদা অকিবা পোকই। নবকুমারনা চৎলগে হেক তৌরকপদা, খংহৌদনা নাপল-চাওবীগী শক্তম অমসু খংনিং-নিংশিংলকই। নোংমা নবকুমারনা মাগী অহানবগী মুপী পদ্মাবতীবু শাওনিংখিবদগী তুম্ফম কাদগী তাম্থোক্নবা লাক্লরম্মী। মতমহুদা চহি তরানিথোইতা ডাইরিবী মুপীমচাহুনা নাপলগা লোয়ননা মডোন্দা ওনশিল্লক্তুনা

য়েংখি, মিৎয়েংতুদা অসিগুম্বা মঙালসিমক ঙানখি ; লাইবক্ত লৈয়ি পরেংসিমক ফাওখি ; নাতোন্দু মসিমকুন্না ফনখি ; ঙকশমতু মসিমক মান্না চেপখি। মতম কুইনা শক্তমতু কাওরুরবনি, হৌজিক্তি নিং-শিংলক্লে। অনিমক্তু অমতা ওইবগুন্না থল্লক্লে। চিংনবা পোক্লতুনা নবকুমারনা ঙকচানবা খোম্থাংনা তপ্না তপ্না হংলকই, "নং কনানো ?"

যবন নিংঙোলতুগী মীৎ নহাত অমুক হন্না ফন্দোরক্লে। হায়-রকই, "ঐহাক পদ্মাবতীনি।"

পাওখুম অমুক ঙাইরম্বা তৌদনা লুৎফ-উন্নিসা অতোপ্পা কাদা চৎখ্রে।

নবকুমারসু রাখল চমন্নমা, হাইফেৎ চিংননা ময়ুম তান্না হল্লক্লে।

---

## ৭ শুবা মতাং

# অপিকপা নগরগী চিদাইদা।

"—I am settled, and bent up
Each corporal agent to this terrible feat."

—Macbeth

অতোপ্পা কাদা লাক্লগা লুৎফ-উন্নিসানা খোঙ অতু লোনশিনখ্রে। হুমিৎ নিনি কা অতুদগী শুকথোক থোক্লক্তে। হুমিৎ নিনিসিদা, মহাক্না তৌগদবা তৌরোইদবা পূন্নমক লেপথোক্লে। থৌরম লেপ্পগা লোয়ননা মপুক্লিংসু চপ য়ুংনা লেপ্লে। হুমিৎ চায়থরক্লে। মতমতুদা লুৎফ-উন্নিসাদি পেষমন্না তেংবাংলতুনা ফীজেৎ লৈতেংলি। অঙকপা ফীজেৎনি! হুপী ওইবাগী ফীজেৎ অমতা য়াওদে। শেৎলিবা

কীজোন্দু মিংশেল থাত্নুনা য়েংলগা পেষমন্দা হায়রকই, "কমদোই পেষমন, ঐবু অমুক শক খংলিব্রা ?"

পেষমননা খুম্মকই, "কনাগী মতিক্কা খঙগনি ?"

লু। অত্নদি ঐ চৎলগে। ঐগী ইতুংদা মীনাই মুপী নিপা কনামতা ইলহনগনু।

পেষমন্না হাইরপ চিংননা হায়রকই, "ননাইগী ইরাল ঙাকপীয়ু, রা অমতংদদি খঙজনিংই।"

লুৎফ-উন্নিসানা হায়রকই, "করিনো ?"

পেষমন্না হায়রকই, "ইবেম্মনা পাংথোক্লিংলিবসিবু করিনো ?"

লুৎফ-উন্নিসানা হায়রকই, "হৌজিকমক্তি কপালকুণ্ডলাগা মাগী মুপাগা পুন্সিচুপ্পা কায়নবা। অত্নগী তুংদনা মহাক ঐগী ওইবা।"

পে। বিবি! অমুক্তা খোইদানা খন্থবিথো; অস্নুকপা উত্নুংনি, অহিংসু ওইশিল্লক্লে, নহাক নথন্তনি।

লুৎফ-উন্নিসানা রাসিগী পাউথুম অমতা পিরম্বা তৌদনা ইমুংদগী মপাল থোকখ্রে। সপ্তগ্রামগী মী তাদবা উমং-রামং ঙাক্তা ঙাইবা নগরগী মতাইদা লৈরিবা নবকুমারগী ময়ুম অদোমদা খোংশাল্লক্লে। হায়রিবা মফমসি য়োরকপদা অহিং ওইশিনখ্রে। নবকুমারগী ময়ুমদগী থোইনা থাপ্তনা শুক্লবা উমং লৈ হায়বসি পাবিরিবশিংসু নিংশিং-ব্দিরমগনি। মত্নগী চিদাই য়োরক্কুনা উখা অমদা চংহ্নুনা ফম্লে। ঙহাক ফম্লগা তৌগদোরিবা লুরবা থবক অত্নগী মরমদা খনবা হৌরক্লে তাঞ্জা অমা চারুবদগী ওন্থোক্লা থোক্কনি থাজখিদ্রবা উপায় অমা কোক থেংনরে।

য়েংখি, মিৎয়েংতুদা অসিগুম্বা মঙালসিমক ঙানখি ; লাইবক্ত লৈয়ি পরেংসিমক ফাওখি ; নাতোন্দু মসিমকুম্না ফনখি ; ঙকশমতু মসিমক মান্না চেপখি। মতম কুইনা শক্তমতু কাওরুরবনি, হৌজিক্তি নিং-শিংলক্লে। অনিমক্ত অমতা ওইবগুম্না থল্লক্লে। চিংনবা পোক্লতুনা নবকুমারনা ঙকচানবা খোস্থাংনা তপ্না তপ্না হংলকই, "নং কনানো ?"

যবন নিংঙোলতুগী মীৎ নহাত অমুক হন্না ফন্দোরক্লে। হায়-রকই, "ঐহাক পদ্মাবতীনি।"

পাওখুম অমুক ঙাইরম্বা তৌদনা লুৎফ-উন্নিসা অতোপ্পা কাদা চৎখ্রে।

নবকুমারস্তু রাখল চমন্ননা, হাইফেৎ চিংননা ময়ুম তান্না হল্লক্লে।

---

৭ শুবা মতাং

# অপিকপা নগরগী চিদাইদা।

"—I am settled, and bent up
Each corporal agent to this terrible feat."

—Macbeth

অতোপ্পা কাদা লাক্লগা লুৎফ-উন্নিসানা থোঙ অতু লোনশিনখ্রে। তুমিং নিনি কা অতুদগী শুকথোক থোক্লক্তে। তুমিং নিনিসিদা, মহাক্না তৌগদবা তৌরোইদবা পূন্নমক লেপথোক্লে। থৌরম লেপ্পগা লোয়ননা মপুক্লিংস্তু চপ য়ুংনা লেপ্লে। তুমিং চায়থরক্লে। মতমতুদা লুৎফ-উন্নিসাদি পেষমন্না তেংবাংলতুনা ফীজেৎ লৈতেংলি। অঙকপা ফীজেৎনি! তুপী ওইবাগী ফীজেৎ অমতা য়াওদে। শেৎলিবা

ফৌজোন্দু মিংশেল থাত্নুনা য়েংলগা পেষমন্দা হায়রকই, "কমদোই পেষমন, ঐবু অমুক শক খংলিত্রা ?"

পেষমননা খুম্মকই, "কনাগী মতিক্কা খঙগনি ?"

লু। অত্তুদি ঐ চৎলগে। ঐগী ইতুংদা মীনাই মুপী নিপা কনামতা ইলহনগম্নু।

পেষমন্না হাইরপ চিংননা হায়রকই, "ননাইগী ইরাল ঙাকপীয়ু, রা অমতংদদি খঙজনিংই।"

লুৎফ-উন্নিসানা হায়রকই, "করিনো ?"

পেষমন্না হায়রকই, "ইবেম্মনা পাংথোক্লিংলিবসিবু করিনো ?"

লুৎফ-উন্নিসানা হায়রকই, "হৌজিকমক্তি কপালকুণ্ডলাগা মাগী মুপাগা পুন্সিচুপ্পা কায়নবা। অত্তুগী তুংদনা মহাক ঐগী ওইবা।"

পে। বিবি! অমুক্তা খোইদানা খল্লবিখো; অম্নুকপা উন্নুংনি, অহিংসু ওইশিল্লক্লে, নহাক নথন্তনি।

লুৎফ-উন্নিসানা রাসিগী পাউখুম অমতা পিরম্বা তৌদনা ইমুংদগী মপাল থোকখ্রে। সপ্তগ্রামগী মী তাদবা উমং-রামং ঙাক্তা ঙাইবা নগরগী মতাইদা লৈরিবা নবকুমারগী ময়ুম অদোমদা খোংশাল্লক্লে। হায়রিবা মফমসি য়োরকপদা অহিং ওইশিনখ্রে। নবকুমারগী ময়ুমদগী থোইনা থাপ্তনা শুরুবা উমং লৈ হায়বসি পাবিরিবশিংসু নিংশিং-বিরমগনি। মত্তুগী চিদাই য়োরক্তুনা উখা অমদা চংহুনা ফম্লে। ঙহাক ফম্লগা তৌগদৌরিবা লুরবা থবক অত্তুগী মরমদা খনবা হৌরক্লে। তাঙ্গা অমা চারুবদগী ওম্হোক্লা থোক্কনি থাজখিদ্রবা উপায় অমা কোক থেংনরে।

লুৎফ-উন্নিসানা ফম্লিবা মফম অতুরাইদা, ইলেপ লেপ্তুনা খোম্থোক অমতদা ভাংবা মীগী খোঞ্জেল অমা তাররক্লে। লেপখত্তুনা কোইয়েং য়েংবদা, উম্নুংহুদা মৈঙাল অমা উররক্লে। লুৎফ-উন্নিসাগী থৌনাদি নিপা মরায় অমদগী হেল্লি, মৈঙাল উরিবা মফমদোমদা চৎপা হৌরক্লে। অহানবদা উ-মরুম অমদগী করিনো হায়বতু য়েংই। মহাক্লা উরে, মৈঙাল অতু হোমগী মৈঙালনি, তারিবা খোঞ্জেল অতুনা মন্ত্র থীবগী খোঞ্জেলনি। মন্ত্র অস্থুম থীথরকপদা রাহৈ অমথক্তংদি খংই, মতু মী অমথক্কী মর্মংনি। মমিংতু হেক তাবদা লুৎফ-উন্নিসানা হোম তৌরিবা মীতুগী মনাক তান্না চংশিল্লক্কুনা ফম্লরে।

হৌজিক মহাক মফমতুদা ফমতুনা অতুম লৈখিসনু, পাবিরিব-শিংনা, মতম ফনা শাংনা, কপালকুণ্ডলাগী মপাও তাবিখিস্লে, হৌজিক অমুক কপালকুণ্ডলাগী মপাও তাবা মতম ওইরক্লে।

---

মরিশুবা পন্দুপ

## অহানবা মতাং

# তূন্ফম কাদা।

"রাধিকার বেড়ী ভাঙ্গ এ মম মিনতি।"

—ব্রজাঙ্গনা কাব্য।

লুৎফ-উন্নিসানা আগ্রাদা চৎপা অমসুং মফম অতুদগী সপ্তগ্রাম তান্না লাকপা অসি চহি অমরোম হৌখ্রে। কপালকুণ্ডলাহু চহি অমা হেন্না নবকুমারগী য়ুমগী হুপী ওইহনা লৈরক্লে। য়াচংলকপা মতমদা লুৎফ-উন্নিসানা উমংদা চৎখিবা হুমিত্তুদা, কপালকুণ্ডলাদি রাখল লৈফেননা মাগী তূন্ফম কাদা ফমহনা লৈ। পাবিরিবশিংনা সমুদ্র মপান্দা মশম-মনা ইফা ফাবী ফীজেৎ-লৈতেংদবী ওইনা উবিখিবা কপালকুণ্ডলাহু, হৌজিক্তি নত্রে। শ্যামাসুন্দরীনা হায়খিবা তুংগী রাহু অচুম্বা ওইরে; স্পর্শমণিনা শোকপদা লাইনিংবীনা য়ুম্বানবী ওইখ্রে। হৌজিক্তি মশীংলাকঙমদ্রবা মুনা লংলবা লীল মপৈগুম্বা চোইজাইনরম্বা শমলাংশিং অহু তুংলোমদা চাওরবা বেনী ওইনা লোনখ্রে। বেনীসু খুৎলোন হৈবীনা লোনবগুমখ্রে, শম মহাৎকী ফজনবা কুপ্পা শেম্বা মওংদসু শ্যামাসুন্দরীগী হৈশিংবা খুৎশেমগী খুদম উবা ফংলক্লে। লৈরাং পরেংসু চিখদ্রে, মাইকৈ মরিদা লুহুপকী তারকপা মকোয়গুম বেনীবু কোয়শিল্লি। বেনী লোনবদা য়াওদবা শম্নাংগী শরুক্তু, কোকতোন্দা ইফা ফানা লৈবসু নত্তে, খোইতক পিক্তক অমুবা ইথক পরেংগুম লৈতেংহনা লৈ। মাইথোংহু হৌজিক শম্নাংলক্পা তংখাই-লোৎপী নত্রে; মঙালতনা পুন্নং লংখ্রে; পুনবদগী

মাহাক্নবা শমজোই খরদং মতুগী মচি মচিদা চোইজাইমনা জাগ্নি। কুচুনা মকোই তংখাই কায়ক্লবা থাজগী মণ্ডালগুম্মী। কৌজিক্তি মাপা অনিদা সনাগী নাইমা হাপ হুয়ে; ওক্তো সনাগী মীক্লাংনা ভাস্তোইরে। কুচুগা পা-নবদা মখোয়শিং অদু মকশিনবা তোদে, তংখাই থোকপা থাজ মণ্ডাল ফীজেৎনবী মালেমগী হকচাংদা অহিংগী লৈরাংনা লৈতেংবগুম্মী। মহাক্না শেৎলিবত্ত অঙৌবা ফীজোল্লি; অঙৌবা ফীজোন্দু থাজ তংখাইগী মণ্ডালনা লৈতেংবী অতিয়াদা পায়বা অঙৌবা নোংগুম্না নিংথিজরি।

কুচুন্থ তংখাই থোকপা থাজগী মণ্ডালগুম্বীদি হায়বদু, অতিয়াগী চিদাইদা অমুবা নোং মংবগুম হায়দগীদি খরদং মকশিল্লি। কপাল-কুণ্ডলাদু মতোমতা ফম্লমদে, চায়বী শ্যামাসুন্দরীসু মনাক্তা ফম্লত্তনা মখোয় অনি যারি বাতাই শারম্মী। যাখিদুগী শরুক খরদং প্যাক্সি-ন্থিবশিংনা অদুক তাবিয়ু।

কপালকুণ্ডলামা হায়রকই, "মশেল ইবুঙো ঠাকুরবু করানি মকমশিদা লৈখিগদবা?"

শ্যামানা হায়রকই, "হয়েং নুংথিল চৎখ্রগনি। ওস্তোকপনি! ঙসি অহিং হিদাক্তু হেকচবা ঙম্লবস্ত, মাবু ফাজদুনা মপোকসিমা মহৈ য়াজ্ঞরমগদবনি। ঙরাং অহিং মপাল থোকলুই হায়দুনা য়ৈবনে কাউমনে তোরে, ঙসি অমুক করম্না মপাল থোকলুগনি?

ক। নুংথিলদা হেকপদি কারস্রা?

শ্যা। নুংথিলদদি মহৈ লৈতে। অহিং যুথক অনি হেক

য়োমকপদা শম-মা থাদোক্লগা হেক্কদবনি। অদুনা, মিংজৈ হারকপ্ত মপ্তাইবে কাম্নদ্রে।

ক। কয়ে, ঙসি সুংথিল ঐ উ অদু মশক থংদোক্লক্লে, অদুগা হৌখিবা উমংদুসু মক্কম থংলে। নং ঙসিদি য়াওরম্নু, ঐ ইথন্তুমক চন্তুনা হেকলুয়গে।

শ্যা। হৌখিবদুদি হৌখ্রে। নং অমুক অহিংদা চংথোক্লগম্নু।

ক। মদুগী মংনা য়াবিরুয়িবা করিগীনো? নং তারেদনা, অহিংদা কোইচং চংপা হায়বসি ঐদি অঙাং ওইরিঙৈদগী হৈন-ক্লরুবনি। থন্দুনা য়েংউ, ঐহাক্না মদুবু হৈনরমন্ত্রবদি, নংপা ঐগা শুকউবু উয়ব্রম্মোই।

শ্যা। মদোমগী য়াদা কিদুনা হায়বা মস্তে, অদুবু য়ুম-পাম্লবী শুপীনা অহিংদা মতোমতা উম্নুং-য়াম্নুংদা কোইচং চংপসিবু করয়া? ইবানি লোয়নদুনা চংপমকক্তাও অস্নুক চৈয়বদা, নথন্তা চংলবদবু করি থোকপা কৌনরে?

ক। কৈদোবগে? নংবু নপুক্লিংদা, ঐ অসি অহিংদা মপাল হেক থোক্লগা লমচং চুমদবী অমা ওইরগনি হায়না খনবয়া?

শ্যা। খনদে। অদুবু ফত্তবা মীনদি থীনা ঙাংনগনি।

ক। ঙাংনজসম্নু, মদুনা ঐঙোন্দা করিসু ফত্তবা থোক্লোই।

শ্যা। থোকপুদি থোক্লোই—অদুবু কনাগুম্বদা নংবু থীনা ঙাংনবা তারবদি ঐথোয়গী থম্মোইসি য়াম্না শোকনি।

ক। মরম চুমদনা থম্মোই শোকপদি ভৌরুম্নু।

ঙ্গা। মতুম্ ঐদি মতমগনি। অদুবু ত্তাদবু কম্বিগীদমক্তা সুংঙাইতবা পোকহনগদৌম্বিবনো ?

কপালকুণ্ডলানা শ্যামাসুন্দরীদা সুংশিরবা মিৎয়েংনা য়েংলকই। অদুগা হায়রকই, "মতুদা মানা সুংঙাইতবা পোক্লবদি, ঐনা করি তৌরুনি ? সুপীনা লুহোংলগা মীনাই ওই হায়বসি থংলম্লবদি, ঐ কৈদৌনুংদা লুহোংজরগ্নোইদবনি।"

মসিগী মতুংদদি শ্যামাসুন্দরী ভাব অমুক তাশিন্নক্রে, মখৌ তৌরুনবা হৌগত্তুনা চৎখ্রে।

কপালকুণ্ডলাসু ইমুংগী পবক ইনথাং মোম্বা হৌরক্লে। থবক লোইরক্লগা হিদাক থিরুনবা ইমুংদগী মপাল থোক্লক্লে। মতমদু অহিংগী য়ুথক অমরোম হৌখ্রে। থাবল ফরবা অহিংনি। নবকুমার মতম অদুদা মপালগী কাদা ফল্লি, কপালকুণ্ডলানা মপাল্লোমদা থোকখিবদু মহাক মিহুৎথোংদা উই। মহাক্না ইমুংদগী মপাল থোরক্তুনা মৃন্ময়ীগী মখুদাং পায়ররে।

কপালকুণ্ডলানা হায়রকই, "করিনো ?"

নবকুমারনা হায়রকই, "কদাইদা চৎলিবনো ?

নবকুমারগী বাঙাংদুদা চৈ-থাংবগী মওং মচেৎ অমা কাওরা য়াওদে।

কপালকুণ্ডলানা হায়রকই, শ্যামাসুন্দরীনা মপুরোইববু কাননবা হিদাক পাম্মি, ঐহাক হিদাক্তু থিবা চৎলিবনি ?"

নবকুমারনা হান্নগুম মেংলবা খোম্মাংনা হায়রকই, "অদুবু ওয়াংসু চৎলুরবা নত্রা ? ওসি অমুক করিগীনো ?"

ক। ঙমোংদি থিবা ফংত্রে; ঙসি অমুক থিজনদৌরিব্বনি।

নবকুমারনা য়াম্না ভপ্না হায়রকই, "মুমিৎ লৈব্রিভেম্না থিরোকদ্রি মাগনদ্রা?" নবকুমারগী ৱাঙাংদু মুংশিবনী অভোম্বা পুমথল থমী।

কপালকুণ্ডলানা হায়রকই, "মুমিৎ লৈব্রিভেদদি হিদাকী মরাই চপ্পী?"

নব। অদুদি নহাক্না চংলিবসি হিদাক্তু থিবনিবে? অরে, ঐভোন্দা হিদাকী মমিংদু হায়ু। ঐ থিকগে।

ক। ঐ উপাল অদুতমক মশক খংই, মমিংদি খংদে। অতুম্বা মংম্বা হেক্লু ৱবসু কাম্রোই। মুপীনা মশম-মনা থাদোক্লগা হেক্কদবনি। মীগী কান্নবা ভৌম্নিবা থবকসিদা নহাক য়ৈথাইবা ভৌগনু।

কপালকুণ্ডলানা হন্দক্কী ৱা অসি মথৱাই কয়া মুংঙাইভনা হায়রকই। নবকুমারদু অমুক থিংবা ভৌদ্রে। হায়রকই, "চংলো, ঐসু নংগা লোয়ননা চংকে।"

কপালকুণ্ডলানা মাপলগী ৱাঙাংদা হায়রকই, "লাকও, ঐ অসি থাজবা য়াদবীম্না হায়বদু নমিংমক্না য়েংলম্নো লাও।"

নবকুমার ৱা মথা অমুক ভাথবা ঙমদ্রে। মুংশাম্বর মপী ফুইনা হোল্লগা কপালকুণ্ডলাগী মথুক্তু থাদোকতুনা য়ুমদা হল্লিল্লক্রে। কপালকুণ্ডলা মথন্তমক উমং মনুংলোমদা চংখ্রে।

---

৬ শুবা মতাং

# উমং মন্নুংদা।

"—Tender is the night,
And happy the Queen moon
is on her throne,
Clustered around by all her starry fays;
But here is no Light."

—Keats.

নপ্তগ্রামগী অসোম থংবা শরুক্তি উমং-বামং ওইনা তৌই জাল্লবনি, মথক্তস্ত হাইফেৎ পনখ্রে। খুলদগী খজিক্তং চৎলগা শুক্লবা উমং নৈ। কপালকুণ্ডলা মথন্তা থুরবা উন্নুংগী লম্বী অমমা থিদাক থিবা চৎলক্রে। অহিং অদু পুক্লিং হুনবগী মশক্লি, মীচিক-মীরাওখোল অমতা তাদে। লূরবা অহিংগী অতিয়াদা মেৎলবা থাজনা অঙোবা নোং কাংলুপ পুম্বা লোম্না তুমিন্না লাম্হোক্লি; মালেম-থক্তা, লমলক্কী উপাল-বাপাল পুম্বা মতো অদুম্না তুমিন্না ইংলবা থাবল মঙালদা পোথাব্রি, তুমিন্না উ-না পূম্বনা মঙাল অদু অমুক হন্না যৈথোরক্রি; তুমিন্না উরী বারীলক্তা অঙোবা নৈগী কাংলুপনা ফুগাইনা শাৎলি। শা-উচেক অমতা চেক-মোক লাউখিদ্রে। মরক্তা অদুক পোথাবা কায়রবা উচেক্কী ম-শা হুম্মকপগী মখোল, করিগুম্বদা অকংবা উনা কেল্লকপগী মখোল, করিগুম্বদা অকংবা উনাথক্তা লীক-গুম্বনা চৎলকপগী মখোল, করিগুম্বদা অথাপ্পদা নৈবা হুইনা খোংলকপগী মখোল তারক্তা মঙাইয়ে। অদুবু নুংশিৎ ফাওবা চপ লেপখে তাকপগী

ৱাদি মত্তে ; লমদা থাগী হকচাং তেকথৎহনবা মুংশিত্তি য়াম্না তম্মি, শউম পিকনা লিখিত্তমক হুম্বা মুংশিংনি, মতুনা উগী মতোম থংবা উনাতমক হাই-হুম্মা; লৈমায়-শিংপা অশংবা উখিত্তমক লেজই; শংবাম্নবা অতিয়াগী পীক্লবা অঙৌবা মোংগী শরুক থরদুতা তপ্না তপ্না চৎলি। অদুগুম্বা মুংশিংনা য়ৈৱকপদদি মমাংতৈদা মুংঙাইথিবগী মশেল-মৱাং ওইনা মিংশিং-ৱাখল থম্মোইনুংদা হায়কেৎ হাইকেত্তুং কাওরকপগুম তৌই।

কপালকুণ্ডলাস্তু অদুম্বা মমাংতৈগী ৱাখল মিংশিংঃ ক্লে ; বালি-য়াড়িগী মতোন্দা সমুদ্রগী ইরিক পুরবা তপ্লবা মামিবনা ৱাগী শাংলবা শম্নাংলক্কা শাম্নবদু নিংশিংলক্লে ; মক্তুবা শংবান্নবা অতিয়া তম্না য়েংলক্লে ; মতুনা মক্তুবা শংবান্নবা অতিয়াগুম্বা সমুদ্রবু নিংশিংলক্লে। কপালকুণ্ডলাদু মমাংতৈগী ৱাখলদা পুমলুপ লুপ্তুনা পুক্লিং লিচিং অমতা ওইনা চংলক্লে।

অমুম্না ৱাখল অমরোমদা লৈফেননা চৎলকপনা মকম কৈদা কৰিগীদমক চৎলিবনো হায়বদু কপালকুণ্ডলা কাওথোকখ্রে। মহাক্না চৎলিবা লম্বীদু মমৈথংদা চৎপা য়াদবা ওইরম্লে; উমংস্ত হেন্না হেন্না শুকচিল্লক্লে; কোকথক্তা উশা ময়াম কুণ্ডনা শন্দোকখিবনা থাবল মঙাল নিংথি-মুংঙাইনা উবা ফংথিদ্রে। লম্বী উরক্কবদুদা কপালকুণ্ডলাদু ৱাখলনা মূল্লম্বা থংকোক কোকখ্রে। কোইরৈ লৈতুনা য়েংলকপদা শুক্লবা উমুংদা মৈঙাল অমা উরকই। লুৎক-উম্নিসাস্তু মমাংতৈদা মৈঙাল অসি উখি। কপালকুণ্ডলাদি হৈনরকপা শাজৎ ভুংইম্না অসিগুম্বা তানকমদা অকিবা কম্নিসতা পোক্কে, থংনিংবতুম পোক্কই।

ওপ্পা ওপ্পা মৈডাল উরিবা অদোমদা চংশিল্লক্লে। মফমদু য়োৎলক্লগা মানা উয়ে, মৈ থারিবা মফমদুদা মীদি অমত্তা লৈত্তে। অদুবু মফম-দুদগী থোইনা থাপ্তুনা, উমংদু শুকপনা অয়াপ্পদগী উবদা, অত্তেকপা যুম অমা লৈ। যুমদু চেক্কী যুম্নী য়াম্নমু পীকই, য়াম্নমু চম্মী, কা অমত্তনি। যুম অসিগী মথুংদা মীনা য়ারীশাবগী মথোল তায়। কপালকুণ্ডলানা খোঙথাং মথোল হৌহন্দনা যুমসিগী মনাক তায়া চংশিল্লক্লে। মনাক হেক য়োৎবগা, মী অনি চেকশিন্না বা ঙাংনরি হায়বা থংলে। অহানবদদি ঙাংনরিবা মমোলদু কৱিমত্তা লৌবা ঙমদে। মমৈথংদা কম্না হোৎনদুনা মুন্না তাশিল্লক্লবদা, মথাগী বাম্মোল অসি তাবা ফংলক্লে।

অমনা হায়, "ঐনা পাম্বদি হাৎপা, মসিদা নহাক য়ানিংব্রবদি, ঐ নত্তেং পাংবা ঙম্মোই; নংমু ইত্তেং পাংলগনু।"

অত্তোপ্পদুনা হায়, "ঐস্থু য়াইফনবা শীনবদি থক পামদে; অদুবু মপুন্সিচুপ্পা মহাকপু তাম্মোকখিবা ওইরবদি, ঐহাক য়াই। হাৎপগী থৌরাংদি ঐ য়াওবা ঙম্মোই; মদু থোক্তনবা থৌরাংদুম হোৎনগনি।"

অহানবগীদুনা হায়, "মহাকসি ওম্মোক্লা জ্ঞান তাখিদ্রে, পঙখ্রে। নংবু খরদং জ্ঞান তাহনগে। নপুক্লিং চংনা তাও। নুংবা বারম খরা হায়গে; মাইকৈ মরি কোইচৎ চত্তুনা অদুক হায়া য়েংলুচো, মীগী মাশোল অমা তাবগুম তৌই।"

থাঙ্গৈশেংমমকস্থু কপালকুণ্ডলানা ঙাংনরিবা বাহু নিংথিনা তাননবা কক্লাংদা তপ নপশিন্না লেপ্লম্মী। থোয়দাংবা অমমুং চিংনবনা নুংশাম্বন্ন মপী ফুইনা ফুইনা হোল্লম্মী।

লোয়ননরিবদুগী ৱা তাবদা ঈমুংদগী মী অমা মপান্দা থোরক্লে অমসুং হেক থোক্লকপগা কপালকুণ্ডলাগা থেংনয়ে। কপালকুণ্ডলাসু তক্ক তকবা থাবলদা লাক্লিবা নিপাদুগী মওং মতো তশেংনা উয়ে। মাবু উবদা কিগদ্রা নত্রগা সুংঙাইগদ্রা হায়বা লেপকম খংদ্রে। মলাক্লা উয়ে, লাক্লিবা নিপাদু ব্রাহ্মণগী কীজেৎ শেৎলি, চন্নবা কৈজোম অমা শেৎলি; মশাদু ইল্লিবা কীনা নিংথিনা কুপশিল্লি। ব্রাহ্মণ কুমারদু য়াম্না তনৌ তনৌরি; মাইথোংদা চহি য়াম্বগী থুদম তাদ্রি। মশক য়াম্না কজে, কজরবী সুপীগী শক্তমগুম্মী, অদুবু সুপীনা ফংঙমদ্রবা থৌনাগী মাপলনা লৈতেংলি। মাগী মশমশিংদু নিপা ওইবগী হৌনশা ককপা-খোৎপগী মওং ওইনা তৌদে, সুপীগুম্না ইচাক চাইনা ইল্লিবা কীদু কুপশিন্দুনা নজন্দা, লেংবান্দা, পাম্বোমদা অতুগা থন্না অমনা থবাকলোমদা তারি। মন্নাইবক্তু পাকই, তোংলপ তৌই, মন্নাইদা শিংলি অমথক্তংগী মমিনা লৈতেংলি। মমিৎ অনিদ্র মোংথাং মঙালগুম্না লংই। মথুম য়াওদবা থাংশাং অমা মথুক্তা পান্নরি; অদুবু শক-চু নিংথিবা অসিগী মন্নক্তা কিবনা তু-চুন্বা মওং অমদি য়াওরি। সনা অহিংবা কুচুদা তমথীবা মিহৌবগী মমি অবগুম তৌরি। থম্মোইসুং ফাওনা উবা ওম্বগী মিৎয়েংদু উবদা কপালকুণ্ডলাগী মপুক্লিংদা অকিবা পোক্লক্লে।

অনিমক অমনা অমবু ওহাক য়েংলদুনা লৈয়ে। অদুগী কপালকুণ্ডলানা হান্না মমিত্তু লুকথক্লে। মমিৎ লুকথখিবতুগা লাক্লিবা মীদুনা হংজকই, "কনানো?"

করিগুম্বা চহি অমগী মমাংদা হিজলীগী কেয়াবন্দা খাহং অদি

কপালকুণ্ডলাদা হংলম্লবদি, মহাক খুদকতুদা মতিক চাবা পাওখুম অতুম্মক পীরমগদবনি। অদুবু হৌজিক্তি কপালকুণ্ডলাদু যুম পাল্লবী মুপী অমগী শাক্তা অস্তুকী মতিক লৈশিনজ্রে, মদুদি, মহাক পাক হেক খুম্বা ভমখিদ্রে। ব্রাহ্মণগী ফীজেৎ শেৎপদুনা কপালকুণ্ডলাবা খুম্মক্তবা অদু উবদা চীং-লেম্বগা লোয়মনা হায়রকই, "কপালকুণ্ডলা! নং অহিংদা শুক্লবা উন্নুংসিদা করিগীদমক লাক্লিবনো?"

মশক খংদবা অহিং কোয়চৎনবা নিপা অমনা মাগী মমিং পল্লকপদু তাবদা কপালকুণ্ডলা পুমভক ভকখ্রে, হাইফেৎ অকিবা অমস্তু পোক্লে। অদুনা খুদক্তা করিগুম্বা পাওখুম অমত্তা মচিন্দগী হায়দোকপা ভমদ্রে।

ব্রাহ্মণগী ফীজেৎ শেৎপদুনা অমুকস্তু হংলকই, "নহাক ঐখোয়না ভাংনখিবা যাদু তারব্রা?"

খংহৌদনা কপালকুণ্ডলাদু যা ভাংবগী পাঙ্গল অমুক ফাওরক্লে। মহাক্না পাউখুম পীবগী মহুত্তা হায়রকই, "মদু ঐস্তু হংলিবনি। উন্নুংসিদা নখোয় অনি অহিংদা করি ফত্তবা যা তাম্নরিবনো?"

ব্রাহ্মণগী ফীজেৎ শেৎপদু ভহাক তুমিন্না যাখল তৌদুনা লৈখ্রে। অনৌবা করিগুম্ব থবক পাঙনবা লম্বী অমা মপুক্লিংদা ফাওরকপগুম তোমে। মহাক্না কপালকুণ্ডলাগী মখুদাং পায়রক্লে অমসুং চিংদুনা অত্তেকপা যুমদুদগী খয়া থাল্লপ পুথোরক্লে। কপালকুণ্ডলানা য়াম্না শাওনা মখুৎ অদু পাক হেক শত্তোকই। মদুদা ব্রাহ্মণগী ফীজেৎ শেৎপদুনা য়াম্না লোম্না কপালকুণ্ডলাগী মনাকোংময়াদা হায়রকই, "করিগী চিংনরিবনো? ঐ নিপা নত্তে।"

কপালকুণ্ডলা অমুক্তা হেন্না ভকখ্রে। বাসি মহাক কাবকন্থু থাইজ, পুমথা-থাজবদি ভমদে। মহাক ব্রাহ্মণ কীজেং শেংপীতুগা লোয়নতুনা লাক্লে। অতেকপা য়ুম অতুদগী উবয়োইদবা মকম য়ৌয়ক্লবদা ব্রাহ্মণগী কীজেং শেংপতুনা কপালকুণ্ডলাদা য়াম্না লোয়া হায়য়কই, "ঐখোয়মা লৌতুনরিবা বা অতু নং খঙনিংবরা? মতু মহাকী ময়মদনি।"

কপালকুণ্ডলাতু লাংতক্লবা অমুক্তা হেল্লক্লে। মহাক্না হায়রকই, "খঙনিংই হায়য়ু।"

অয়োনবা কীজেং শেংপীতুনা হায়রকই, "অতুদি ঐহাক অমুক হল্লকত্রিকাওবা মকমসিদা ভাইতুনা লৈয়ন্মু।"

অসি হায়রগা অয়োনবা কীজেং শেংপীতু অতেকপা য়ুমলোমদা অমুক হনখ্রে; কপালকুণ্ডলানা মকমতুদা ভাইহাক কমতুনা লৈরে। অতুবু মহাক্না উখিবা অমসুং তাখিবতু খল্লবদা হাইরপ অকিবা পোক্লক্লে। হৌজিক মহাক মথন্তা মম্লবা উন্সুংদা কমতুনা লৈবসি মপুক্লিংদা য়াম্না চিংনবা হেনগৎলক্লে। অতুগী মথক্তা অয়োনবা কীজেং শেংপসিনা করিগীদমক্তা মাবু মকমসিদা কমহল্লম্লিবনো হায়বসি, খনকম খোক্তবা বানি। থুদোং চায়তুনা মাগী কক্তবা বাথলতু পাংথোক্লবা মাবু ভাইহনবা ওইরম্বসু য়াই ব্রাহ্মণ কীজেং শেংপতুসু মতম কনা কুইরবা কাওবা হল্লকপা কৌবা লৈত্রে। কপালকুণ্ডলাতু অমুক কমথতুনা লৈবা ভল্লকত্রে। হৌগৎতুনা খোঙথাং য়াংনা ময়ুম মাইকৈ পাংলক্লে।

মতমসিদা অতিয়া পূম্বা নোং কুওনা মংবক্সা কালি-তৈবঞ্জম

তৌখ্রে ; উম্মুংদা মঙাল থজিক্তুং কাওজিল্লকপতুস্থ মাঙখ্রে। কপাল-কুণ্ডলাদু মিকুপ অমা ফাওবা পম্থবা ঙম্লকত্রে। খোঙথাং য়াংনা উম্মুংদগী মপাল্লোমদা থোক্লকপা হৌরক্লে। মানা অশুম লাকপদা মতুংলোমদা কনাগুম্বা অমগী খোঙথাং মখোল তাবগুমনা তৌই। অদুবু নৈ-দুনা য়েংলকপদা মম্মনখিবনা কনামতস্থু উবা ফংদে। কপালকুণ্ডলানা, ব্রাহ্মণ কীজেং শেংপত্থু মতুং ইল্লক্লিমাল্লে হায়না থল্লি। উম্মুং লাম্থোকতুনা মমাংঙৈদা হায়খিবা পিক্লবা উম্মুং-লম্বী অদু য়ৌরক্লে। মফমদুদদি অদুক হাক্লা পংমম মমদে ; মিৎলমদা মীবু নৈরবদি ইরায় লায়না অদুম্মক উবা ফংগনি। অদুবু কনাগুম্বা অমত্তা উদে। মরম অদুনা খোঙথাং থুনা থাংলক্লে, অদুবু অমুকস্থ হন্না তশেং-তশেংবা মী চৎপগী মখোল তারক্লে। অতিয়া শীন্না অমুবা নোংমা কুডন কুপখ্রে। কপালকুণ্ডলানা অমুক্কা হেন্না য়াঙনা চৎলক্লে। য়ুম পংথাপ থপ্লকত্রে, অদুবু য়ুম য়ৌরম য়ৌকাত্রিঙৈদা অকনবা নোং নুংশিৎনা মাইকৈ-শলাই থংজিল্লকত্রে। কপালকুণ্ডলা চেল্লকলে। মতুংদা ইল্লকইবদুস্থ চেল্লকপগুম্না মখোল তারে। য়ুম উবা ফংলক্ল-গদবা তানকমদুমক্তদা অকমবা নোং-নুংশিৎনা কপালকুণ্ডলাগী লবাই লেম্ফুতম্না শিৎলক্লে। য়াম্না হৌনা কুডন কুডনা নোংখাকপা অমস্তুং নোংমৈশীংজং তাবগী মখোল তারক্লে। তোয়না তোয়না নোংথাং কুপ্লক্লে। নোংখোং ফুয়না চুপরক্লে। কপালকুণ্ডলাদু উচিন নাচিম্না মশা কপ্পদুনা ময়ুম য়ৌরক্লে। গুমাং লাম্থোক্তুনা ইমুং চংলক্লে। খোঙদি মহাক হল্লক্লিত্র কাও হাংদুনা থনম্মী। মানা খোঙ লোনশিন্নগে হায়দুনা মমাই গুমাংলোমদা হেক ওম্থোরকপদা, গুমাংদা য়াংলবা

নিপা অমা লেপ্তু্না লৈবগুম উরকই। তাঞ্জাসিমক্কুদা নোংথাংসু হেক্কে কুপ্লকই। নোংথাং মঙালদুদা মীতুগী মীশক থংহৌরে। মীতু অদুক্কে কনা নত্তে, সমুদ্র মপান্দা লৈবা কাপালিকতুনি।

---

## তঙুবা মতাং

## মঙদা।

"I had a dream, wich was
not all a dream."
—Byron

কপালকুণ্ডলানা তপ্না তপ্না থোঙতু লোনশিল্লে। তপ্না তপ্না তুংকম কাদা চংলক্লে, তপ্না তপ্না কমুংদা হিপথরক্লে। মীওইবগী থম্মোইদি মপাল নাইদ্রবা সমুদ্রনি, মদুগী মথক্তা মোংলৈ মুংশিংনা খোংলৈ কঞ্জা হুক্লক্লবদা, কনানা ঈথকশিংদুবু মশীং থীবা ঙমগনি? কপালকুণ্ডলাগী থম্মোই-সমুদ্রদা হৌরকলিবা ইথকশিংদুবু কনানা মশীং থীরুগনি?

অহিং অদু নবকুমারদি মথবাই মুংঙাইখিদবনা মমুংগী কাদা চংলকত্রে। তুংকম কাদা কপালকুণ্ডলা মথন্তুমক হিপ্লে, অদুবু তুমথবদি য়াদ্রে। অকনবা মুংশিংনা হুম্লবা নোংমরিক্তা পুংলুপ লুপ্লবা জটা মপুম্না কোয়শিল্লবা মাইথোংদু অমম্বা মরক্তু দস্তু মাইকৈ মরিমক্তা উরকলে, কপালকুণ্ডলানা মমাংঙৈগী বাযোলপুম্বা, খম্বুমনা লৈরবা হৌরকলে, কাপালিক্কী মকমদা মথাক্তা ওন্থোকপা শাঙ্কং চংলমদুনা তুমিন্না লোন্না চেল্লকপা, মদুসু নিংশিংলক্লে; কাপালিক্লা

[illegible]বা উমুংহুদা তৌবা মুংশিহৈত্রবা থবক পূম্নমক্কু স্নু নিংশিংলক্লে; মমাক্না তৌবা ভৈরবী পূজা, নবকুমারবু পুনবা পূম্নমক মথং মথং নিংশিংলক্লে। কপালকুণ্ডলা কোকচাণ্ডবী কারক্লে। মম্নদা অহিংগী থৌরোক পূম্নমক্কু স্নু নিংশিংলক্লে। শ্যামানা হিদাক পাম্বা, নবকুমারনা খাম্বা; মাবু কপালকুণ্ডলানা চৈরম্বা, অদুদগী থাবল-লক্তা উমংগী মমক্না, উমুংদা শুক্না মম্বা, উমুংহুদা মাগা থেংনখিবা থোঙলোইদুগী ককয়রবা শক্তম পূম্নমক্কু মহাক নিংশিংলক্লে।

নোংপোক মাইকৈদা চিংথৈ-লৈমগী লুহুপ মণ্ডাল কাওরক্লে; মতমদুদা কপালকুণ্ডলা থজিক্তুং তুম্লিংবা কাওরক্লে। হাইকেৎ উইরো-রোল তৌবদুদা কপালকুণ্ডলানা মণ্ড অমা মণ্ডলকই। মহাক মমাংথেদা উথিবা সমুদ্রগী মম্নাইদুদা হি তোংদুনা চংপগুম তৌই। হিদু য়াম্না ফজে, মদুদা অঙাংবা ফিরাল অমা থেংলি; হীরোয়শিনা লৈ পরেং ওাক্তা শিরদুনা হি হোল্লি। রাধাশ্যামগী মপাল নাইদ্রবা মুংশি ঈশৈ শক্লি। নোংচুপকী অতিয়াদগী মুমিৎনা সনা-মরীগী নোং খীকথখি। সনা-মরীদু ফংবদা সমুদ্রনা নোক্লি; অতিয়া মকোইদা মোংশিংনা সনাগী নোংলক্কুদা কোয়চেন চেন্দুনা ইরুজরি। থংহোদনা অহিং ওইশিল্লক্লে, মুমিৎ মশক উথিক্লে। সনাগী নোংপুম্বা মরুম থংদনা মাঙক্লে। শুক্না মম্নবা নোং লাক্কুনা অতিয়া শীনখ্রে। সমুদ্র ময়াইদা মাইকৈ লেপ্পা ওমদ্রে। হীরোয়শিংনা হি মমাই লৈরক্লে। কদোমদা হোমগদগে হায়বা লেপ্পা ওমদ্রে। মথোয় ঈশৈ শকপা লেপখ্রে, মক্তুগী লৈ পরেং পুম্বা থদক্তুনা লংগোকখ্রে। অঙাংবা ফীরালদু মথম্তা পাইথোকচখিদুনা ঈশিংদা তাখ্রে। মুংশিৎ

শিংকৎলক্লে ; উজাওয়ুক চাওনা ইথক কায়ক্লে, ইথক ময়ক্তগী জটা চাওনা পুনবা বাং-চাওবা নিপা অমা লাক্তুনা কপালকুণ্ডলাগী থিত্তু মথুং য়েংবা থাঙ্গৎলগা সমুদ্র ইরোম্নুংদা ইস্থখিনবা থোরাং তৌরক্লে। খুদক অসিমক্তেদা নিংথিবা শক্তম ওইরবা ব্রাহ্মণগী কৌজেং শেংপত্তু লাক্তুনা হি কায়রে। মহাক্না কপালকুণ্ডলাদা হংলকই, "নংবু লুপহুল্লোয়া লুপহনগন্থুরা ?" খংহৌদনা কপালকুণ্ডলাগী মচিন্দগী হায়দোকখি, "লুপহল্লে।" ব্রাহ্মণগী ফীজেং শেংপত্তুনা থিত্তু থাদোক্লে। মতমত্তুদা থিত্তু মখোল থোরক্লে, বা ভাংলক্লে। থিত্তুনা হায়রকই, "ঐ অরন্মসি অমুক পুবা ওমলক্তে, পাতালদা চংখুগে।" অসি হায়রগা থিত্তুনা মাবু ঈশিংদা লংথরম্মগা পাতালদা চংখ্রে।

ভুমাংনা পুংলুপ লুপ্না কপালকুণ্ডলাত্তু মত্ত মঙলম্বদগী মিকপ থোক্তুনা মমিৎ পাংথোক্লকপদা উরে, নোংঙাল্লে, মিহুৎথোং হাংলয়ে, মত্তুদা বসন্তগী নামিবনা লিরি লিরি শিংচিল্লক্রি ; তপ্না তপ্না নোম্লিবা উ-শাদা উচেকশিংনা খোংজি। মিহুৎথোংত্তুগী মথক্তা নিংথিজরবা লমলকী উরিনা মনম মুংশিরবা লৈরাংগা লোয়ননা হাইহুল্লি। কপালকুণ্ডলানা মুপীগী হৌনশা উরিশিংত্তু শেমজিন-খোমজিল্লি ; মত্তু মফম চানা অম্লুম য়েংশিল্লকপদা মবক্তুদগী চিঠি অমা তারক্লে। কপালকুণ্ডলাদি অধিকারীদা লাইরিক তম্লকই, পাবা থোকই। মথাগী অম্লুম্না পায়কই—"ভসি য়াচংবা মতুংদা ভরাং অহিংগী ব্রাহ্মণ-কুমার অত্তুগা উনবা লাকউ। নং নশাগী য়াম্না কান্নবা বা তাদিংই হায়বত্তু, তাবা ফংগনি।

অহং ব্রাহ্মণবেশী"

## ৪ শুবা মতাং

# হান্নগী উন্নফমদা।

"I will have grounds
More relative than this"

—Hamlet.

কপালকুণ্ডলানা সুমিত্তুগী য়াচংবা মতম কাওবা অতৈ ঋথল থল্লুবা তৌদনা, ব্রাহ্মণগী ফীজেৎ শেৎপদুগা উনরুবসি চুম্ন্া। চুমদত্রা হায়রবসিতা, মণ্ডল মণ্ডল থন্দুনা লৈয়ক্রে। মপুম্মোইবা নিংবী সুপীনা অহিংদা অচিকপা মকমদা মশক থংদবা নিপাগা উমবসি চুমদে হায়বা ঋথল্লোমদদি মহাক মপুক্লিংদা চিংনবা পোক্কে; মসিগী মরমদা মহাক্না মপুক্লিং চপ মুংনা থল্লিবদি, উমবগী মরমহুমা কত্তবা নত্রবদি মহুদা করিমত্তা দোষ লৈতে—নিপাগা নিপাগা নত্রগা সুপীগা সুপীগা উমবা ম্নাবগুম, নিপাগা সুপীগম্ন্থ অদুম্মক উনবা য়াই, উমকমহু থোকই হায়না মাম্না খল্লি; মদুগী মথক্তা ব্রাহ্মণগী ফীজেৎ শেৎপদু নিপাম্না নত্রা হায়বসি চিংননিংঙাইনি। মরম অদুনা মদোমদা চিংনবগীদি কান্নফম লৈতে; অদুবু উনবসিদা অফবা থোকত্রা ফত্তবা থোকত্রা হায়বসি অম্মেপ্পা থংদবনা কপালকুণ্ডলানা কম্না চিংনবা পোকপনি। অহানবদা ব্রাহ্মণগী ফীজেৎ শেৎপদুগী মাঙাং, মক্তুংদা কাপালিকপু উবা, অদুদগী মঙ, পুম্নমকসিনা কপালকুণ্ডলাদু মাগী থুদোংথীবা থোক্লগদবা কয়া লাপত্রে হায়বসি কম্না চিংনবা অমা পোকখি। থুদোং থীবসি কাপালিক্না লাক্লিবদুগা মখী লৈনৈ হায়না চিংনবদম্থু থোইনা মরম চাদবনি হায়না থন্দে। ব্রাহ্মণগী ফীজেৎ

শেৎপসি মাগী খোঙলোই ওইনা তৌই, অদুনা মাগা উনবদা, মশানা চিংনখিবদুগী খুদোংথিবদুদা তাবস্তু য়াই। মহাক্না তশেংনা হায়, কপালকুণ্ডলাগী মরমদা বা তান্নরম্মীবনি হায়না। অদুবু থোদোকসিনা মাগী খুদোংথীবদু কোকথিনবগী মরম অমা ওইরবস্তু ময়াই। ব্রাহ্মণ-কুমারদুনা অতোপ্পা নিপা অমগা লোয়্না বা তান্নরম্বদু কাপালিক অসিনি হায়না নিংই। বান্নী শাবদুদা কনাগুম্বা অমা কন্না হাৎনিংবগী থাকম য়াওথি; মদুমক নক্রগনা মপুন্সিগী তাম্মোকপা! কনানো মীশক্কো ? ব্রাহ্মণগী ফীজেৎ শেৎপদুনদি তশেংনমক হায়খি, কপাল-কুণ্ডলাগী মরমদা লৌতুনরিবনি। অদুদি মহাকপু হাৎনবা নক্রগা মহাকপু পুন্সি চুপ্পা তাম্মোক্নবা থন্নরম্বদা তারে। থন্নরগা থন্নরেদনা!— অদুদগী মঙদু, মঙদুনা তাক্লিবদি করিনো ? মঙদা ব্রাহ্মণগী ফীজেৎ শেৎপদু য়াম্না খুদোংথীরবা তানকমদা লাক্কুনা মাবু কনবিগে হায়রম্মী, তাইবংদসু মদুমক থোক্লে। ব্রাহ্মণগী ফীজেৎ শেৎপদুনা বারম পূম্বা তশেংনা হায়দোকে হায়রি। মহাক্না মমঙদা হায়খি, "লুপহল্লো", তাইবংদসু মদুম্না হায়রগদ্রা ? নত্তে-মত্তে মনাইবু চানবিরবী ভবানীনা থৌজানখিদুনা মঙদা মাবু কন্ননবা পাওতাক পিবিরম্মে, ব্রাহ্মণগী ফীজেৎ শেৎপদু লাক্কুনা মাবু কন্নবা থৌরাংবিররে ; মাগী মত্তেং লৌরবদি লুপথিবদা তাই মরম অদুনা কপালকুণ্ডলানা মাগা উনবা তাই হায়ম্না মপুক্লিংদা লপ্লে। অশিংবা মীনা অসুম্না লেপকল্লে। লেপ্লোইদ্রা হায়বদি চিংনিংডাইনি। অদুবু অশিংবা মীনা লেপ্পা ঐখোয়গা মরী কন্নিমতা লৈনদে। কপালকুণ্ডলাদি অদুকহাক্লা পাংশিং শিংবী মত্তে. অদুনা অশিংবা অমগুম মপুক্লিংদা লেপল্লে।

খংনিং-উনিংগনবী মুপীগুম মপুক্লিংদা লেপখ্রে, চীং-লেম্নবা নিংথি-শক্তম উজনিংবী মথোক কারকপী অমগুম মপুক্লিংদা লেপখ্রে, অহিংদা উম্নুং-ম্নাপুং কোয়নিংবী সন্ন্যাসিনা য়োকপী মুপীমচাগুম মপুক্লিংদা লেপখ্রে, ভবানীদা ভক্তি চেৎনা লৈরবী অমগুম মপুক্লিংদা লেপখ্রে, চাক্লিবা ইৰৈন্না চোংশিন্নিংবা মৈয়ানবীগুম মপুক্লিংদা লেপখ্রে।

য়্নাচংলকপা মতুংদা ইমুংগী থবক খয়দং তৌরম্লগা কপালকুণ্ডলাদু হাম্নগুম উমং তম্না খোঙশাল্লক্লে। কপালকুণ্ডলানা চৎলমদাইদা তুম্নম কাগী থাওমৈদু মৈরী চাওনা থাল্লম্মি। মহাক্না কাদুদগী হেক থোক্লকপগা, ইমুংগী থাওমৈদু মুৎখ্রে।

খোঙ থাংদোরক্লগা কপালকুণ্ডলানা ম্না অমা কাওথোকখ্রে। ব্রাহ্মণগী ফীকেৎ শেৎপদুনা করম্না মফমদা উনসি হায়রকপনো? অদুনা অমুক চিঠিদু পাবদা তারে। ইমুংদা অমুক চংলক্লগা অমুক্না চিঠি থনম্না মফমদুদা চংদুনা থিরক্লে, অতবু চিঠিদি লৈরমদ্রে। মতাক নিংশিংলক্লে, শম পুনবা মতমদা চিঠি অদু শাগোম্লনবা হায়দুনা শমজীদা য়েপশিনখি। অদুনা শমজী মরক্তা খুদোনবী লোনশিন্দুনা থিরক্লে। খুদোনবীনা চিঠি অদু থেংনরক্তবদুদা শমজীদু পূমচাই চাইনা থাদোরক্লে, অদুবু চিঠিদুদি শুকপেং থেংনদ্রে। অদুদগীদি ইমুংগী মফম খুদিং শীন-থুংনা থিবা লাক্লরক্লে। অদুদম্নু কংত্রদুনা মমৈথংদা হাম্না উনখিবা মফমদুদা উনবা য়াই খন্দুনা অমুক খোঙ-শাল্লক্লে। মতম শংত্রদুনা য়াম্নবা শময়ামদু অমুক হম্না পুমশিনবা ওমখিদ্রে, অদুনা ওসিদি কপালকুণ্ডলাদু লৈশাম্নিবৈগী মতোঙম মলম-মনা ইফা ফানা অদুম্মক চৎলক্লে।

---

## ৫শুবা মতাং

# থোঙজিন্দা।

"Stand you a while apart,
Confine yourself but in a patient list."

—*Othello.*

য়াচংকাত্রিবৈদা কপালকুণ্ডলানা ইমুংগী থবক ইমথাং নোম্নিবৈদা চিঠিদু শমজাৌদগী নাম্বরক্তুনা লৈপাক্তা তাখি। মদু কপালকুণ্ডলাদি থংখিদে। নবকুমারনদি উই। শমজাৌদগী চিঠি তারকপদু উবদা নবকুমার য়াম্না ঙকখ্রে। কপালকুণ্ডলানা অতৈ থবক তৌবা চৎপ্রবদা মপান্দা চত্তুনা চিঠিদু পাক্লরে; চিঠিদু পাবদা থনফম থোকপসি য়াফম অমতানি। "ঙয়াং তানিংই হায়বা য়াদু, তাবা ফংগনি" কয়ি য়ানো অদুদে? নুংশি-নুংঙলগী য়ারা? ব্রাহ্মণগী ফীজেৎ শেৎপদু মৃন্ময়ীগী লোম্না চামবা মীশকলা? হৌখিনা অহিংগী য়ারোল থংদবা মীদদি, অসি নত্তুনা অতৈ অমুক থনফম লৈতে।

মপুরোইবা নিংবী নুপীনা, মপুরোইবগা লোয়ননা শিমিনবদা মক্তুগা অত্তোপ্পা মরম অমদগী কনাগুম্বনা চংনা চংনা পোৎলোইবগী শীঙথক্তা কারবা মতমদ', শীঙতুদা মৈ চুবক্রবদা, অহানবদা মৈথু মপৈনা মাইকৈ মরিমক কোয়শিল্লকই, মিং উবক্তে, মমশিল্লকই; অদুদগী শীঙ মপৈনা চাকপা হৌরকপদদি অহানবদা মথারোমদগী লীলনা চীকপগুম মৈরি অমা অনি লাক্তুনা হকচাংগী মফম থবদা চিক্লকই, মমৈথংদ। মথোল হৌনা মাইকৈ মরিদগী মৈরি পাইশিল্লক্তুনা হকচাং শীন্থুংনা চাকথেকলকই; অরোইবদা মৈরি ময়ামদু কমা

লৌলহুনা অতিয়া পুম্বা চাকখেকপগুম তৌরগা কোক্তোন লারখং-লমুনা উৎপুং ওইনা তাহল্লকই।

নবকুমারসু চিঠি পাবদা হায়ম্বিবসিগুম থোক্লে। অহানবদা তাম তাবা ঙমদে। অদুদগী চিংনবা, মথংদা অয়েপ্পা, মমৈথংদা মৈচাক। মীওইবগী থম্মোইদি কা হেন্না যাবা মত্রেগা কা হেন্না মুংঙাইবনি অমুক্তদা থংকাও ফাওবা ঙমদে, মথং মথং অসুম কাওরকই। নবকুমারবু অহানবদা মৈথু মপৈনা কোয়শিল্লে; মথংদা মৈম্বিনা থম্মোই চাকহল্লে; মমৈথংদা মৈম্বি ময়াম্না থম্মোইবু উৎ ওনহল্লক্লে। মসিগী মমাংদা নবকুমারনা, কপালকুণ্ডলাবু হিরম খরদা মানা হায়বা ইন্নবা থেংনখি। মরু ওইনা কপালকুণ্ডলাদি মানা কনা থিংদুনসু চৎনিংবা মকমদুদা মথন্তা হেক্তুমক চৎলি; থংনবা থংনদবা লৈতনা চৎনিংবা শাজন্তু মা চৎলি; অদুগীসু মথক্তা মাগী যা থৌশাদনা অহিংদা মখন্তা উমং যামংদা কোয়থোকই। কনাগুম্বা অমা ওইরবদি চিংনকম ওইর-পল্লবনি, অদুবু নবকুমারগী থম্মোইদা কপালকুণ্ডলাবু চিংনবা পোক্লবদি মতম কুইনা কোকওমত্রেবা বৃশ্চিকনা চিকপগুম থোকনি হায়বসি খংদুনা, মহাক নোংমতা ফাওবা চিংনবা পোকহনবা তৌখিদে। ঙসিসু চিংনবা করিসু পোক্কে, অদুবু ঙসিদি চিংনবা নত্তে, অচুম্বমক্তি হায়না লৌরে।

মৈচাকী অহানবা শাফুত নেমথখুবদা, নবকুমারনা তুমিন্না কমদুনা য়াম্না কুইনা কপ্তু না লৈরে। কপ্লবা মতুংদা মহাক খরদং তপথরক্লে। অদুদগী মহাক করি তৌসিগে হায়বতু মপুক্লিংদা লেপ্লক্লে। মহাক ঙসি কপালকুণ্ডলাদা করিগুম্বা যা অমতা ঙাংলরোই। কপালকুণ্ডলানা

ম্নাচংবা. মতমদা উমং তাম্না চংলকপাদা, মতুং লোম্না ইমলে, কপাল কুণ্ডলানা চংলিবা পাপকী থবক্তু মমিং-মক্না য়েংগে, অতুদগী থবাক্তা থাদোক্লগে। কপালকুণ্ডলাদা কম্নিমতা হায়রোই; মথক্তা মথবাই থাজগে। অসি নত্তনা কম্নিদি তৌকম লৈরি? পুন্সিসিগী পুক্তমত্রবা গোয়ংলুম পুদুনা লৈবসি মহাক তমগদবা লৈতে।

মসুম্না লেপ্লদুনা মহাক কপালকুণ্ডলানা মপাল থোক্লকপা তাইদুনা মিচুংথোক্তলোমদা য়েংদুনা লৈরে। কপালকুণ্ডলানা মপাল থোকখিদুনা থরা থাপ্লপ চংখ্রবতুংদা নবকুমারস্তু মপাল থোক্লক্লে; মতমসিদা কপালকুণ্ডলাদু অমুক চিঠিগীদমক হল্লক্লে, মদু উবদা নবকুমার থৈদোক্তুনা লৈরে। মতুংদা কপালকুণ্ডলানা অমুক থোক্লক্তুনা থরা থাপ্লপ চংখ্রবদা, নবকুমারস্তু অমুক মতুং ইন্নবা মপাল থোক্লক্লে, তাঙ্গাসিদা মহাক্না থোক পুংফুন ফুন্না বাংলবা নিপা অমা লেপ্তুনা লৈবা উরক্লে।

কমানো নিপাসি, কম্নিগীদমক লেপ্লিবনো হায়বা মহাক কম্নিমতা খংদিংউবা লৈখিত্রে— মী অদুদা চন্নাকাও য়েংলুবা তৌখিদ্রে। কপালকুণ্ডলাতবু মিংলমগী বাংম লানখিদনবা মহাক লাংতক্লখ্রে। মসম অদুনা লম্বী থাদোক্লবা লাক্লিনা নিপাদুগী মথবাক্তা মখুংআ ইল্লক্লে; অদুবু ঈস্থোকপদি তমদ্রে।

নবকুমারনা হায়রকই, "কনানো নং? চংথোকউ ঐগী লম্বী থাক্লোকউ।"

লাক্লিবা নিপাদুনা হায়, "ঐ অসি কনানো হায়বা নহাক খংদ্রা?"

খোক্লেলদু সমুদ্রগী ইরাওথোলগুম মনাদা পাল্লরে। নবকুমারনা

মুন্না ক্লেংলকই, মতুদা মহাক্না উরক্লে, মীতু মমাংডৈদা শকখণ্ডনখ্রবা জটা চাওনা পুবা কাপালিকতুনি !

নবকুমার শাই লাওখ্রে ; অদুবু কিবদি তৌদে। খংহৌদনা মাগী মাইথোংতু মকা লাম্লক্লে হায়রকই, "কপালকুণ্ডলানা নংগা উনবা চংলিবরা ?"

কাপালিকনা হায়রকই, "নত্তে।"

চুথংপদা ভাইরিবা আশাগী থাওমৈতু খুদক্তা মুংখিবতুদা নবকুমারগী মাইথোংতু হায়গুম্না অমংবা নোংগুম মমশিনখ্রে। মহাক্না হায়রকই, "অদু ওইরবদি নহাক লম্বী থাদোকউ।"

কাপালিক্না হায়রকই, "লম্বী থাদোক্কনি, অদুবু নহাকা ভাংনগদবা রা খরদং লৈ—হান্না অদুক তাখো।"

নবকুমারনা হায়রকই, "নংগা ভাংনগদবা রাকম্বু করিনো ? নহাক ঐগী থবাই মাঙহনবা লাক্লিবা নত্রা ? মাঙহল্লু, হন্দক্তি ঐহাক করিগুম্বা অমতা অপনবা পিররোই। নহাক হৌজিক ভাইহাক্তা ভাইরমথো ঐ লাক্কে। করিগীদমক্তা ঐহাক লাইগী পেন্নবা ইশাসি কংথোক্লমত্রিবনো ? মতুগী মহৈতু হৌকিক্তি ফংলে। ঐবু কনখিবা মীতুমক্না ঐবু মাঙহল্লে। কাপালিক ! হন্দক্কি ঐবু অমুক থাজদবা তৌগনু। ঐহাক হৌজিকমক লাক্তুনা নঙোন্দা ইশাসি কংথোক্লরগনি।"

কাপালিক্না হায়রকই, "ঐহাক নংবু হাংকে হায়তুনা লাকপা নত্তে। ভবানীনা পাম্বদি মতু নত্তে। ঐনা পাংথোক্কে হায়না লাক্লিবা

থবকসি মহাকস্থ শোইদনা পামগনি। ইমুংদা চংসি, ঐনা হায়-রিবসি অমুক্তা তাখো।"

নবকুমারনা হায়রকই, "হৌজিক নত্তে। মতুংদা তাগে, মহাক ছাইরমখো, ঐহাক অরুবা থবক অমা লৈ, মতু পাংথোক্লু রগা লাকে।"

কাপালিক্লা হায়রকই, "ইবুঙো! ঐ লোয়নমক থংই, নহাক পাপচেনবী অতুগী মতুং ইনগদৌরিবনি। মহাক্লা চংকদৌরিবা মফমতু ঐ থংই। ঐহাক মংবু মফমতুদা পুহনা চংকনি। উনিংঙিবদো উহনগনি—হৌজিক্তি ঐনা হায়বসি তাখো। কন্নিমতা কিরুস্তু।"

নবকুমারনা হায়রকই, "ঐহাক মংবু অমুক কিবা লৈত্রে। লাক্লো।"

অসি হায়রগনা নবকুমারনা কাপালিকপু ইমুং তান্না পুশিন্দুনা থুদা থারে অতগা মশামকস্থু ফমথরদুনা হায়রকই, "হায়রো।"

---

## ওশুবা মতাং

# অমুক রারী শাবা।

"তদগচ্ছ সিদ্ধ্যৈ কুরু দেবকার্য্যম"

—কুমারসম্ভব।

কাপালিক্লা ফমফমদা ফম্লগা মপাম্বোম অনিদু নবকুমারদা উংলক্লে। নবকুমারনা উরে, পাম্বোম অনিমক তেক্লে।

পাবিরিবশিংনা নিংশিংবিরমগনি, কপালকুণ্ডলাগা লোয়ননা নবকুমারনা সমুদ্র মপান্দগী চেন্নকপা অহিংদুদা, কাপালিক্লা মখোরবু অসুম কোয়থি থিরকপদা বালিয়াড়িগী মতোন্দগী নিংথাইরক্লুবা

তাখি। তাম্নকপা মতমদা মখুৎ অনিনা লৈপাক্তা শৌভ্রনা মশা শোক্তুমবা হোৎনখি, মশাদি শোক্তে হায়রবু মখুৎ অনিদি তেক্লে। কাপালিকনা ব্রায়ম পূম্নমকসি নবকুমারদা তম্লগা হায়রকই, "খুৎসিনা নিক্তিগী তৌগদবা থবক পাংথোকপদা থোইনা অকায়বদি থোক্তে। অদুবু মপাঙ্গলদি কখিমতা য়াওদ্রে। শীভচনবা ফাওবা য়াম্না য়াদা থোকই।"

অদুদগী অমুক হায়রকই, "লৈপাক্তা হেক তাবগা ঐহাক খুৎ অনিসি তেক্লে হায়বা থওই, অদুগা হকচাংগী অতৈ অতৈ মফমসু ইশোক শোক্তুবদি নত্তে, ঐহাক হেক তাবগা অদুম য়াম্মুরে। অহান-বদা জ্ঞান পুমতা তারক্রে, মতুংদা ভাইহাক অমুক জ্ঞান তাই, ভাইহাক অমুক জ্ঞান মাওই। অসুম্না সুমিৎ কয়ানি লৈরুবা ঐ হায়কম থওদে। অহিং অনিগা সুংখিল অমগা ওইরাম্লে নিংই। অমুক্তা ঐহাক জ্ঞান নিংথিনা পুমতা তারকই। মদুগী হেক মমাংভুদা ঐহাক মঙ অমা মঙই। ইমা ভবাণী—" অসি হায়না হায়না কাপালিকনা মশাদু ভু খ্যাও চুংলকই: "ইমা ভবাণীনা তশেংতশেংনা ঐগী ইমাংদা লেপ্লবগুম তৌই। পিশুম শুক্লদুনা ঐবু চৈরে; হায়রকই, 'হায় ফত্রবা! নংনা নপুকচেন শেংদবনা ঐগী পূজাদা অকায়বা থোক্লিবনি। নং ওসি ফাওবা নশাগী ইন্দ্রিয়-পেলহম্নবা লাক্লবনা মথোক কারক্লিবীসিগী ঊনা অমুক কুইবসি ঐবু পূজা তৌদ্রিবনি। অদুনা সুপীমচাসিগী হাক্তক্তা নংগী মমাং-ভৈদগী তাপ্পরকপা মহৈ পুম্নমক মাওলবনি। ঐ নত্তোম্দগী কৈদৌ-সুংদসু পূজা লৌরম্রোই।' মদু তাবদা ঐনা ইমাগী চরন্দা ওন-পোইনা

কপচয়ক্লবদা ইমান। থৌজানবিয়ক্লনা হায়রকই, 'মহুগী প্রায়শ্চিত্ত অরভং তাক্লে। কপালকুণ্ডলাহুবু ঐগী ইকমদা বলি কৎলু। মহু ঙমদ্রিবা ফাওবা ঐগী পূজা তোগদু।"

"কয়ানিগী মতুংদা, করম তৌনা ঐ অনাবা ফরকপা হায়বহু অমুক তম্লুহুনা কামদে। অনাবা ফরক্লবদা ঐ দেবীগী য়াথং ঙাক্লবা হোৎনরকপনি। অদুবু ঐগী পাম্বোম অনিসি অঙাংমচা অমগী পাম্বোম য়ৌনা কনদ্রে। পাম্বোমগী পাঙ্গল য়াওদমদি হোৎনবি-বসিগী মহৈ য়ামফম লৈতে। অদুনা তেংবাংবিনবা মী অমা চংবা তাই। অদুবু মীওইবগী মরক্তা ধর্ম্মবু লুনা থনবা মীসি তাঙই—মহুগী মথক্তা কলিগী থমথেংলকপা যবন নিংথৌগী পাপকী লৈপাক মঙাকলিবু কিবনা কনানসু অসিগুম্বা থবক্তা তেংবাংউ ঙায়বা য়াদে। য়াম্না কন্না কোয়থি থিরবা তুংদা ঐহাক পাপচেনবীসিগী লৈকম থজলকপনি। অদুবু ইপাম্বোম অনিসি মপাঙ্গল শোনমনখিবনা ভবাণীগী য়াথং ঙাকপদি ঙমদ্রি। নিংবদং থুংননবা তন্ত্রগী হৌনবী মতুংইন্না পূজা-মুংজ অদুক তৌবদু মঙাই। ঙরাং অহিং নাক্তগী উমংসিদা হোম তৌই, মহুদা ঐগী ইমিৎসিমক্না, কপালকুণ্ডলাগা ব্রাহ্মণকুমার অমগা পুন্নপ লৈমিন্নবহু উই। ঙসিসু মহাক উনবা চৎখিবনি। য়েংনিংলগা ঐগী ইতুং ইল্লকউ, উহনগে।"

"হবুঙো। কপালকুণ্ডলাসি হাৎপদা মতিক চায়বীনি—ঐহাক ভবাণীগী য়াথং মতুংইন্না মহাকপু হাৎলগনি। মহাক নংগী নকমদসু লৌনম-শাজৎ চৎলবীনি—নংসু মাবু হাৎফম থোক্লবনি, অদুনা নং ঐগী ইতেং পাংলো। লৌনম-শাজৎ চৎপীসিবু ফারগা ঐগা লোয়নন্না

যঞ্জ তৌকমদা পুডুনা চৎলু। মফমডুদা নথুৎমক্না মাবু বলি তৌ মতুতনা লাইরেম্বীগী মফমদা লঙজখিবা নয়ালগ্ন কোক্কনি; অফবা থবকসি তৌরবদি অমাঙ-অতা লৈত্রবা পুণ্য ফংগনি, লৌমম শাজৎ চংপীগী মতিক চাবা দণ্ড পিবস্থ ওইগনি; লম্মন থুম্বগী থম-থেংনা মপুং ফাবা হায়বডুস্থ থোকনি।"

কাপালিকনা ঙাংগদবা বা লোইরে। নবকুমারনদি বা মচেৎ অমকাও ঙাংদে। কাপালিক্না মহাক তুমিন্না লৈবডু উরডুনা হায়রকই, "ইবুঙো! হৌজিক্তি নহাকপু উহনগে হায়বডু য়েংউরসি চৎলো।"

নবকুমারডু মশাপুম্না হুমাংনা পুমচোৎ চোৎলডুনা কাপালিক্কা লোয়ননা লাক্লে।

---

## ৭ শুবা মতাং

# লোন্নবীগা বারী শামিন্নবা।

"Be at peace it is your sister
that addresses
you, Requite Lucretia's love."

—**Lucretia.**

কপালকুণ্ডলানা য়ুমদগী থোক্লক্লগা উন্মুং তম্না চংখ্রে। অহানবদা অতেকপা য়ুমডুগী মন্নুংদা চংই। মফমডুদা ব্রাহ্মণগা থেংনরে। কয়িগুম্বা মুংথিল ওইরম্মবদি, উবা ফংলমগদবনি, মাগী মাইথোংডু ওন্থোকনা য়াম্না মকশিন্নি হায়বা। ব্রাহ্মণগী কীজেৎ শেৎপডুনা কপালকুণ্ডলাদা হায়রকই, "মফমসিদা কাপালিক লাকপা য়াই, অমুক

মকমন্নিরা লৈথবা চুমত্রে। অতৈ অতোপ্পা মকমদা চৎলি।" উপুংত্রনা হাইব্রেকতুং পাকপা লম অমা লৈ, মদুগী মাইকৈ মরিদা উপ্পাললা কোম্বশিল্লি; ময়াইদা ইকোক-কোকই; মকমদুদগী লম্বী মচা অমা মপাল্লোমদা চৎখি্র। ব্রাহ্মণগী কীজেৎ শেৎপদুনা কপালকুণ্ডলাবু মকমদু তাম্না পুরক্লে। মবানিমক কমথরবা তুংদা ব্রাহ্মণগী কীজেৎ শেৎপদুনা হায়রকই, "ইহান হানবদা ঐগী ইশক তাকখিগে। মদু তারগা, ঐগী বাসি কদাইকাওবা থাজবা য়াবগে হায়বদু নহাক খঙবা ঙমগনি। নহাক্না নপুরোইবগা লোয়নবা ছিজলী লৈপাক্কী লাকপা মতমদুদা, লম্বীদা অহিং যবন-নিঙোল অমগা থেংনখি। মদু নহাক নিংশিংলিব্রা?"

কপালকুণ্ডলানা হায়রকই, "ঐঙোন্দা লিক-কোল ময়াম পিরম্বীদুরা?"

ব্রাহ্মণগী কীজেৎ শেৎপীদুনা হায়রকই, "মানি, মীদু ঐমন্নি।"

কপাকুণ্ডলাদু পুমঙক ঙকখ্রে। লুৎফ-উন্নিসানা মামা ঙকপদু উবদুনা হায়রকই, "অদুদগী হেন্না ঙকপা বাফমন্থু লৈরি—ঐহাক নংগী লোম্নবীনি।"

কপালকুণ্ডলানা ঙকপগী পন্দোল লোম্নদুনা হায়রকই, "করিনো হায়রিবা বাদুবো?" মদুদা লুৎফ-উন্নিসানা মকোক্তগী লোইবা ফাওবা মশাগী পরিচয় তন্নে। লুহোংবা, জাৎ তাবা, মপুরোইবনা থাদোকপা, ঢাকা, আগ্রা, জাহাঁগীর, মেহের-উন্নিসা, আগ্রা থাদোকপা, সপ্তগ্রামদা লৈবা, নবকুমারগা উনবা, নবকুমারনা চৎপা থাদোকপা, ওমাং সুমিদাংবাই কীজেৎ লোতনা উমংদা লাকপা, হোম তৌরবা

মীনাঃ থেংনবা—পূন্নমক চিথদনা ভয়ে। মতম অসিদা কপালকুণ্ডলানা হংলকই, "মহাক কন্নিগীদমক ঐখোয়গী য়ুমদা কীজেৎ লোত্তুনা চংগে নিংজন্নিবনো ?"

লুৎফ-উন্নিসানা হায়রকই, "নংগা নপুন্নোইবগা পুন্সিমিনবা কান্নবনবা মীনগে হায়দুনা।"

কপালকুণ্ডলা বাখল তৌবা হৌন্নকই। অদুদগী হায়রকই, "মদু করম্না পাঙথোকদৌন্নিবা ?"

লুৎফ-উন্নিসা। নংগী নপুন্নোইবদু নংগী নরমচত্তা চিংনবা গোক্কবা থৌন্নাংগে হায়না খল্লন্নি। অদুবু মদু থংউদনা কান্নক্রে, ঐ মদোমদা থবক চথগে হায়না খল্রে। হৌজিক মহাক্না, ঐনা হায়ন্নিবসিগী মতুংইন্না থবক তৌরবদি, ঐনা নিংলিবসি অদুম্মক থুংগনি—অদুগা নংগী য়াইফবসু ওইগনি।

কপা। হোম তৌবা মীদুগী মফমদা মহাক কনাগী মমিংদি তাখি ?

লু। মহাক্কী নমিং। মহাক্না নংগী য়াইফনবা হোম তৌন্নিব্রা মক্রগা মাঙনবা তৌন্নিব্রা হায়বদু খঙগে হায়দুনা, খুরুম্নগা মনাক চংদুনা ফমলুবনি। মাগী থবক্তু লোইন্নিমথৈ ঐহাক অদুম্মক ফমদুনা লৈরম্মী। হোম লোইরবা তুংদা নংগী নমিং পন্দুনা হোম তৌন্নিরদুগী মরম লোশিং তৌদুনা হংলম্মী। ভহাক বান্নী শান্নবা তুংদা নংগী মাঙনবগীদমক্তা হোম তৌবনি হায়বদু খঙলে। ঐসু মদুমক্কি পান্নিবা। বাকমসি মভোন্দা ঐনা খঙহল্লে। খুদক্তুদা ঐখোয় অমগা অমগা তেংবাংনবদা লেপ্প্রে। মক্ক ওইনা বান্নোল থবা তান্নবা

মহাক্না ঐবু অত্তেকপা য়ুমথুদা পুশিল্লে। মকমথুদা মানা পাম্লিবহু কোংদোরক্লে। নংবু হাৎপসি মাগী অপাম্বনি। ঐহাক্তি মথু খোইনা পামল্লুদে। ঐহাক মপোকসিদা পাপ্তমক তৌথুনা লাক্লে, অথুন্না মহাক লৈত্তনা মুপীমচা অমবু হাৎনবা খোন্নাংবগী পাপ্ত য়োনদি, পুক্লিং থিংজিল্লুবা লৈত্রি। ঐহাক মানা হায়বথু য়াদ্রে। তাঙ্গাথুদা নহাক মকমথুদা লাকখিবথুনি। নহাকস্থু খরদি তারমগনি হায়না নিংই।

কপা। ঐস্থু মথুম্না য়েংনবা অমদি তায়।

লু। নিপাথুনা ঐবু অপঙবা খঙদবনি খন্দুনা পাওতাক খন্না পিগে হায়। মথু তাখোক্লগা মতুংদা করি তৌগদৌরিবা হায়বথু খঙলগা, নঙোন্দা তমগে হায়থুনা নংবু উনুংথুদা ঙাইরম্মু হায়না খনখ্বনি।

কপা। অথুদগী অমুক হল্লক্তি্রবদি করিগীনো?

লু। মহাক্না বা ওস্থোক্লা য়াম্না শাংনা ঙাংখ্রে; বারমথু তাবদা খেঙদোকখ্রবননি। নহাক নিপাথু নিংখিনা খঙব্রা? কনানো হায়বা লাকশিনবা ঙম্ব্রা?

কপা। ঐবু মমাংদৈদা য়োকপিরকপা কাপালিক্তুনি।

লু। মানি, মহাক্তুনি, কাপালিক্না অহানবদা নংবু সমুদ্র মপান্দা থেংনবা, মকমথুদা য়োকপা, নবকুমার লাকপা, মাগা লোয়ননা নং চেনখিবা, পুম্নমকসি ঐঙোন্দা তশ্মী। নখোয়না চেনখ্রবা তুংদা খোকখিবা থৌদোক পুম্নমকস্থু চিংখদনা তম্মি। মথু পুম্নমক্তুদি নং খঙলম্লোই। মথু নহাক নিংখিনা খঙনবা তমগে।

অসি হায়রমথুনা লুৎফ-উন্নিসানা, কাপালিকনা লৈপুং মতোম্নগী

ওইবা, মথুং তেকপা, মগুখিবা মঙ, পুম্নমক তম্লে। মতুং তাবদা কপালকুণ্ডলা খংহৌদনা ম-ডু খ্যাও চুংখ্রে—থম্মোইমুংদা লোংখাং কুপ্লগুম তথক-তথকখ্রে। লুংক-উম্মিসানা হায়রমই, "কাপালিক্কী অচেৎপা ব্রাশক হায়রবু ভবানীগী য়াথং ওাকপা। মপাম্বোমদদি পাঙল য়াওদ্রে, অদুনা অতোপ্পা কনাগুম্বগী মতেং কম্না থিরি। ঐবু ব্রাহ্মণ মচানি খন্দুনা মতেং পাংহন্নবা ব্রারম পুম্নমকসি তমথোকপনি। ঐহাক হৌজিক ফাওবা ফত্তবা থবকসিদা য়াদ্রি। লাকমেদ্রবা থম্মোইসিগী অৱেপ্পা ব্রাদি হায়বা ওমদে, অদুমকপু ঐহাক কৈদৌম্নুংদা য়ারোই হায়রবসিমদি কম্না থল্লি। ব্রাশকসিগী ওন্না তৈনবা মওংচুম চৎকে নিংই; অদুনা ঐহাক্না নংবু উনবনি। অদুবু থবকসি ঐহাক, ঐগী ওইজব পুমথা থাদোক্কনা তোবমক্তি নত্তে। নংগী থবাই কল্লে। নংস্তু ঐগীদমক থরদং তৌ।"

কপালকুণ্ডলানা হায়রকই, "করি তৌ হায়বগে?"

লু। ঐবুস্তু থবাই কল্লু—নপুরোইববু থাদোকউ।

কপালকুণ্ডলাদু ফনা কুইনা ব্রা ওাংখিদ্রে। য়াম্না কুইরবগী মতুংদা হায়রকই, "ইপুরোইববু থাদোক্লগা ঐদি কদাইদা চৎকনি।"

লু। মীরৈবাক্তা—য়াম্না থাপ্পা, নঙোন্দা লৈনবা দোলাল পিগনি—লন-থুম পিগনি -মীনাই নুপী নিপা পিগনি, ব্রাণী অমগুম্না লৈগদবনি।

কপালকুণ্ডলা অমুক হন্না ব্রাখল তৌবা হৌরকই, পৃথিবীগী মফম পুম্নমক ব্রাখলগী মিৎয়েংনা য়েংলকই—মফম কৈদস্তু কনাগুম্বা অমতা উবা ফংখিদ্রে। থম্মোইম্নুংদা মিৎফম থমদুনা য়েংলকই—

মক্কমদুগুম্ নবকুমারবু উবা ফংদে, অদুদি করিগীদমক লুৎফ-উন্নিসাবু মুংঙাইবা লম্বী থিদুনা থমগনি? লুৎফ-উন্নিসাদা হায়রকই, "নহাক্না ঐগী কাম্বনবা তৌত্রা তৌদত্রা হায়বদু, ঐহাক হৌজিক্কী কাওবা থংবা ঙমদ্রে। দোলাল, লন-থুম, মীমাই মুপী-নিপাগীদু থোম্বনা কাম্ববা লৈতে। ঐনা নংগী মুংঙাইবা লম্বী করিগীদমক থিংদুনা থমগনি? নংনা নিংলিবদু থুংলসনু—হয়েংদগী মৈখাইবক পিদ্বিবীসিগী করিগুম্বা পাও অমত্তা তাবা ফংলরোই। ঐ উমংদা লৈবী ওইরম্মী, অমুক উমংদা লৈবী ওইখ্রগনি।"

লুৎফ-উন্নিসা পুমঙক ঙকখ্রে, অসুমনা খুদক্তা হেক য়ারকনি হায়বসি মহাক কদৌমুংদা থাজরমদে। মহাক শুমহৎখ্রদুনা হায়রকই, "ইনাও ইবেম্মা—নহাক কুইনা পুন্সিবা ওইয়ু, ঐগী থবাই নংনা কনবিরে। অদুবু নহাক্না চংজফম লৈতবী অমা ওইনা চৎথিবদি ঐ কদৌমুংদা য়ারোই। হয়েং অয়ুক নংগী ননাক্তা ঐগী থাজরবী হৈশিংলবী মীনাই মুপী অমা থারকে। মহাক্না লোয়ননা চৎলু। বর্দ্ধমান্দা ঐগী মরূপ য়াম্না মতিক মগুণ লৈবী নুপী অমা লৈ—মহাক্না নংগী য়াইফনবা হিরম পুম্নমক শীনগনি।"

লুৎফ-উন্নিসা অমসুং কপালকুণ্ডলানা অসুক্কী মতিক পুক্নিং থিংজিন্না ৱারি শাখ্রে মতুদি, মমাংমক্তদা থোকপা খুদোংথীবা কাওবা উবা ফংদ্রে। মখোয়না লৈরিবা মফমদুদগী মপাললোমদা চৎখ্রিবা উমুং-লম্বীদুগী চিদাইদা কাপালিক্না নবকুমারগা লেপ্লদুনা, মখোয়বু থাজনা মিৎয়েংনা য়েংলি হায়বসি করিমত্তা উবা লৈখিদ্রে।

নবকুমারনা অমসুং কাপালিকনা মখোয়বু চুম্নগী মপক উবজনি,

মরাইরক থীবনা মখোয়না ঙাংনরিবা ৱায়োলদু অদুক থাক্লদগীদি মচেং অমা কাওবা তাবা কংথিদ্রে। মীওইবগী মিং নাকোংসি লাপ্পা চপ মান্নবা চংপা ঙম্নবদি, অবা অনাগী ইচেলসি ময়েং তারমগঙ্গা নঙ্গা হেনগংলমগদ্রা হায়বদু কনানা খঙগনি? তাইবং-শেন্না থুংশেমসি অঙকপা শরোগী মশক্কি।

নবকুমারনা উয়ে, কপালকুণ্ডলাদু মশম মনা ইকা-কাই। কপালকুণ্ডলানা মাগী ওইদবা মতমদদি, মহাক শমজী থক পুনদে। অদুগা অমুকস্ন উরক্লে, শময়াম অদু ব্রাহ্মণকুমারগী নঙ্গন তান্না চাই-থোরক্লুনা মাগী মরেংবান্দা হাইথরক্লিবা শমশিং অদুগা য়েংশিন্নরি। কপালকুণ্ডলাগী শময়াম অদু অসুক্কী মতিক শাংখ্রে অদুগা খোল নেম্না ৱারি শাবা তা-বনা মখোয় অনিদু অসুক্কী মতিক নকশিন্ননা কমখ্রে মদুদি, লুৎফ-উন্নিসাগী মনমগন য়োনা কপালকুণ্ডলাগী শমশিং অদু শন্দোক্লম্মী। মদু মখোয় অনিদি কনামত্তা খঙদে। অদুবু নবকুমারদি মতৌদু উবদা তপ্না তপ্না লৈপাকথক্তা কমথখ্রে।

কাপালিকনা মদু উরদুনা মাগী মখ্বাংদা য়াল্লিবা য়ুবীগী পাত্র অমা লৌথোক্লগা হায়রকই, "ইবুংঙো! নপাঙ্গল শোস্থরক্লে, হিদাকসি থকউ, ভবানীগী প্রসাদনি। থকউ, নপাঙ্গল কনখৎকনি।"

কাপালিকনা নবকুমারগী চিনবান ময়াদা পাত্রদু পুশিল্লক্লে। মহাক্না থোইনা খোয়জংলুবা লৈতনা মদু থক্লুনা খোরাংলম্বা মৈচাক্লু কোকহনখ্রে। নবকুমারদি, হাওরবা মহী অসি কাপালিক্কী মথুংমক্তা শেম্বা ময়াই কল্লবা য়ুনি হায়বা খঙদে। হেক থকপগা মশাদু তেকখৎলক্লে।

অমসোমদা লুৎফ-উন্নিসানা হান্নগুম খোঞ্জেল নেম্না কপালকুণ্ডলাদা হায়রকই, "ইনাও ইবেম্মা ! নংনা তৌরিবা থবকসিগী লম্মন শিংনবা ঐগী পাঙ্গল লৈতে ; অদুবু ঐবু নংনা পুন্সিসিদা কাওবিররবদি, ঐগী লুংস্তাইজবা হায়বদু ওইগনি। ঐনা পিথিবা লিক-কোলশিং অদু নহাক লাইরবশিংদা য়েনথোকপিখ্রে হায়না তায়। হৌজিক্তি ঐ করিমত্তা য়াওরক্তে। ভয়াং কাম্নরবা য়াই হায়দুনা শমলক্তা খুদোপ অমত্তং য়েপশিল্লকই, ঈশ্বরগী কৃপাদগী পাপকী থবক্তু তৌদবদা তারে। খুদোপসি নহাক থম্মু। মতুংদা খুদোপসি উরগা যবনী মচেসিবু হেক হেক নিংশিংবিয়ু। ভসি করিগুম্বা নপুম্নোইবনা, খুদোপসি কদাইদগীনো হায়না হংলক্রবদি, লুৎফ-উন্নিসানা পিরকপনি হায়না থুম্মু। অসি হায়দুনা লুৎফ-উন্নিসানা মাগী খুদোনবীদগী মমল য়াম্লবা খুদোপ অমা লৌথোক্তুনা কপালকুণ্ডলাগী মখুত্তা পিরে। নবকুমারনা মতুংসু উরে। কাপালিকনা মাবু ফাদুনা থনম্মী ; অমুক মশাদু নিক্লকপা উরদুনা অমুক হন্না মাবু য়ু পিথক্লে। য়ুনা নবকুমারগী থোপ মপুংদা চংখিদুনা মাগী মরমচং মাংহল্লক্লে, মুংশিবগীময়োল ফাওবা ফুক্তোক্লক্লে।

কপালকুণ্ডলানা লুৎফ-উন্নিসাগী মফমদগী বিদায় লৌদুনা ময়ুম-লোমদা হল্লক্লে। মতমদুদা নবকুমার অমসুং কাপালিকনা লুৎফ-উন্নিসানা উরোইদবা লম্বী অমরোমদা কাপালকুণ্ডলাগী মতুং ইন্নরক্লে।

---

## ৮শুবা মতাং

# য়ুমলোমদা

"No spectre greets me no vain shadow this."

—Wordsworth.

কপালকুণ্ডলানা তপ্না তপ্না ময়ুমলোমদা হল্লকই। মহাক য়াম্না তপ্না শোম্নাংলম্না চৎলকই। ময়মদি মহাক য়াম্না লুমবা বাখল অমদা লুপ্লহনা চৎপননি। লুৎফ-উন্নিসাগী মপাও তাবদা কপাল-কুণ্ডলা মপুকচেম পুমওন ওনখ্রে: মহাক মথবাই কৎথোক্লগে হায়না লেপ্লে। করিগীদমক মথবাই কৎথোকদবা? লুৎফ-উন্নিসাগীদমক? মহুদি নত্তে।

কপালকুণ্ডলাগী থম্মোইদি তান্ত্রিক্কী মচাগী থম্মোইনি; তান্ত্রিক্না কালিগী থোঙাল ফংনবগীদমক্তা অতোপ্পগী মথবাই লৌবদা চিংনবা পোক্তবগুম, কপালকুণ্ডলাসু হায়রিবহু ফংনমবা মশাগী মথবাই কৎথোকপদা হালেংবা লৈতে। কপালকুণ্ডলাহ কাপালিকুম্না অনিংবা অমা থুংনমবগীদমক কালিগী থোঙাল পাম্বদি নত্তে; অদুবু অহিং লুংথিল নাইদনা কালিগী মগুণ তারকপা, উরকপা অমসুং নিংঙকপা অদুনা মাগী থম্মোইন্নুংদা কালিবু মথবাইমক য়াওনা নিংনিংবা অমদি কল্লা পোক্লম্মী। ভৈরবীদি লৈশেম্বু ঙাক্লিবী, অরান খুডম পিনবীনি হায়বসি মপুক্লিংদা চেংনা থাজরম্মী। কালিগী পূজা তৌফমদা মীগী ঈনা পুমথুম থুম্বহু, মহাক্কী মীসুংশি খঙবা থম্মোইদা পুঙমদবা অরাবা ওইনা থোকই, অদুবু অতৈ অত্তোপ্পা থবক্তদি মহাক ভক্তি কায়র

কম্বিমত্তা লৈতে। হৌজিক্তি তেংবানবু ভাক্লিবী, অম্বা-সুংভাই লেম্মি-ম্বিবী অম্বান-থুত্তম পিনবী ভৈম্নবীদুনা মঙ্গা মাগী মথবাই কৎলু হায়না ভাকপিরম্লে। কম্বিগীদমক কপালকুণ্ডলানা য়াথংছু ভাক্লোই ?

শাওনিংবদগী পঙহায় হায়রবস্তু, নং ঐ কনামত্তা থবাই থাবদি পামদে, তেংবান অসি সুংভাইবগী মশক্তি। সুংভাইবা কংনমবা অঙ্গাওবগুম তেংবানসিদা কোইচৎ চৎলিবনি— অম্বাবা কংননবা মস্তে। কম্বিগুম্বদা মশাগী দোষনা নিংলিবন্থু থুংগদ্রা, অম্বাবনি হায়না কোইরাও লাওবা হৌরকই। অদুনদি অম্বাবা হায়বসি হৌমবী পথাপ মস্তে, হৌমবী পথাপ কায়বতনি হায়না লেপ্পা ভাই। মহ ঐগী মফম পূম্বদা সুংভাইবগী সুংভাইবা ভাকুনি। সুংভাইবদুদা তাওদুনা ঐথোম্ব তেংবানসিদা লেংদনা লৈম্বিবনি ; চৎথোকনিংদ্রিং-বদি। অদুবু তেংবান-লিপুন-লক্তগী সুংশিবা হায়বদিনা খাইদগী কনবা থোরিনি। কপালকুণ্ডলাগী অদুগুম্বা লিপুন অদু লৈত্তে— কম্বিগুম্বা লিপুন অমত্তনস্তু পুন্দে। অদুনা কপালকুণ্ডলাবু কনানা থাম্বিনি ?

অথিংবা লৈত্তবগীদি ইচেল অমুক পনবা লৈতে। চিংদোন্দগী ইস্কুৎ চেম্ব্রকপদা কনানা থিংউনি ? সুংশিৎনা শিৎলক্লবদা কনানা শাউম খিংবা ঙমগনি ? কপালকুণ্ডলাগী থম্মোইনা লাংতক্লবক্লবদা কনানা কাথবিগনি ? ইনথৎলকইবা শামু মচানা ভাওরক্লবদা কনানা লেমথহনগনি ?

কপালকুণ্ডলানা মশা মথক্তগী মপুক্লিংদা হংজয়কই, "কম্বিগীদমক্তা হক্চাংসি তাইবং মপুগী খুয়াদা কৎথোক্লোইদোরিবনো ? পকতুপ্তাদি

থমজুনা করি কাম্নগদ্রগে ?" হংবদি হংই, অদুবু করিগুম্না অরেপ্পা পাউগুম অমতা পিবদি ঙমদে। সংসারসিদা অতৈ লিপুন অমা নৈত্রবস্থ শক্তুতকী লিপুন অমদি নৈ।

কপালকুণ্ডলানা মমাই লুকথরদুনা চৎপা হৌরকই। মীওইবগী থম্মোইসি মুংঙাইতবা রাখন্দা লুপ্লিঙৈগী মতমদদি, রাথন্না থুমহৎ-খিদুনা মপালথোংগী মিৎয়েংলোমদা থোইনা থোকজংলুবা নৈতে, ওইথোক্তবা পোৎস্থ অওইবা ওইনা খল্লকই। কপালকুণ্ডলাস্থ হায়রিবা ফীভমসি ওইরে।

নোংথকলোমদগী মাগী মনাদা রাইহৈসি তারকপগুম তৌরে, "সুপীমচা!—ঐহাক লম্মী তাকপিগে।" কপালকুণ্ডলানা ইঙক ঙক্লা নোংথকলোমদা য়েংঙকই। মদুদা মানা উরক্লে, অতিয়ামকোইদা অনৌবা নোংবু ঙমজরবা মুর্তি! ঙকশমদা থোল্লিবা মী-মকোক পরেংদগী ঈ মরী মরী শিন্থরি; থাংগী অকোইবদা মীগী মথুৎ ময়াম্না হাই-হুম্নি—ওইথংবা থুত্তা মী মকোক—হকচাংদা ঈ পরেং পরেং, লাইবক্তা মৈগুম্না ঙাংলবা মিৎচিগী মতোন্দা নৌনা পানথৎলকপা, থাজনা নৈতেংলি! ভৈরবীনা মথুৎ য়েৎ তিংথোক্লক্তুনা কপাল-কুণ্ডলাবু কৌবগুম তৌরি।

কপালকুণ্ডলাদু মমাই নোংথক ওন্দুনা চৎলক্লে। অনৌবা নোং মপৈবু ঙমজরবা শক্তমদুনা মাগী মাঙ থানা থানা অতিয়াদা চৎলি। অমুকস্থ মী মকোক পরেং-শিবীগী শক্তমদু নোংলক্তা লোৎখি, অমুকস্থ মিৎলমদা তশেংনা ঙাম্বোরকই। কপালকুণ্ডলানা মাবু মুন্না য়েংলদুনা চৎলকই। নবকুমারগা কাপালিকদি হায়রিবশিংসি করিমত্ত

ভবা ফংদে। নবকুমারদি যুগী ময়াইনা পুমডাও ডাওরে—কপাল-কুণ্ডলানা য়াম্না তপ্লবা খোংথাংদা চংপদু মহাক অমুক থাডবা ভমশিল্লক্লদুনা লোয়নরিবদুদা হায়রকই, "কাপালিক!"

কাপালিক্না হায়রকই, "করিনো?"

"পানীয়ং দেহি মে।"

কাপালিক্না অমুক হন্না মডোন্দা যু পিথক্লে।

নবকুমারনা হায়রকই, "অমুক করিগী থিন্তগদৌরিবনো?"

কাপালিক্না খুম্লকই, "করিগী থিন্থকম লৈ?"

নবকুমারনা হোৌনা য়াক্লবা খোমকমদা কৌরকই, "কপাল-কুণ্ডলে!"

মসি তাবদা কপালকুণ্ডলা থংপ্রেক থংই। হৌজিক্কী মতমদা কমামসু মাবু কপালকুণ্ডলা হায়না কৌথিদ্রবনি। মহাক মমাই ওল্লক্লনা লেপ্লে। নবকুমার অমসুং কাপালিক মাগী মমাংদা লেপ্লরে। কপালকুণ্ডলানা অহানবদা মখোয়বু মশক থংদ্রে—মানা হায়রকই, "নখোয় কনা কনানো? যমগী দুতলা?"

মিকুপ অমগী মতুংদা থংলক্লনা হায়রকই, "নত্তে নত্তে, ইপা ইবুঙো, নহাক ঐবু বলি তৌবা লাক্লিবরা?"

নবকুমারনা খুদুম চেৎনা কপালকুণ্ডলাগী মখুদাংদু পায়রক্লে। কাপালিক্না নুংশিবগা ইরোয়নবা থুম্লবা খোন্থাংদা হায়রকই, "নুপী-মচা! লাও ঐখোয়গী তুং ইল্লকউ।" অসি হায়রগা কাপালিক্না মোংকম তাম্না লমজীংদুনা লাক্লে।

কপালকুণ্ডলানা অতিয়ারোমদা য়েংথংলকই; —অতিয়াদা

শান্নবী অক্বিবা শক্তম অমা উথিবা মাইকৈয়োমদা: য়েংলকই। মঙ্গাক্না উম্নক্লে, লালগী মবেল্মনা খাক্লা খাক্লা নোক্লি; শাংলবা ত্রিশূল অমা পায়রদুনা কাপালিক্না চংলিবা লম্বী অদোমদা থিল্লি। কপালকুণ্ডলাদু পোকপদগী কভাওনম্নবী মুপীগুম য়া অমত্তা ভাংদনা কাপালিকী মতুং ইন্নরক্লে। নবকুমারস্তু হান্নগুম খুদুম চেংনা মাগী খুদাংদু পায়রদুনা চংলক্লে।

---

## ৯শুবা মতাং
## মোংফমদা।

"বপুষা করমোজ্ঝিতেন সা নিপতন্তী পতিমপ্যপাতয়ৎ।
ননু তৈলনিষেকবিন্দুনা সহ দীপ্তার্চ্চিরুপৈতি মেদিনীম্॥"

—রঘুবংশ

থা তাখে। তেংবানপূম্বা অমম্বনা কুপখে। কাপালিক্না পূজা তৌনবা লাংলম্বা মফমদুদা কপালকুণ্ডলাবু পুদুনা লাক্লে। গঙ্গা মপান্দুদা পাক্লবা লৈভোইগী লম অমা লৈ। মদুগী মমাংমক্তদা থম্না হেন্না চাওবা অত্তোপ্পা লৈভোইগী লম ওইনা তৌবা অমস্তু লৈ। মফম অদু মোংফম্নি। লৈভোই লম অনিসিগী মরক্তা জোয়ার কারকপা মতমদা ঈশিং থম্না তুডিঙ, কাদবা মতমদদি ঈশিং লৈত্তে, ছোজিকস্তু ঈশিং লৈতে। মোংফমগী গঙ্গারোমথংবা মচিন্দু য়াম্না যাংই, ঈশিং তান্না কুমথগে হায়রবদি অম্বাংবদুদগী চুমদ্রিংনা অপাকপা ঈশিংদুদা তাবা তাই। অদুগী মথক্তা লেপ্পা নাইদ্রবা মুংশিংনা ইথৌহল্লক্তুনা কারকপা ইথকী মপেনা য়ৈবদা লৈত্তোং অদুগী মখোংদু

ভামজিনখ্রে; মরক মরক্তা নৈতুম হেক হেক কিম্হুনা ঈশিংজা ভাখি। পূজা তৌকমদু মৈ থান্দে—উচুপ থম্মা মৈ চাক্ত‌্না নৈঙ্ মতুগী মৈঙান্দা শেংলম শেংকাত্তনা উম্বিবা মোংফমদু অমুক্তা মোং অকিবা শক্তম ওইরি, মনাক্তা পূজা, হোম, বলিনচিংবগী পোংলম শুনা নৈ পাক্লবা ইথক মপৈ-পুম্বিবীগী ইমায় শীঙ্গা অমম্বা শন্দোক্ত‌্না লৈরি। লমতা থাগী মুংশিংনা অপমবা নৈতনা শম্নাগী থবাকথক্তা শিংলি; মতুনা ইথক ‘পোম হৌতুনা ম্বা ম্বা লাওবা খোঙ্গেলতনা অতিয়া থল্লি। মোংফমদা অশিবা-চাবা শাশিংনা য়াক্লবা খোঙ্থাংদা মরক মরক্তা খোংলক্লি।

কাপালিক্না নবকুমার অমসুং কপালকুণ্ডলাবু ফম্ফম চানা কুশগী ফীদাদা ফমহল্লগা তন্ত্রগী হৌনবী মতুং ইন্না পূজা তৌবা হৌরক্লে। তাঙ্গা য়ৌরক্লবদা, কপালকুণ্ডলাবু ইরুজখোকহল্লগা পুরকউ লায়না নবকুমারদা য়াথং পিরকই। নবকুমারনা কপালকুণ্ডলাগী মথুং পায়রতুনা মোংফম লাপ্লোক্ত‌্না ইরুজহন্নবা পুরক্লে। মখোয়গী খুয়াদা শক-শয়াংনা হেক হেক থিল্লক্লে। নবকুমারগী মখোংনা কাউতুনা ঈশিং থল্লবা মোংফমগী চফু অমা কায়খ্রে। মতুগী মনাক্তা অশিবা মশা অমা নৈরম্মী - মরাইবক থিরবতু কনানসু পোংলোইবিখ্রে। মরানিমক অশিবতু মখোংনা থেংনরক্রে। কপালকুণ্ডলাদি অশিবতু নৈবোক্ত‌্না চংলি, নবকুমারদি মথক্তা মখোংনা নেত্ত‌্না চংলে। মতুগী মাইকৈ মরিমক্তা অশিবা-চাবা শাশিংনা কোয়শিল্লশি; মী অমি লাকপতুদা খোঙ্গেল হৌনা খোংগংলকই, চিকে হোংচিল্লকপসু য়াওই; খোঙথাং তৌনা চেনখিবসু য়াওই। কপালকুণ্ডলানা থংলে, নবকুমারগী মখুম্দু নিরক্লে; কপালকুণ্ডলা মশাদি অকিবা পোক্তে, নিকপা তৌজে।

কপালকুণ্ডলানা হংঙকই, "কিয়বরা ?"

নবকুমারহু মুগী লেপ্পা থরা থরা অস্তুম কোল্লক্লে। অমুক্তা চিং লোক্না নবকুমারনা খুমকই, "কিবা মৃন্ময়ী! নত্তে ঐ কিদে।"

কপালকুণ্ডলানা হংঙকই, "অদুদি নশা নিক্লিবা করিগীনো ?"

মাহুং অসি হংলকপা কপালকুণ্ডলাগী খোঞ্জাংদুদি, মুপীগী খৌনাওজক্তা থোক্লগদবা খোঞ্জোক্লি। মুপী ওইবীনা অতোপ্পগীদমক মথন্দাই যারক্লবা মতমদত', মুপীগী খৌনাওনা হায়রিবা খোঞ্জোক অসি থোকই। কনানা খঙলুগদগে, শিরমদাই মোংফম য়োরক্লবা মতমদা অস্তুম্বা খোঞ্জাংসি কপালকুণ্ডলাগী খৌনাওদগী থোক্লকনি হায়বা ?

নবকুমারনা হায়রকই, "কিবনা নত্তে। কপ্পা ঙমজে, মতুগী শাওনিংদুনা নিক্লিবনি "

কপালকুণ্ডলানা হংঙকই, "করিগী কপকদৌরিবা ?"

অমুকস্তু খোঞ্জাংদু !

নবকুমারনা হায়রকই, "করিগীনো হায়বা ? নহাক্তি কয়ম্বা খঙগদগে মৃন্ময়ী ! নংদি করিগুম্বা মতমদস্তু শকী ফজবনা অঙাওবা হায়বদু ওইখিদে।"—অসি হায়না হায়না নবকুমারগী খোঞ্জেলদু মুংভাইতবগী মৈচাক্লা ফাজিল্লক্লে। "নংদি কৈদৌনুংদস্তু নশাগী থম্মোই নশানা লেপ্পাইদুনা মোংফমদা হুন্দোকপা লাকখিদে।" অসি হায়রগা খঙহৌদনা নবকুমারহু খোঞ্জেল যাংনা কপ্লদুনা কপাল-কুণ্ডলাগী খোঙ ময়াদা তুমক্লে।

"মৃন্ময়া—কপালকুণ্ডলে! ঐবু কল্লু। ঐহাক নখোঙমা

ওন-থোইরিবসিনি—অমুক্তা হায়রু, নহাক লমচৎ চুমদবী নত্তে—অমুক্তা হায়রু, ঐহাক নংবু থম্মোইদা চেংনা কোল্লগা ইম্বুমদা পুজগে।"

কপালকুণ্ডলানা নবকুমারবু মখুৎ পায়দুনা চিংখৎলে,—অদুগা ভপ্পবা খোম্বাংনা হায়রকই, "নংদি কবিগুম্বা অমাকাও হংদে!"

মা অসি ভাংনরকপা মতমদা, মবানিমক ঈশিং মপাল থম থেংনা য়োরক্লে; কপালকুণ্ডলানা মাঙ্ থাই, তুম্বেলোমদা মহুৎ ওল্লোকই, তুংলোমদা খোংকাপ অমতং থাংবদা ঈশিং লৈরে। হৌজিক জোয়ারস্তু কারক্লি, কপালকুণ্ডলানা লৈতোং অমগী মথক্তা লেপ্লি। মহাক্লা খুম্মকই, "নংদি কবিগুম্বা অমাকাও হংদে!"

নবকুমারনা অভাওবগুম হায়রকই, "জ্ঞানমাণ্ডলে, কবিনো হংগদবা হায়রু—মৃন্ময়ী! হায়রু—হায়রু—হায়রু—ঐবু কল্লু। যুমদা হল্লসি!"

কপালকুণ্ডলানা হায়রকই, "মরমদু হংলবদি খুমগে। ভসি ঐনা উনবা মদু—পদ্মাবতীনি। ঐ লমচৎ শেংদবী নত্তে। ঐনা হায়রিবসি থাজেমকশেংবা অচুম্বা বানি। অদুবু ঐদি যুমদা অমুক হল্লরোই। ভবানীগী চরন্দা হকচাংসি কৎথোকপা লাক্লবসি—শোয়দনমক কৎলগদবনি। নং যুমদা হল্লো। ঐদি শিরগনি। ঐগীদমক্তা কপলগনু।"

"নত্তে—মৃন্ময়ী! নত্তে।" অম্বুম্বা খোঞ্জেল বাংনা লাওরদুনা নবকুমারনা কপালকুণ্ডলাবু মথাদা কোনশিনগে হায়রনা মখুৎ শাংনা তিংথোক্লকই; অদুবু কপালকুণ্ডলাবু অমুক ফংখিদ্রে লমতা থাগী সুংশিৎনা ইহৌহল্লকপা চাওরবা ইথক অমা লাক্লুনা, কপালকুণ্ডলানা লেপ্লিবা লৈতোংদুগী খা থংবা শরুক্তা থংয়ৈ য়ৈরবে,

থুদক্কু মক্তদা নৈতোংড় কপালকুণ্ডলাগা কোয়না হৌয়বা খোল্লাওগা লোয়ননা ভুবেলগী ইচেলগুংদা কিন্থদুনা তাখ্রে।

নবকুমারনা তোর্ব্বান নিংথাইখিবগী মখোল তাবগা লোয়ননা, কপালকুণ্ডলা মাঙখ্রে হায়বা উরক্রে। থুদক্কু মক্তদা মাগী মতুং ইন্না ঈশিং ইয়াইদা চোংথখ্রে। নবকুমারদি ইরোইবা ইহৈ হৈতবা নত্তে। মতম থন্না ইরোইদুনা কপালকুণ্ডলাবু কোইথি থিবা হৌরক্রে। মাবু অমুক ফংখিদ্রে মথাঙ্গু কারকখিদ্রে।

মপাল নাইদ্রবা গঙ্গাগী ইচেলনুংদা বসন্তগী নুংশিৎনা ইহো- হল্লবা ইথক ময়ামলক্তা হাইনা-হন্না কপালকুণ্ডলা অমসুং নবকুমার মকম কৈদা চৎখ্রবা ?

---




